# শিন্থা-পাওমেন

গৌরকিশোর সিংহ
বি° এ° বিঃ এডঃ

ওঃ কেঃ ষ্টোর
ইম্ফাল

মমল ১'৭৫

# রাহৌদোক

নিংতম্বগী লানবুদি নিংতম্বা শেম্নবনা হেন্না লুই হায়বসি য়াম্না চুমই। ভারতনা নিংতম্বা ফংবগা লোইননা ভারত মচাশিংগী মথক্তা অচৌবা দায়িত্ব অমা ভারবনি। ভারতকী স্বাধীনতা অ'স মাংখিদনবা অমসুং মুংখিদনবা ঐখোয়গী শাজৎ-লিচৎ ঋাঙাং-শাঙাং, মিংয়েং-নায়েং পুম্নমক মমাংঙৈগী মতৌদগী হোংবা তাই। মমাংঙৈদৌনা দায়িত্ব খঙদবগী মতৌ তৌবা য়াদ্রে, ভারত দেশ অসিগী অক্ষ ফত্ত ইথুত্তা তারবনি হায়বসি ফাওবা য়াদে। জবাহরলাল নেহরুনা মণিপুর লেংথোরকপা মতমদা 'জয়হিন্দ'গী ব্যাখ্যা তৌবা মতমদা হায় ভারত মচা-শিংনা জাতি বিজাতি খাইদনা মতিক চারবদি প্রধান মন্ত্রী, রাষ্ট্রপতিনচিংবা ওইবা য়াই। হায়রিবা ঋা অসিনা ভারতবাসী খুদিংমক্কী মশাদা স্বাধীনতা ঙাক শেন্নবগী অচৌবা ভার অমা পীবনি।

পৃথিবীগী চাউথংলবা জাতি খুদিংমক্তা নহারোনগী লমচৎ লিচৎ থম্মোই জ্ঞান শেংদোকপা অমসুং লমজিংবা সাহিত্য মরাং কাইনা লৈ। অচৌবা মহাপুরুষশিংগী জীবনী পারগা মী কয়ানা, থোইদোকপতি নহারোনশিংনা, পুন্সিগী ফিদম অমা থমহনা নৌরিঙৈদগী হোনা শেম শাই। অসিগুম্বা মখলগী সাহিত্য অসি ভারতকী নহারোনশিংগীদমক্তা থোইদোক

হেন্দোক্না চংই হায়বসি জ্ঞান লৈবা ইবুংঙো-ইবেম্মশিংনা উবি-রবনি। লাইরিক অসি শ্রীজগদীশচন্দ্র ঘোষনা লেংবা 'কর্ম্মবাণী' হায়বা লাইরিক অতুপ্পী প'রিংদা ইজবনি। লাইরিক অসিদা য়ুক্ক্যালা দেশকী বা তমবা মতমদা মৈত্রবাক্কী মাম্নবা সমস্যা খরনা শিনজিল্লি। লেখকী মচা মুপা শ্রীঅনিলচন্দ্র ঘোষ এম: এ: না 'কর্ম্মবাণী' মৈতৈ রোন্দা ইথোকপা য়ানবা থৌরাং তৌবিরকপগীদমক্তা ভদ্রলোক অসিবু থাগচরি।

লাইবিক অসিনা নৌনা হৌগৎলক্লিবা ইরৈবাক্কী ছাত্র ছাত্রীশিংগী থম্মোইদা পুক্নিংগী অমাংবা ফিদম অমা উকনা মশা মশাগী অমঙ্গল মরৈবাক মচাশিংগী থাইফনবা তৌনবগী অনিংপুরৈ অমা পোকহল্লবদি নোমজমনগী মতৌ য়ম্লে হায়না খুংগাইজগ ন। ইতি—

তমেংলোঙ, 15 আগষ্ট ১৯৫৮ ইং

শ্রীগৌরকিশোর সিংহ

# হিরম-লামায়

হিরম | লামায়

হিরম লামায়

# শিন্থা-পাওমেন



## রাশকপা অমসুং লাইমিং লোবা

অনম-অহা চুবা, অতনবগী
হাঙ্গলবা অশিবা মপৈ, অকিবগী
মীয়াং, অমশুং পংথবা অসি কন্থগদবনি।
ইচিন ইনাওশা, কর্মক্ষেত্র 'সিদা,
মীকপ থোক্নরবা জগৎ 'সিদা,
অয়ুক্কী সনা অহিংবা মঙান্দা
থাকাইগদবনি, থাহৌগদবনি।

—রবীন্দ্রনাথ

খ্বাইদগী হেনবা জ্ঞান্দি মরা নিংথিনা চেৎপা অনিং পরৈনি।

—নেপোলিয়নগী পাওজাক

থবক পাংথোকপা ওন্নগী মশা মশাদা লৈবা শক্তি মাংহনবগুম্না অতৈ করিমত্তনা মীওইবগী লমচৎ মাংহন্দে। -Fitche.

মরল মাংহল্লিবা মীদু য়াম্না মাংহল্লে; মরূপ মাংহনবনা থরগু হেন্না মাংই; অদুগা মশাগী আত্মাশক্তি মাংহনবদুদি পুম্নমক মাংহল্লবনি।

— Cervantis.

নোংদোন তম্না কাপ্পা তেন্না থাতোন তম্না কাপ্পা তেন্দগী হেন্না থাংই।

—জর্জ হার্বার্ট

ধর্ম্মগী পুন্সিদা থোংদারমদাইদা লাইমিং লৌগদবনি। ধর্ম্মকর্ম্ম অমা পাংথোকত্রিবৈগী মমাংদা 'সঙ্কল্প' তৌগদবনি, ৱাশক্কদবনি।

থবক্কী পুন্সিদগু মহৈ য়ানগে হায়রবদি পুন্সিগী হৌগৎলকপদা করিগুম্বা মন্ত্র অমা লৌগদবনি হায়বদি করিগুম্বা অৱাংবা ফিদম অমা মাংদা থমগদব'নি। অতুদগী পুন্সিচুম্বা পুক্নিং লোংদনা ক্ষিদম অতু য়ৌনবা হোৎনগদনি। অচেৎপা ৱাশক অমস্তুং তাংথক নাইদনা হোৎনবগা লোইননা পনথু'ফম অতু তাম্বা চৎকদবনি। লম্বী অসি চৎপদা ৱানা থোক্কনি, খুদোংথিবা কয়াগু লাক্কনি, মসিদা নিংবা কাইগন্নু। থম্বাল মথোক্তা তিংখং পাম্লি হায়দুনা কিবা তৌগন্নু, তিংখংদা শাৎলিবা থম্বাল অতুতবু য়েংদুনা চংশিল্লু। মহয়গীদমক্তা পাখংকন্নু, মহয য়াম্রিফাওবদা নপুক্নিং শোম্থগন্নু, করিনা মসি মহৈ য়ানবগী অত্তোপ্পা চি ইঙ্খে অমনি। ইথৌ পাংথোকপদা পোকপা হুংঙাইবা অতুতনা থবক্কী অথোইবা মনানি ( **The reward of a thing well done is to have done it—Emerson** ).

ওসি মৈত্রবাক্কী নহারোন্‌শিংগী পুন্সি য়েংলুরবদি অৱাবগী মশক্নি। থাগী, তথেল, কবো, কাছাড়নচিংবা লম কাওবা লোইচল্লম্বা অকনবা পো'কপী মৈত্তৈ লৈমগী অবস্থা য়েংলুরবদি কনানা মিত্তগী ঈবা শিন্থরোইদগে। পুন্সিগী থোদাং মশক খণ্ডনদ্রে, করিগুম্বা ফিদম অমতা থম্নদ্রে, মরম অসিনা ক্ষিদম অমবু হায়বদি অচৌবা লক্ষ্য অমবু থু'নবগী মতাংদা চংবা পুক্নিং ৱারকপা, ৱাশকচেৎপা, অমস্তুং নিংহন্নদবগী ঈশ্বরগী

ওইবা গুণশিং পংনা উবা ঙংনরকত্রে। পাকচাওরবা ঈপাক-
য়াইদা পম্মুংক্ষম খণ্ডত্রবা অমদি হিনাও শাবা য়াওত্রবা জাহাজ-
শুম ঙহাক ঙহাক্কী মালংগী শণ্ডমদা থোকউ থোকউবা মাইগৈদা
তাওথরি। অম্মুম্মা তাওথবা অসিদা মাইগৈ খণ্ডত্রবা ঐখোই
ইশেনস্থু কম্না অমা খেল্লাইনহুনা মফম খণ্ডদনা মাংনখ্রি। পাওনা,
টোংকেন্দ্রজিৎ, ভাগ্যচন্দ্রনচিংবা অকনবগী পোক্লফম লমদম মৈত্র-
বাক্কী দশা অসি য়েংখ্রবনি। তাইবংপান অসিদা মী অমা
ওইনা হিংগে হায়রবদি ফিদম য়ওদবা শা-ডাগী পুন্সি অসি
থাদোক্কদবনি। করিগুম্ লৈত্রবা ৰণবা ফাওবা মচামগুগী য়াঈ-
ফনবা ৱাখল তৌই; ঐংখোয় মীওইবদি অপুনবা মীওইবা
সমাজগী নত্রবস্থু ইজাতিগী চারোন শুরোনগী ৱাখল ফাওবদদি
তৌফৈদনা। জাতি অমা ওইনা ওইরবস্থু নত্রগা মী অমা
ওইনা ওইরবস্থু ফিদম য়াওদ্রবা, অদুগা ফিদম অসিগা কোন্নবা
ৱারক্লবা লমচৎ--লিচৎ য়াওদবা জাতি নত্রগা মী অদু হিংবা
য়াদে। করিগুম্বা হিংলবস্থু উ অকংবা শিং ওইনৈ হায়দুনা
অতোপ্পগী চাকখুম সেবা নত্রগা পৃথিবীগী মাংনবগী মশক ওইবা
লৈস্মৈগী অহানবা মৈচম ওইদুনতা তোকই। মবম অসিনা
মী ওইগে হায়রবদি ইপা ইপুনা চৎলম্বা লম্বীদা ইশাদা লৈবা
ঈশ্বরগী শক্তি পুন্নমক য়াকাইহনবা দরকার ওই।

বাশকপনা থবক পুন্নমক্কী মৈমুৰনি। বাশক্লা অদুক্কী মতিক
চেৎলিবমখৈ অনিংপরৈস্থু অদুক্কী মতিক চেৎলি, অমস্তুং পম্মুংক্ষমস্থু
অদুক্কী মতিক নকশিল্লি। অসিগুম্বা অনিংপরৈ অসি ইশাগী

শক্তিনি, ইশাবু ইশ'না থাজবনি অমম্বুং মসিতনা ইশাগী পাম্বে ইশানা থিজবা হায়বা মন্ত্র অসিগী মরুনি ; মসিগী অতোপ্পা মমিংনা মুপা ওইবগী থাক্সেংশেংবা থৌদাংগী মওং মতৌনি, মসিনা তপকী শক্তিনি। ঐখোয়গী ইশাদা ফৃমতুনা লৈরিবা মপান নাইদ্রব' শক্তি অসিবু অতুকী মতিক য়াকাইহনবা ওম্রিব-মখৈ অতুকী মতিক মুপা নত্রগ' মুপী অতুগী পুন্সি মহয় য়াল্লবনি।

শক্তি অসিগী পাম্বেনা মথৱাই শোক্লবা ব্রাহ্মণ কৌটিল্যনা ক্ষেত্রিগী তেজনা মৈহৌবক্লুনা নন্দবংশবু মাংহল্লম্মি, ক্ষেত্রি বিশ্বামিত্রনা ব্রহ্মতেজনা মৈগৌরক্লুনা ব্রহ্মর্ষি হায়বা মিংথোল ফংখি। শক্তি অসিগী ময়াইনা লানওমদ্রবা আল্পস চীংজাও তেম থোকখি। মহাবীর নেপোলিয়ন্না হুকুম তৌই,—'লাম্মী থৌজিল্লু'। 'লাম্মীগী মাংদা আল্পস চীংজাওনা থত্তুনা লৈরি; করমনা লাম্মী থৌজিনগনি?' নোংখোংবগুম্না ড'লদুনা হায়রকই "আল্পস চীংজাও লৈরোই—লম্বী য়াল্লু ( **There shall be no Alps** )" মসিগী ফলনা লানওম কাওমদ্রবা আল্পস চীংজাওদা থিন্দনা চীংলম্বী অমা নিংথিজনা শেমলে। অসিগুম্ব। লাকওমদ্রবা অনিং পরৈ অসিগী মপান্না নেপোলিয়ন্না হায়—"ওইথোক্রবা" বাহৈ অসি অপংবগী বাহৈ পুকৈদদা উবা ফংগে ( **'Impossible' is a word to be found only in the Dictionary of fools** )।

মগুণ লৈরবা মমাংঙৈগী ভারতা লাইবক্লা তম্বগী তম্বা মায়া লৈরমদে, মতমতুদা মী পুম্নমক কর্মগী অমম্বুং মীওইবগী অশেংবা খোনাগী মগুন্না লৈতেংলম্মী। মহাবীর কর্ণবু সূত মচানি হায়না লংনরবদা কর্ণনা খুম্নকপা পাওখুমসি তাও :—

' সূতো বা সূতপুত্রো বা যো বা কো বা ভবাম্যহম্।
দৈবায়ত্তং কুলে জন্ম মদায়ত্তং হি পৌরুষম্। '

শাগৈজাং ফবা ফত্তবা হায়বসি ঈশ্বরনা তম্বনি ; তৌইগুম্বশুং মুপা নত্রগা মুপী থে'রকপা থৌনাদি ইথুত্তা লৈ। ঐগী মুপা থোকপগী থৌনা উবা ফংগনি।

কয়াদা থৌখ্রবা ঋাভাংনো ! অসি পুন্নমকসি অসিবগী থরাই হাপ্পা মন্ত্রভাক্লি। মরম অসিনা পুন্সি লক্ষ্য অমা য় ত্তুনা থম্ম : নশাগী শক্তিদা থাজৌ ; মুংগী তুম্লিবা নোংশাবু হৌদোকউ, পুন্সি মহয় য়ানগনি। তৌইগুম্বশুং মহয় য়ানবদা থক চাওথোকলুম্ ; মহয যালহনবা শক্তি অতু নহাক্কী নত্তে, ঈশ্বরগীনি হায়বসি মতম লৈবা খিবিক্তা নিংশিংউ।

পৃথিবীদা চাওখ্রিব, অচৌবা থবক তৌখ্রিবা মী পুন্নমক কর্মজীবনগী মৈমুবকপা মতাংদা অরাংবা লক্ষ্য অমা মাংদা থমহনা পন্থুংকম অসি য়োনবা থরাই খুবাক্তা হাপ্তুনা তুম্বা হিপ্পা চংদনা নোমখিবা ভাক্তনি। মসিগী মহয়না মখোয় ধন্য ওইখি, অমশুং মবৈবাকপুশু থাঙ্গৎলম্মি। পুন্সিগী ফিদম অমস্তুং ফিবেপ মী থুদিংগী মাংদে, মহৈ মশিং শাজৎ শাও অমস্তুং স্বভাব খেন্নবগী মতুং ইন্না ফিদমশু খেন্নৈ, নেপোলিয়ন নত্রগা লেনিন, কামাল নত্রগা গান্ধীজী নত্রগা জগদীশচন্দ্র মখোয়গী পুন্সিগী ফিদম তোঙাল্লবশু মখোয়বু জগৎকী ইড়াংনিঙাই ওইনা থাঙ্গৎখিবা শক্তি অতুদি অমতনি শক্তি অসিবু খ্বাইনা মুপা থোকপগী থৌনা হায়না কৌই।

ৱাশক চেৎপা, ব্রজগা মান্নবা অনিংপরৈ চেনবা, অমম্মং তাংথক নাইদনা নোমলিবা মীশিংগী মমাংদা অৱাবা, খুদোং-থিবা পুন্নমক ভাগীরথীগী ঈচেন্দা ঐরাবতকুম তেঙৈমুক য়াংনা তাওথৈ।

লোকমান্য তিলক উকীল ওইডুনা শেল য়াম্না তানবা য়াবনি, তৌইগুম্বস্নং কলেজ তম্বা লোইরগা মকুপ মপাংশিংগা লোইননা লাইবিক তম্বিবা হৌই— অদুদগী পত্রিকা ফোংই, রাজনীতিগী আন্দোলন তৌই অমম্মং চাং নাইনা দেশকী সেবাদা পুক্লিং চংই। অৱা-অনা, নৈত-লাইরগী কোকথোং-পুডুনা পুন্সি চুপ্পা মথোদাং পাংথোকলম্মি, মিকুপ অমা ফাওবা লমফৈ চত্তে।

পুকচেল চাওববা গোখলেগী মশাদা লৈরিবা পুকচেল চেৎপা জ্ঞান অমম্মং মতিক চাবসিনা মরম ওইডুনা সরকারগী নত্রগা কনাগুম্বা নিংথৌ অমগী মখাদা অচৌবা ফম্নাইবা অমা ওইডুনা সনা লুপা খোংনেৎনবা য়ারমগদবনি, তৌইগুম্বস্নং মহাক্না পুন্সি চুপ্পা অৱা-অনা অমম্ম অনংববু তরাম তরাম্না কোনশিল্লি। চানবা অমম্মং হকচাং কুপ্পনগীদমক্তা থাদা লুপা ১৭ খক্তা লৌডুনা ফার্গুসন কলেজদা লাইরিক তম্বিবা হৌই, অমম্মং মসিগা লোইননা লৈবাক্কী সেবা তৌই। অদুদগী মতিক চানা শিক্ষা ফংলগা রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা খোংদাই। মরৈবাক সেবা তৌবা পুকচেল চেৎপা কাংবু অমা শেমগৎ নবগীদমক্তা "ভারত-সেবক-সঙ্ঘ" লিঙ্খৎলি। সংস্থান অসিনা

পুন্সিচুপ্পা ভারতকী কান্ননবা থবক য়াম্না তৌরম্মি। শেন্না খূন্নাগী মরম মুন্না খঙত্রবদি সবকারগী বাজেটনচিংবা শেন্না ঘাদে। হৌজিকশু ভারত্তা শেন্না থুন্নাগী বিজ্ঞান হৈবা মী ঘাম্না ভাংই। হীরম অসিদা গে খলেগী জ্ঞান অসি য়েৌনা মপুং ফানা লৈরম্মি মতুদি মহাক্কী থৌরবা জ্ঞান অসিনা ব্রিটিশ সরকারবুশু উকহনখি। গোখলেনা শিরবা তুংদা বিলাতকী পার্লিমেণ্টতা লর্ড কার্জন্না হায়খি—'মবুদ্ধি মবৌশিং ফবা মুপা অসি জগৎকী করিগুম্বা পার্লিমেণ্ট অমদা চংলবদি মশাগী মবৌশিং মগুণতনা খ্বাইদগী ৱাংবা পদবী কাগদবনি। মসিদা করিমতা চিংনবা লৈতে।

থাক্সেংশেংনমক তিলক, গোখলে, স্থবেন্দ্রনাথ নত্রগা দেশবন্ধু হায়রিবা মহাপুরুষশিংসি লৈবাক ৱায়েনবগী মতিক চাবা গুণশিংনা লৈতেংলম্মি। ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী ভাগ্য লেপ্পা ওম্বা পিট, আসকিথ, গ্ল্যাডষ্টোনচিংবা ৱায়েলকাংলোন হৈবা ইংরেজশিংদগী হায়রিবা ভারতবাসীশিংসিনা করিগুম্বা হীবমদা শোথবা নত্তে। জ্ঞান্দা, ৱাঙাংবগী শক্তিদা, হৈশিংবদা, মরৈবাক মুংশিবগী প্রেমদা, মশাগী দায়ি খঙনা চৎপদা নোম্বকনবদা, মথৌনাদা অমস্তুং মরমচৎতা ৱায়েল থৌদাবগী লুচিংবা অমা ওইবদা চংবা মগুণ পুন্নমক্না চংখোম্না তিল্লম্মি। নিংতমবা লৈবাক্তা পোক্লমলবদি জগৎ শিনবা থুংনা ফাওরমগদবনি— মসিদা করিমতা চিংনবা লৈতে।

লৈবাক অমদা অসিগুম্বা অচৌবা মী অদুকী মতিক য়াম্না পোক্লিঙৈ লৈবাক অদু চাওখৎপা হেন্গৎলি। তৌজিক্তি থল্লসি— ঐখোয় কয়ানা মহাপুরুষশিং অসিগী মতুং ইন্নবা খোৌরাং তৌববগে ? পুন্সিগী লম য়ানবা ওইনা বিন্দু অমতং ফাওবা নমতুনা থম্লবরা ? অদুগা পুক্লিং হকচাং য়াওনা যৌনবা তানগে খোৌরাংলবরা ? পরীক্ষা পাশ তৌনবা লাইরিক তম্বা চাকরীগীদমক পাশ তৌবা ইমুং-মন্নুংগীদমক চাকরী তৌবা, অদুদগী চংনবী মতুং ইন্না খ্বাইনা যানবা ধর্ম্ম কম্ম থবা তৌবা অসিনি অযাম্বা লইরিক হৈবা মৈতৈ মচাশিনা হোংনরিবদি। মসিদগী থরা হেন্না রংবা ফিদম, থরা হেন্না চাওখৎপা খোৌদাংগী জ্ঞান অমশু মসিগা কোন্নবা শিক্ষাগী খোৌরাং মী কয়াগী মশাদা পক্লবগে ? অদুগা হাযরিবস লৈতনা পাক চাওখ্রবা ভারত রয়েলখোৌদাগী খোৌদাং কনানা করম্না পুগদৌবি ? খোৌদাং অসিদি ঐখোয় ভারত মচাশিংগী ইথক্রা তারবনি। ভারত রায়েনবগী অচৌবা বাফমদি লাইবতুনা, মী অমমংগী ওইনা যুম্বান কৈবান চাওখৎনবগী খোৌরাং অদু ফাওবশু মুথরকলে। মী থুদিংনা সংসারগী যুমবান কৈবান অচুমবা লম্বীদা চাওখৎনবা হোংনবকপগী মতুং ইন্না লৈবাকশু চাওখৎলিবনি। যুম্বান কৈবানগী মিৎয়েংদা য়েংলুরবশু ওসি মৈত্রবাক্কী অবস্থাসি অবাবগী মশরি! শেত্তোক চাখোরকপদা লাইমচাগুম ফজে, ইনাক কৈরাক থুনবা মতৌ মাল্লি; তৌইগুম্সুং ইমুং চংলুরবদি ঐঙোন্দগী চিংবা চযু-উয়ান মীরাং থুবনা অয়াম্বনি।

মসিবু চাওখৎপা হায়সিরা? অসুম্না মী খুদিংনা শোত্থরবা, যুম্বান কৈবান ফজত্রবদা মৈতৈ ইজাতিনা চাওখৎকদবসি কদাই-দনো? কনাগী মমাংদনো ঐখোয়না লেম্নরিবা, দেখাইরিবা সিবো? (ঐখোয় ইশেন মক্তা ফুট তাম্নবদা মৈতৈ লৈমগী মবুক্তা লৈতৌরে।) কুমিং চুপ্পা হরাওতরামদা অমিয়া কাহুনা লৈরগা ইবুক থনগদ্রা? মুংশিং ফাহুনা চাবা য়াগদ্রা? মমাংগী মী খুদিংদা লৌ পবী ২০ ৩০ থুংহুনা খাজনা পুবা ঙমদহুনা সরকারদা লৌ কত্থোকনবা মতমদুদা মৈত্রবাক্কী ইশৈ নোংমাই জংগাই, পুং শেন্নচিংবা কলা-বিদ্যা য়ম্না চাওখৎলম্মি, হৌজকসু চাওখৎলি; তৌইগুম্বসুং যুগকী পোইরৈ হোংলকপা মতুং ইন্না ঐখোয় হৌজিক মমাংগীদোনা তৌবা য়াদ্রে। ভারতপু থাইগীশেংনা মুংশিবা জবাহরলাল নেহরুনা মণিপুর থোরকপদা "মণিপুর কলা-বিদ্যাদা য়াম্না চাওখৎলি, থৈ; তৌইগুম্বসুং মসিগা লোইননা শেম্বা থুম্বা অমসুং বায়েলকাংলোনগী মুংশিং করম্না অমসুং কদোমদা শিংলিনগে হায়বসি খঙজিনবা চুম্মি।" হায়না তাকপিখি। অব্রাবদি নেহরুগী য়াম্না চম্না, অমসুং লাইনা উবা লুনবা বাসি হরাওমনখিবনা ঐখোয় কনামতনা খন্থকবা তৌদ্রে।

মাইকেল মধুসুদন, ভূদেব অমসুং নবাব আব্দুল লতিফ লাইরিক তম্মিন্নে। পুন্সিগী তুংগী যিরেপকী মবমদা মখোয় মশেন বারী তৌই। নবাব আব্দুল লতিফনা হায়—"অচোবা ফম পাইহুনা সনা লুপা অমসুং মতিক মগুণ য়াম্না লৈবসিনা

ঐগী অশানি।" মধুস্থদন্না হায়— ঐদি বায়রনগুম্বা কবি ওইনিংই। ভূদেবনা হায়,—"পুন্সিসিদা লৈবাক্কীদমক্তা থরদং ঙমজবা সেবা তৌবসিনা ঐগী ৱাশক্নি।" মতুংগী পুন্সিদা পাখং ওইরিবগী ৱাশক অদুগী মতুং ইন্না মথোয় থুদিংমক ওইখি।

ভূদেব পুন্সিচুপ্পা লৈবাক্কী য়াইফনবগীদমক্তা হোৎনরম্মি। শিরমদাইদা সমাজগী মঙ্গলগীদমক লুপা লাক্ক অনিরোম দান তৌরম্মি. চাকরী তৌদুনা চাবা মী অমগী মফমদা হায়রিবা লুপা অসি খিৎকী নত্তে। থবক্কী লানফমদ' খোংদাব্রিবগীদা ৱাশক অমা শক্তুনা, ৱাশক অসি থুংননবা চীঙ্গাওগুম থাংবা কন্না হোৎনখি হায়বগী দমক্তা অসিগুম্বা পূকচেল চাওবগী থুদম ঊৎলম্বা ঙম্লিবনি। ভূদেবগী হাক্তক্তা বঙ্গালীশিংনা ফিজেং চাকশেত্তা, ৱাঙাং-শঙাংদা, শাজৎ-শাওংদা করি অমুক হায়নি মশাগী মিং সই তৌবা ফাওবদা মীরৈবাক মচা ইংরেজগী মতৌ তম্মি। ভূদেবদি বিলাতকী ফি ফাওবা শোক্তে।

শিরমদাইগী শয্যাদা হিপ্লবদা মচান্থপানা হায়—"পাবুং, মোম্পাক ফিদক অসি পৌই, পাবুং মুংঙাইবরোই। বিলাতী চাদর মোনমোন লাউবা লৈ, পুজরক্কে।" ভূদেবনা খুম্মি— "নত্তে, ইবুঙ্ঙো, কয়া কুইনবু লৈরগবনো— করিম্থ লৈত্রবা হকচাংগী ঙহাক মুংঙাইবগী দমক্তা পুন্সিচুপ্পা তৌরক্লুবা থবক অদু ঐ তৌররোই।"

" অচৌবা থবক অমা কোম্নহুনা শিযু। শিবদি শোইদ্রবনি, অহুদি অফবা ফিবেপ অমা লৌহুনা শিবনা ফৈ। নখোয়না লৈবাক্কী আশানি। নখোয়না থবক তৌদনা মতম লেম্হোকপা উরগা ঐ য়'ন্না ৱাই। থবক তৌ. শিন্থা পাইথৎলু। থিন্থবা তৌরন্নু—অশিবদি নোংম-নোংমগী ননাক তম্মকলি। কোন্না মতৌগে হায়না লৈথোক্কন্নু অশুম তৌরবদি করিমতা ওইরোই। "

—স্বামী বিবেকানন্দ

---

# জাতিগী শক্তি-স্বধর্ম্ম ঙাকনচৎপা

" অচৌবা মীনা ৱা ঙাংস্ত্রিভৈদা থবক্না হান্না তৌই, অতুগা থবক্কী মতুং ইন্না ৱা ঙাংই। অচৌবা মীগী মপুক্তি খ্বাই পূন্নমকপু কোনশিল্লি অমম্তুং অচান মীবান নাইদে। অপিকপা মীদি অচান মীবাই নাই, অমম্তুং পূন্নমকপু কোনশিনৰা ঙমদে।

—কনফিউসস

" মীওইববু মখোং থুদেকপা ভক্তি অহু ঐগী ধর্ম্ম নত্তে। ঐ শাস্ত্রশু পামদে, ঐনা প.ম্বদি অমম্বা লোকন্থুংদা তাহুনা লৈববা জাতি অ'সনা মখোংনা লেপচহুনা চৎচবা, অমম্তুং জাতি অসিবু কর্ম্মযোগতা লাইমিং লৌৰিবা— মাসিগী দমক্তা চহি লিশিং অমা নরক তাববম্থু নোক্লা নোক্লা তাজগে। "

—স্বামী বিবেকানন্দ

মী অমমমগী মমল খঙনবা লৈবাক অতুগী জাতি অতুনা পুক্লপ ওইনা চাওখৎলকই। —রবীন্দ্রনাথ

ইরাং তোতুনা লাওখোলগা অচৌবা থবক পাংথোকপা ঙমদে। ইরাংগী অমম্তুং লাওখোংবগী মরু ওইবা মরমদি পাঙ্গল হাপ্পনবগী ইনিনপীবনি। জাতিগী থাঙ্গপংবা শক্তিদি লাওখোংবা অমস্তুং ইরাংদা লৈতে; তেইগুম্বস্তুং জাতি অতুগী থবক্তা মাইওনশিনবগী শাক্তেন্দা লৈ। নি তম্বা ঙাক্লবগীদমক সমাজ য়োক্লবগী দমক, জাতিগী ইজ্জৎ, মবপ সঙ্গ যাইফবা মঙ্গল হেনগৎনবগী দমক জাতি অতুগী মী খুদিমক্তা মাগী মাগী থৌদাং পুক্ক হরাওনা পাংথোক্কনি, নত্রবদি সমাজ চিবা ঙমদে। হিন্দুশাস্ত্রদা মাগী মগী থৌদাং অসুবু স্বধর্ম্ম কৌই, অমস্তুং স্বধর্ম্ম ঙাক্ক চৎপসি ঈশ্বরগী খুইদগী অথোইবা খুজিন্নি হায়বসি গীতানচিংবা শাস্ত্রদা উবা ফংগনি।

পুন্সিগী অর্থদ থবক হায়বনি, জাতিগী পুন্সি হায়রবদি জাতিগী শিক্ষা-পুন্সি হায়বনি। জাতিগী চাওখৎপা হায়রবদ জাতি অতুগী শিক্ষাশক্তিগী চাওখৎপা হায়বনি। জাতি অমগী শিক্ষাশক্তি পুক্লপ ওইনা শাবাইরকপগী মতুং ইন্না মী অমমমগী মুংভাই-য়াইফবা, অমস্তুং মরল মথুমগী চাওখৎপা-চাওথবা ওই। লন-থুমদা, মপাঙ্গল মতিক মগুণদা লাইরিক হৈবদা, লৌউ-শিংউবা নোমব লিকপদা অমস্তুং অতৈ হীরম পূমনমকতা চাওখৎলগা জাতি অমবু চাওখ্ৎলে হায়ব য়াই, নত্রবদি লৈখা তারিবনি। হবাও তবামদা লুপ্পা, থবক শুনিংদবা, মথৌথঙদবা,

পাংদবা, রাগনবা অমসুং অশোনবা জাতি অতু অশিবগা পানথক্নি ; মীথাপোনবা, ইকাইবা, মীওৎ-মীচৈ নংবা জাতি অতুগী পুন্সিগী লোইনবনি ।

শিল্পম খণ্ডবা, মথৌ খণ্ডবা, নোম্বকনবা, ইচংথৌবা, মথৌনা লৈবা জাতি—অতুতনা মুংঙাই-য়াইফবা অমসুং নীংতম্বগী মপু ওইবা য়াই। জাতি অসিনা লাইগী নোংদমথোন্দগী করিগুম্বা মীথা পোল্লবশু থিন্দনা মুক্তি মন্ত্রগী লাইমিং লৌতুনা মমিৎ পাংথোকই। মরমদি জাতি অসিগী মমুংদা লৈরিবা মুপা অমসুং মুপীগী অশেংবা থৌদাং, অচেৎপা লমচৎ অমসুং শিল্পা শক্তিনা মিৎ পাংথোকপগী থবক্তা তেংবাংই। জাতি অমনা অহিংবা জাতি অনগী মবুকতা পুন্সি চুপ্পা নেত্তুনা লৈবা জগৎকী ইতিহাসতা উদে। জাতিগী মীতুন শুরক্নবা নত্রগা শোম্বরবা কান্দতা নেৎনবনি।

লৈবাক চাউরগা নত্রগা মাশিং য়াম্লগা জাতি অমা চাউই হায়বা য়াদে। কবি অমুক হায়নি জাতি অমগী মশাদা মহৈ-মশিং লৈবাক মচাতাবা, মীনুংশি, থৌজান, পীনহৈবনচিংবা লৈতেংলবসু শিল্প-শক্তি অমসুং মথৌদা মাইওনশিনবা চাই-থরকলব্দি নিতম্বা কনবা ওমদে। নোংচুপ সভ্যতাগী পোক্লকম মরুদি থাইনগী গ্রীস অমসুং রোমনি ; লৈবাক মচা মচা ওইরবসু শিল্পাশক্তিনা মরম ওইতুনা চাওরম্মি। তৌইগুম্বসুং থিন্দনা মতমগী খয়াম্ত্রা অমুক তাখি। করিগী তাখ্রিবনো ? থবক্কী মর্য্যাদা কাওনরক্নুনা সমাজদা মশিংলাকঃমদ্রবা মীনাই

মিশন অমস্তুং শূদ্র কাংবু শেমজুনা থবক্কী ভার পূম্নমক মীনাইদা' শিক্ষাজুনা অচৌ-অশাংশিংনা বিলাসতা, হরাও তয়ামদা লুপ্তুনা লৈরবা মতমদা খুৎকন পাঙ্গনবা, অহিংবা, শারমচৎকী কাংবুনা লান্দারক্তুনা ওস্থোক্না লৈবাক মচা ভারবা থবক শুনিংদবা জাতিশিংসিবু মাংহনখি।

ঐথোয়গী হাক্তক অসিদস্ত উবা ফংলি— জর্মনিনা লল্লোন ইত্তিক, নোম্ব লিকপা, লল্লোন মহৈনচিংবদা জাতিগী শিক্ষাশক্তি য়াকাইনবা থবাই খুবাক্তা হাপতুনা হোংনরিউে মতমদা ফরাসীশিংনা বিলাসতা, হরাও তয়ামদা, ফেসন্দা, উপন্যাসতা লীলা-কলাদা লুপ্তুনা ময়াই কাজুনা তাওজুনা লৈরম্মি। মসিগী নাতৈনা ফরাসি জর্মনিগী খুৎতা হন্না হন্না মাইথিবা ফংজুনা মমৈথংদা ইংরেজনচিংবগী মতেংনা নাস্থোকচরকই।

অতুগা ভারতবর্ষ জগৎকী মীশিংগী শরুক মঙাথোকপগী শরুক অমগী পোক্রফম, মপান নাইদবা লন থুমগী খনি ওইজুনা জগৎ পূম্নমক্তা কল্লক্রবা ভারতবর্ষ অস্তুক্তুইবসি মীগী থুয়াগী উফুল লেজুন', লাইর চুখনা তোন্না লৈরম্মি। করিগীনো? মথৌ খঙলুদবদগী!

থাইনগী ভারতনা কর্ম্মগী পাহৈতনা মাই পাকলম্মি। মহৈ-মশিংদা, লৈবাক মচা তাবদা খুৎশা হৈবদা, সাহিত্যদ', মথৌনা মপাঙ্গল, মতিক মঙান্দা, লম-থুমদা জগৎকী মকোক থোংজুনা লৈরম্মি। অতুগুম্বা [ভারত মচা শুসি অতনবা, থবক

চুনিংদবা "ভাংব্যা" হায়না তাইবং পুম্বনা লংনরিবা করিগীনো ? অসিগুম্বা দশা করিদগীনো ? কনানা ভারতকী শিম্ফাশক্তিগী মমু য়ৌথেকখ্রিবনো ?

লৈবাক্কী বায়েল খোঁদাদা মীরৈবাক মচানা শুপথিবা, ধর্ম্মগী পুন্সিদা শেংদোকপা য়াত্রবা পুরিংশিংনা স্নুপথিবা, কর্ম্মগী পুন্সিদনা ফত্তবা চংনবী রুহিশিংনা পম্থিং ওইনা লৈখিবা অসিনচিংবসিনা ভারতজাতিগী শিম্ফাশক্তি য়ৌথুহনা থমখি। ব্রাকম অসি হায়বদা মী কাংবু অমনা হায়রকদবা বা নিংশিংই। মথোয়না হায়, সনাতন ধর্ম্মগী আশ্রয়দা, ধর্ম্ম অসিগী আচার নিয়ম অতুগী পান্থেনা জাতি অসিনা অস্নুক য়াম্বা অবা-অনা অমস্নুং চেংদোক-.হাংজিনগী নোংলৈ মরক্তা হিংলক্লিবা অসিগুম্বা সনাতন ধর্ম্ম অসিবু কান্নদে করম্না হায়গনি ? সনাতন ধর্ম্মগী মাইয়োক্তা ঐখোয় করিস্নু হায়দে। সত্য ধর্ম্মগী মিংদা তমথিরবা অধর্ম্মনা ত্তৌরিবা মাংন-তাক্নবগী মশকশিংসি ন ঐখোয়না হায়রিবদি। মসিগী ফলদি অশিবনি। ঐখোয়বু হিংলিবরা ? অসিবু হিংহুনা লৈবা কৌব্রা ? পুন্সিগী অর্থ করিনো ? ফ-ফা কামহুনা মুংশাখর হেনবসিনা লোইরবরা ? পুন্সিগী অর্থদি শিম্ফানি ; থোনা ফবা নিংতম্বা বাখল থনবনি। (*We live in deeds, not in years in thoughts, not in breaths* )। নোংচুপকী লৈবাকশিংদা অমুক্তা য়েংউ, শিম্ফাগী ইচাও কয়াদা কনখ্রবনো ! অচৌবা বাখলগী অখিংবা লৈতবা ঈচেন অসি কয়াদা পাকচাওনা চেল্লিবা ! অতুগা ঐখোয়গীনা

চৎনবী, কহি, ইপা ইপুগী হৌনবা, পুকংচল পিকপা, হিরম খুদিংদা অনম-অহা চুবা থবাই তৎপমথৈ মুংশাম্বর মপী হোন। মসিবু হিংবগী লক্ষনারা ? ঐখোয় হিংদ্রবনি, লৈ হায়বত্তা মত্তাইরবনি ( *We do not live, we merely exist* )। পুন্সি চুপ্পা লেকথবগী মৈথুনা কুপকদোৌবগী শকক্তি মিকুপ অমত্তং ঙাল্লম্লগা শিবনা হেন্না ফৈ। ( মুহূর্ত জ্বলিতং শ্রেয়ো নতু ধূময়িতং চিবং )।

হৌজিক করি উপায় তৌনি ? জাতি অসিবু হিংগৎহন্দবা যাদে। যুগ পুবা মহাপুরুষনা করি হায়বম্বগে হাযবতু তাও, "ইউরোপকী নোংথা দগী মহাশক্তি অমা থোক্লুনা পৃথিবী শিনবা থুংনা শন্দোকহনবা অতুগুম্বা থবাইগী অকনবা ঈহুন পাম্মি। শিন্থাশক্তি অতু পাম্মি, নিংতম্লিংবগী থিঙঙমদ্রবা ঈহৌ অত পাম্মি, মশানা মশাবু থাজবগী হনবা নাইদবা অথাংকনবা পাম্মি, থবক হৈবা অমসুং চাওখৎপা ঙম্বগী থৌরাং অতু পাম্মি, মতম লৈবথিবিক্তা তুংদা যেংবগী মিৎয়েং থরা ককথরগা মপান নাইদ্রবা মাংগী লমজাওদা য়েংথোকপগী মিংয়েং, থোংদগীনা তোন ফাওবা শিংলি শিংলি থুদি দা চেল্লিবা বজো গুণগী ঈচেন পাম্মি।"

আর্য্যশিক্ষনা মক ওইনা তাল্লবদি সাত্ত্বিকভাব চাওখৎহনবসিনি। তেইগুম্বসুং সত্ত্বগুণ চেনবা, পুম্নমক থাদোক্লবা সন্ন্যাসীগী মচিন্দগী থোরক্লিবা "শিংলি শিংলি থুদিংদা চেল্লিবা রজোগুণগী ঈচেল পাম্মি" হায়বসি বা অসি করিনো ?

মসিগী মরমদা শ্রী অরবিন্দনা হায়রবা তাও-"সত্ত্বগুণগী মকওইবা মহমদি ব্রহ্মতেজনি। ক্ষেত্রিগী তেজনা ব্রহ্মতেজগী খুক্ষমনি। ক্ষেত্রিগী তেজ লৈতবা মফমদা ব্রহ্মতেজ কুইনা লৈবা যাদে।"

ঐখোয়দি মমখ্রবা তমোদা লুপ্তুনা লৈবি, অদুগা সত্ত্বগুণগী মিংদা মহাসত্ত্বিক শাজিন্নদুনা পোংলি। অসিগুম্বা তমোগী অমোৎপা তাম্বোক্কে হায়রবদি রজোগুণগী মতেং লৌগদবনি। মবম অসিদগী ভারতকী শুরূ মমখ্রবা তমোগুণ উবগা স্বামী বিবেকানন্দনা হায়, "রজোগুণ পাম্মি, কর্ম্মবীর পাম্মি, অপাম্বগী লাকচমত্রবা ঈচেল চেনশন্নু, মসিদা পাপ চংলবশু তমোগী লম্ভম শাচমদনা অনম-অহা চুনা অসিদগী শকক লিংশিং লেন্নফে। হেগংলক্রিনা রজোশক্তিনা থবক কন্না, ইচংথোনা লাইখৎলকপা মতমদা তমোগী অমম্বা খোরিংডাই এইদি হায়নবু লগান য়াওদনা মনিং তমখৎলকপা মতমদা ফত্তবা শাজৎ-শাফং অনৌং কাংক্লেন্না এক্তবনা 'চংব' হিংচা যাতম্বগী ভাব অমুক চংলকপা যই অসিগুম্বা পবিনাম অসি থৈদোক্নবা কন্নবা রজোশক্তিন সত্ত্বগী সেবাদা শিজিন্নগদবনি। সাত্ত্বিকভাবনা য়াকইবক্তুনা রজোগুণগী হিনাও শাবা ওইরক্রবদি তমোগুণ অমুক চংলকপা ডমদে, কন্নবা রজোগী শক্তি অদুনা অরাবা ফিদম অমা তম্না ঈবম অমস্তুং ঈথাই চুম্না চুম্না পীদুনা লৈবাক্কী অমস্তুং জগৎকী য়াইফনবা তৌরকই।"

মসিনি ঐখোয়গী কর্ম্মজীবনা তাক্লিবনি, জাতিগী ফিদমশু অসিনি। রজোগুণগী লগাম য়াওদবা লীলা নাত্তে। হৌজিক্তি

জাতি অসি তমোগী গুরু মচখুবা অমম্বা মবক্তা লৈরি,
তমোগুণগী লক্ষনাদি অপংবা, লেংডম শাডমদবা, অতনবা,
অপাম মুংশি য়াওদবা, অকিবা, চোইথ্রংনবা, রাখলগী লিশা
পবি লৈতবা, যন্না তুম্বা নোম্নিদবা, অরাবা, মাইথে
লাংশিনবা অসিনচি বসিনি। পোনা হায়বগা অতনবা শুনি
দববু য়োকখৎপা পোৎ পুম্নমক তমোগুণনি, মসি জাতিগী
মবাই চাইথবকপা তাকপা খুদমশিংনি।

জাতিবু কনসি হায়রবদি হৌজিক ইহান হানবদা রজোগু
য়াকাইহনগদবনি। রজোগুনা থবক্তা শথোনি। আশা, হোৎনা
উৎসাহ, চাউখৎনিবা থবকচিনবা, তপথদবা, ডাইডমদবা, ঈত
থোনা অসনচিংবাশিংসি রজোগুণগী খুদমনি। অসি পুম্নমক
ক্ষেত্রগী শুম্নি, ক্ষেত্রশিংদি রজোগুণগী তুংনথমনি। রজোগু
অসিনা পাথোরকওনা ইংরেজশিংবা ইউরোপকা অমা
অমিকপা লেবাকশিংনা আমেরিকা, আফ্রিকা, অমসুং অ
লিয়া মহাদেশ পুম্বা যোৎশিল্লে। অদুগা এশিয়াগী মাশিং
তমোগী অমম্বা গুণাদা তত্না লেপ্ত বন্ধন লৌর। এশিং
হায়রবদি পৃথিবীগী শবক তঙ্খাই অমগী মীশিংগী লেফম্ন—
অসিগুম্বা মাশিংসদগী পান্থোনদা পঙ্গল, মকোক্তা মচ
মরোশিং, থম্মইদা থোনা কনাদগীসু রাওনা লৈরিবনি।
হৌজিক ভারত, চীন, ইন্দোনেশিয়া, মিশর অমসুং পারস্যনচি
লৈবাক্তা ইউরোপকা শুকনম তকথোক্কুনা—য়াকাইরল্লে
এশিয়াগী জাতি খুদমক অনৌবা শিক্ষা শক্তিগা লোইনা

অসুম্না ব্যবস্থা পীরম্মি মতুদি বেদজ্ঞান লৈত্রবা, মথৌ তৌদ্রবা ব্রহ্মণদা দান পীবা মীশিংবু নিংথৌনা মতিক চাবা দণ্ডি পীগনি। য়েংউ স্বধর্ম্ম অমম্মুং স্বধর্ম্ম পাংথোক্লবগী কয়াদা কনখ্রবা চৈরাক্নো? অদুবু হৌজিক্তি ব্রাহ্মণ অদু লৈত্রে, ব্রাহ্মণ ধর্ম্ম অদুশু লৈত্রে, ক্ষেত্রিগী তেজ অদুসু লৈত্রে, লাম্মী অদুসু লৈত্রে. মরল মথুম অদুসু লৈত্রে; হৌজিক্তি ঐখোয় পুম্নমক শূদ্রধর্ম্মগী, হুইগী লিচৎ চঞুনা তোংগী অমগ্গদা লুপ্লে; মী পুম্নমক মথৈ খঙনদ্রে।

মীওইবগী থৌদাদি— মশাগী অমম্মু ইমু মচু গী ফিজেং চাকশেং থুংনবা হোৎনবতনা লোইবা নত্তে, মীওইবগী হৌনবা মথৌ খঙবা মীশিংনা পুন্সি অসিগী মিকুপ অমা ফাওবদ অরেম্বদা মাংহনদে। নহা পাখং লৈশাবীশিংনা জ্ঞান তাক্লি অদুবু কনানা জ্ঞান কয়ামুক তাক্লবগে হায়বসি হায়বা ঙমদ্রা? বিজ্ঞান হৈববা প্রফুল্লচন্দ্রনা হায়রম্বা তাও— "অম্মুক্লইবসি শাস্ত্র অসি নৈনবক্লি, অদুবু তেবর্দানগী মুংমচা খরদমক খুনথুম তৌরি।"

হেফোং সাহিত্যগী ক্ষেত্রদা মিংচৎ মিংথোন ফংখ্রবা পণ্ডিত রামানন্দ চট্টোপাধ্যায়না ইরম্মি। "পত্রিকা ফোংবগী থবক্তা থোংফম খুদিংগী ইশাগী অন্নাৎপা ইমিৎনা উবা ফংলকই। করিগুম্বা অমতং হেক ইবগা হীরম কয়ামকমদা ঐগী বাৎলিবা জ্ঞান অসি তরং তরংবা উবা ফংই।" রাখল থেল্লিবা নথোয়না টেক্সবুক খরা লোইরগা তৌগদবা নথৌ লোইরে হায়না থল্লি।

ইমুং মন্নুংগী, সমাজগী, দেশকী, তাইবং মীওইবগী ওইনা মীওইবগী লোইবা নাইদবা মথৌ লৈ। দেশ সেবা তৌনি? দেশ সেবকী মকওইবা থবক্তি জাতি শেমগৎপনি— খ্বাই পুন্নমক্কী মমিং পাংহনবা, লৌরাই-থবাইবু হৌদোকপা, খুঙ্গংগী হকচাং, মহৈ মশিং, লৌউ শিউবা অমস্নুং খুৎশা হৈবা চাউখৎহনবা অসিনি— অসি পুন্নমকসি হোৎনবদা কয়া য়াম্না পুক্নিং চংগদবা, কয়া য়াম্না থাংবকনগদবা অমস্নুং কয়া য়াম্না ওইজবা থাদোক্কনা নোমগদবা অসি পুন্নমকসি খম্থকনা যেউ। অসিদা লাইথোকখ্রহনা অমমমগী চাওখৎনবা হোৎনবদা থবাই খুবাক্তা হাপতুনা নোম্নরি।

তাইবংমী অমগী মফমদা লাইববা হাযবসি অচোবা দোষ অমনি। মীথাপোনবনা লাইববগী মরম অমনি, অতুগা অমুক লাইথবনা মীথাপোনবা কোক্কবগী অকিবা ফংবা মরম অমনি। মুসিং চুপ্পা পৈশাগী রাখন্দা লুপতুনা লৈরিবা অতুনা দেশকী তবামচাগী রাখল কবম্না তোগদোবিবনো, মশাগী ওইজবা কবম্না থাজমগদৌরিবনো? মী খুদিংনা মবন মথুম ওকনবা লৈতুনা পূক্কী চিন্তাদগী মুক্তি ফংলবা মতমদদি মহাক্কী পুক্নিং রাখল খবা চাউবকই, মীচোন্দা নপচ তাংজবা থরা মযেং তাই, মীনাইগী রাখল কোকই, অফবা রাখলগী ঈহুন ফাওই অমস্নুং অফবা থবক্কী থোইনশিন ফংই; অম্নুম্না জাতিগী চাউখৎনবগী শিন্থা পাইখৎনবগী অনিং পরৈ পোকলকই। মী অমমমগী শেন থুমগী ফিভম ফনবা হোৎনবসিনা জাতি অমা চাউখৎনবগী

মরুওইবা সহায়নি, অতুদা চোকথবা নাইদনা নোম্বনা শেন থুম ফগৎনিঙঙাইগী মকনি।

ঐখোয়গী সমাজদা অতনবা থবকশুনিংদবা, উতাংবীগুম মীঙোন্দা তাংবা, ভিক্ষানিবা থবক ঙমদবা, মীরেম ওইবা মী কয়া য়াম্না লৈখ্রবনো হায়বতু মসি কনামতনা হিসাব তৌনদে। চীন দেশকী নিংথৌরেন অমনা হায়খি — সমাজদা মীরেম ওইহুনা মথৌ পাংথোকতবা অমা যাওরকপা মুমিত্তা অতোপ্পা মী অমা চরা হেনগনি। থাঙ্গশেংবমক অম্বক য়াম্না অতনবা মীশিংসি সমাজগী পোৎলুম ওইহুন লৈরিবনি। য়েংউ, ঐখোযগী দেশতা মী কয়ানা সমাজগী থবাক্তা নেৎতুনা থৎক্তি শুদনা চাবদা থংহুনা লৈবি।

মী অমনা লেমজা চারগা—মহাক্কী মপা মী অমা চরা হেল্লি হায়ববদি মৈত্রবাকসিদা লেমজা চাবা মীদি কয়া য়াম খ্রবনো অমুক্তা খন্দুনা যেংউ। সমাজদা খুৎনা থবক শুববু হঙ্গোইনবদগী মীরৈবাক মচাশিংনা অস্থুকুইবসি লোইচল্লম্লিবনি, করিনা খুৎনা শুবগা শুদবগা কাংবু অনিগী মরক্তা মিৎয়েং চুম্নরক্তবদগী সমাজগী মরা চেৎলক্ত্রবদা মমিৎ থোবা মীরৈবাক মচাশিংনা খুদোংচাবা লৌখি। ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, শূদ্র হায়না বর্ণ মরি খাইবগী প্রথা বেদদা লৈতে। বেদদা পনবা হায়বা মওংবু ঋগবেদগী অয়োইবা শরুক্তা পুরুষসূক্তগী শ্লোক্তা সৃষ্টিগী মতাংদা পুরুষকী মচিন, পাম্বোম, ফৈবোম অমসুং খোংদগী মথংশিংনা ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, শূদ্র ওইখি হায়বা

অসিতনি। মসিনা হৌজিক্কী মতৌগুম্না শিনফম হোংবা যানদবা, গম্ন-খোৎনবা ম্নাদবা ক্রক ক্রক থাজিন্নগা মতৌ অসি তাকপা নাক্ত। মসিগী মরমদা মীবৈবাক মচা ইতিহাস ইবা ভিন্সেণ্ট স্মীথনা হায়রম্বা তাও— "ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি বৈশ্য, শূদ্র হায়না মচিনবৈভদগী হৌনা বর্ণ মরি লৈবকই হায়না থাজনবসি অরানবনি। মমা-ভৈগী হিন্দু ঋষিশিংনা মীওইববু চাওরাক্লা কাংবু মরি থোক্লা শিনফমগী মতুং ইন্না থাইবস্ম। মতুংদি লাই রকশুবা ব্রাহ্মণ, লান অমস্তুং ৱাযেল থোদাবা ক্ষেত্রি, লম্লোন ইতিকপা বৈশ্য, অতুগা চুম্নগী মীচম অনস্তুং থবকশুবা কাংবু শূদ্র।" মবম অসিনা ঐখোয়না উবে মতুংদি— কাংবু থাইবা অসি শিনফমগী মতুং ইন্না থাইজবা, হৌজিক্কী শেন্বা থম্বাগী লোন্দা হায়রগা শিন্নম যেনবগুম্বনি। হৌজিক্তি ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোকই হায়তুনা লাইরিক হৈত্রবস্থু, জুৱার শান্নরবস্থু পোকপগী অধিকারদা ব্রাহ্মণগী মর্য্যাদা তাম্লকপদগী সমাজদা য়াম্না অকাইবা লাকই। অস্তুম্না খুৎনা থবক শুদবনা লেম্নবা ওইনা তৌবদগী অতুগা থবক শুবা মীবু হস্থবা মিৎয়েংদা যেনবদগী মী অযাম্বা চারবস্থু চান্দ্রবস্থু যান্নিবমথৈ খুৎনা থবক শুদনবতা হোৎনখ্রে। মসিনা লৈবাক্কী শেন্ন-থুম্বাগী হিসাবতা কয়া কাইখ্রবনো অমস্তুং মৈত্রবাক মচাগী অবস্থা কয়া থিজিল্লক-লবনো থন্দুনা যেংউ। অসিগুম্বা অরানবা ৱাখল অমা লৈবদগী চাত্র ছত্রীশিংনা মযুমগী থবক শুনিংদ্রে, লাইরিক তম্নিবসি লেমজা চানবগী নমজ-হানমগী চালাক তম্বগুম থোক্লে,

মসিনা ছাত্র ছাত্রীশিংগী লমচত্তা য়াম্না অমাংবা ওইরকই, থবক ওম্মক্তে, মতম চুপ্পদা মীচোন্তদা তাংজনতা লৈনিংই। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা লৈবাক্কী সেবাগুম্বা অরুম্বা ভারগী দায়ি অসি লৌনবগী সাহস কনাদা লৈরমগনি। মরম অসিদগী মহাত্মা গান্ধীজীনা থাইনগী মুণি-ঋষিশিংগী কাওলোন্দা ছাত্র ছাত্রী খুদিংমকপু শাগৈজাৎ অমত্তং বর্ণ য়েংদনা করি শিনফমদা থরা হেন্না হৈনবগে হায়বত্থু য়েংথোক্লগা হৈনবা শিনফমদা শিজিন্নত্থনা ঋষিশিংগী কাংবু মরিগী মগুংদা ইমুং অমতগী মচিন-মনাওনা অমনা অমবু তেংবাংনবগুম্বা, ময়াম্না দ লায়না উরবা, মরি অত্থু অমুক তশেং তশেংনা ময়ামগী মমাংদা উৎলি।

হৌজিক অয়াম্বা ছাত্র ছাত্রীশদা করি থবক হৈরবগে নত্রগা হিংনবগীদমক কনানা কর থবক কবম্না শুরিবগে হায়না হংবদা কনামতনা নিংখিজনা খুম্বা ওয়োই। ছাত্র মচাশিংনা তৌরিবদি পরীক্ষা ময়াগী থা অনি অহুম অত্থু থরা চা নাইনা লাইবিক পাই, অত্থুদগী পরীক্ষা হেক লোইবদগীনা মথংগী পরীক্ষা লাকত্রিফাওবা রারী শুত্থনা, তুমত্থনা কাম্নত্রগা মরৈ য়েংনত্থনা, হরাও কুম্মৈ তৌত্থনা, উপন্যাস পাত্থনা মতম লেপ্লি। অম্মুম্না কলেজদগী নত্রগা স্কুলদগী পাশ তৌত্থনা থোকখিবা ছাত্র ছাত্রীশিংনা হিংনবগী লানফম ময়াইদা খুৎলাই ম্নাওদনা পোরম থওদনা, চওক্লত্থনা লৈ।

অম্মুম্না চংওকত্থনা, নিংবা কাইনা, পুক্লিং লাংতক্লনা লৈবিভৈদা যৌবনগী মুংঙাইবা মতম অয়াম্বা হৌখি। খুৎনা থবক

শুত্তুনা চোপথগদবগী শকক্তি চাদ্রবশু কৈ হায়না লৈরিঙৈদা অসোমদনা যুমপানবা য়াওরবদি চহি খুদিংগী মচা পোক-শিন্নক্লুনা মশা মশাদা মাঙজবা নত্তুনা করিশু খঙজদবা অঙাং-শিংগী মথক্তা সমাজগী অরানবা ব্যবস্থাগী মৈশা নংই। মফম অয়াম্বদা উই মতুদি যুমগী অহনশিংনা, হন্নুবা-হন্নবী ফাওবনা অহিং-মুংখিল খাক্তুনা থরাই খুবাক্তা হাপতুনা থবক তৌরি; মচা মশু থাক্লবগী চিন্থাদা কাহৎলি, অতুগা নহা পাখং, লৈশাবীশিংনা সিনেমা, থিয়েটর, হবাও-কুম্মৈনচিংবদা লুপ্লি। হংলুরগা থবক ফংদে হায়রকই। লাইরিক হৈবা নহারোনশিংগী ডিগ্রীনবীদা থবক্তী অর্থদি চাকরী হায়না ইরমাল্লে। লাইবিক লাইশু খরা উকবদগী থবক হায়বসিদা চাকরী নত্তুনা অতৈ পুন্নমকপুদি লোই থাখ্রগা কবয়া থবক ফংগদৌবিবনো?

থবক্তী থোইনশিন লৈবা মীদদি থবক থিকুগদবা নত্তে, মাগী অকোয়বদা থবক্তা যোমতুনা লৈ। ম্নোং পায়খৎলু, লাঙ্গল পায়যু, উমং বামং শেংদোকউ, থুম্মোক-তাইকক, শুমজিৎ চফু, থৌরীনচিংবা ফমতুনা লৈথোক্তদবগী শকক্তি শাজিললু, তানশিল্লু। নরমদা লৈতবা খুৎশাহৈবগী থবক অমা হৌদোকউ, নবমদা থোক্তবা পোৎ অমা ময়াম তিন্নতুনা ময়াম পুন্নমক ফংননবা পৌবাং তৌ। থবক্তী অরাৎপবু লৈবা হৌনব্রা? রংলিবদি থবক্তী থোইনশিন্নি। হৌজিক দরকার ওইরিবদি থোদাং খঙবগী ভাব, নোম্বগী মর্য্যাদা, অতনববু হঙ্গোইবা, হনবা নাইদনা নোম-শিকপা, খঙবা কনবা অমমুং তরংগী

দালান থাদোপা অসিনি। জাতি অমগী লমচত্রা অসিগুম্বা গুণশিং য়াওদ্রবদি জাতি অদু মঙ্গোল লৈতে। করম তৌনা ইরৈবাক অসিদা ঐখোয়না মীরৈবাক মচাগুম ওইখিবনো থম্মতুনা য়েংলব্রা ?

মৈত্রবাক অসি লৈবাক অতৈগা চাংদম্নরবদা পিকচরবস্থ অদুক য়াম্না শোখবা লৈবাক নত্তে। মসিগী সাক্ষিণাদি পুরাণ কাকলুদ্রবস্থ ইরায় লায়না মিৎনা উবা মৈতৈগী শান্নবা মও থরা অসি য়েংলগা হেক্তা খঙই। লৈবাক মচা তাদনা করম্না মৈতৈশিংনা শগোল কাংজৈ, য়ুবীরাকপী, কাংজৈ, চোঙ্গোং মাংজোং, অদুগা জগোই, ইশৈদা অস্থক য়াম্না চাওখৎলম্না কদাইদগী য়াগদগে ? পুরাণ কম্বামকমনা শোগৎতুনা মচাতানা পাল্লম্বা মৈত্রবাক থাঙ্গশেংনমক সনা লৈবাকনি। অদু অদুগুম্বা সনালৈবাক ওসিদি করি দশা ওইরে ? ইরৈবাক মৈত্রবাক 'াসদা ঐখোয়বু ঐখোয় ওইরিবরা ? লল্লোন ইতিক ৱায়েল কাংলোনগী চূন-শো পূম্নক মীরৈবাক মচানা পাঃখ্রে। মসি উবগা ঐখোয়না মীরৈবাক মচাবু কল্লভ ব ওমদে, অদুগা পুরি স্থ নুংশিদবা ওমদে। অদুবু কনাগী দোষনো ? কনাগীস্থ নত্তে, ঐখোয় ইশা ইশাগী দোষনি। য়েসি মৈত্রবাকসিদা করম্বা পাগ্ংনা, করম্বা লৈশাবীনা মীমান্ননবা থরাই খুবাক্তা হাপতুনা হোৎনবা উবগে ? অদুগা করিগুম্বা য়াওরেমলবস্থ অদুগুম্বা নগা অদুবু কনানা হন্না য়েংবিবগে ? ঐখোয় ইশেনমক্তা লাকথুনবদা চোকথরবা নৈতৈনা মীমান্নরক্কদবসি কদাইদনো ?

ইরৈবাকসিদা মুংডাইবা ফংদ্রগা ঐখোয়না পুক্লিংদা ৰারোবস্ম তৌরি ; তৌইগুম্বস্মুং “ মশাবু মশানা তিল-কাং ওইনা শেমজবা মীশিংনা নোইখাইবিরগা ৰারৌফম থোক্কে.” হায়বা জর্মন পণ্ডিত কাণ্টকী ৰা নিংশিংসি।

ঐখোয়বু মী ওইরিবরা ? অথোংপা অমেংবগী তুংনফম ওইবিবী ইচন, ইচেম অমস্মুং ইমা ইবেনশিংবু মৈরক্তা হুঞ্জিল্লগা ঐখোয়না কে মৌতুনা মুপীগুম্না ঈরাংদা তাউরি। নিপা-মুপী চপ মান্নবা নোস্বসি অফবনি হায়না কনা অমনা অফবা বাখন্দগী ওইববস্ম নত্রগা ফত্তবা ৰাথন্দগী ওইরবস্ম হায়বিরম্বা যাই ; তৌইগুম্বস্মুং অমবু ওইরবস্মু অফ ফত্তগী দায়িদি ঐখোয় ইশাদা লৈরে। তাইবং পুম্বগী বিজ্ঞানগী ইনিল ফংলবা অচৌবা কৈথেল অসিদা মমিৎ তাওবী ইমা ইবেনশিং থাদোকলগা, মীনা ফনা থাগৎপিতুনস্মু, ঐখোয়গী করি চাউখৎনিডওাই লৈ? অতৃগা মক্ল ওইবা থবক্লা মুপীদা ননশিল্লগা নিপ ঐখোয়না কবম্বা শিন পায়বি ? মৈতৈ নিপানা চোম্লি হায়না তৌনদবা থবক পুম্নমক মীবৈবাক মচা নিপাশিংনা তৌবি— মসিবু ঐনা ঽ যশিন্নবরা ? মসিগী ফলদি মীপূম খুদিংনা মকুপ খুদিংগী ফলিবাশনি। অতুনা হৌজিক ঐখোয়দি মীনা থাগৎলি হায়তুনা চান্দ্রবস্ম, চারোন শুরোন মাওগদবা লৈববস্ম খোঙ্গাই নিক্লগা লাইবে— মসি চুম্বা মুন্না খন্তদুনা য়েংউ।

লৌউ শিংউবা চাউখৎনবগী, থবক ফংদবা কোক্লবগী থৌরম শিংদি শেন য়াম্না চংই, অতুনা সবকারনা পায়খৎত্রবদি

ঙম্লোই হায়না হায়বা যাঙগনি। সরকারস্তু হৌরম অসিদা পুক্লিং চংদবা নত্তে, চহি মঙাগী থৌরাং মথং মথং লৌথরক্লি। অতুদা শেমগৎ শাগৎপগী থবক সরকারগী দায়িনি হায়না ঐখোযনা করিগত। নাচুংদনা লৈথোকপা চুমদে; মরমদি সরকার অসি প্রজাশিংগী সরকারনি। প্রজাশিংগী দরকার অমস্তুং ইঙ্গিৎ মতুং ইন্না সরকারনা থবক পাযগদবনি। চহি মঙাগী থৌরাং কয়া অমা শেমজতুনস্তু প্রজা ঐখোয়না থব্রাই হকচাং যাঙনা তেংবাংদ্রবদি সরকারগী তলব চাবা অফিসরশ ২০।৩০ না করি তেবা ঙমগনি? মরম অসনা ঐখোযন উবে হৌরম খুদিংদা চাউখৎপগী মরুদি জাতিগী লমচৎনি. অতুগা জাতিগী লমচৎ হাযবসিদি মীমী অহুনা তোজরকপা শাজেন অমস্তুং সধনগী ফলনি।

হৌরম খুদিংদা তাজনপচবগী শাজং থাদোক্তুনা য়াবিবমখ ইশাগী শক্তি খুদেকনবা তৌংনগনি, অমুগা থবক পূর্ণমক সরকারদা ইস্থে কপগী মতৃত্ত নাগরিক খুদিংমক্না সমাজ সেবাগী ভার অসি মশানা লোগদবনি অমস্তুং জাতিগী চাঙখৎনব হোৎনবদা মশাগী শক্তি থাকচবা লৈতনা শিজিন্নতুনা তেংবাংগনি, মসিতদা জাতি অমনা চাঙখৎপা হায়বহু ওইরক্কনি।

নিংতম্বা ফলে হায়রগা ঐখোয়গী হান্নগী স্বভাব অতু যাড়ু মন্ত্রগুম্না হেক্তো হোংগদবা নত্তে; অতুদা সরকার ময়াম ময়েক চৎনবা থৌরাংনচিংবা তৌতুনা থরা ফাঙবদি তেংবাংবা য়াই। নিংতম্বা ফংবগা লোয়নননা ঐখোয়গী ইশাদা য়াম্না থৌদাং অমস্ত

পুরবনি। নিংতম্বা ফংনবা হোৎনববুদি নিংতম্বা হিংননবা হোৎনবনা হেন্না লুই। হৌরম অসিদা মী খুদিংমক্কা লমচৎ-লিচৎ, শাজৎ-শাওং মিৎয়েং-নায়েংনচিংবা হোংদোক্লুনা য়্যামনা বানা ফংলুরবা নিংতম্বা অসি য়োক্লবা ক্বোৎনগদবনি। জাতি অমগী মীশিংনা তম্লব', খবক্কা মাইওক্লিংদবা, বাগনবা, মশা মশাগী মথৌ খঙদবা, মরৈবাক মশক খঙদবা, ইরাংদা লুপ্পা অচুগুম্বা জাতি অচুনা নিংতম্বা ফংলগা স্বর্গ হেক্তা কারগদ্রা? জাতি অমনা নোম্বা কনদ্রবা, লমচৎকী অচেৎপা মরা তাদ্রবা মতমগী মমল খঙদ্রবা, রবীন্দ্রনাথকী বাহৈদা— "হৌগৎলগা লোইশিনবা হৈতবা; লাংবদমক লাংবা থবক তৌদবা; তৌরিবা, নিল্লিবা খবক্কা খরাই হকচাং য়াওনা থাজবা পোকত্রবা; থাজবা পোকপা হৌরম অচুনা ঙাক্কা চত্রবা; বারেং কোকথোং কোকথোং লেংবা হৈরগা, মশাগী ওইজবদি শম্না মফৈ অমা ফাওবা থ'দ্রবা; নাপনতা উৎলগা লেম্লবা. থাঙ্গেশেংনা মতিক চানবদি হোৎনদ্রবা"— অসিগুম্বা অশোনবা, মথৌ লৈত্রবা, নাপন্না মরাই কাবা, মরৈ য়েৎনগনবা জাতি অচুনা ইখঙ খঙহৌদনা নিংতম্মক্লে হায়রগা হেক্তা চাউখৎলগদ্রা? ভারতনা নিংতম্বা ফংলবা মতুংদা সর্দার পটেলনা নহারোনশিংদা অচেৎপা লমচৎ শেমগৎনবগী দমক হায়খিদা বাসি তাও—"জাতি অমনা চাউই চাউদে হায়বসি প্রজাশিংগী লমচৎ-লিচত্তা মমি তাই। প্রজাশিংগী লমচৎ অসি পিক্লবা ওইজ তানবগী স্বার্থনা কালি তৈরবদি অসিগুম্বা জাতি অসিনা চাউখৎপা অমত্তুং অচৌবা

থবক তৌবা ওম্মোই হায়বা তাকই।" মরম অসিনা জাতিগী লমচং অসি শেংদোক্নুনা চাউখৎনবা হোৎনবনা স্বরাজ পীননবগী মরমদা খ্বাইদগী হান্না তৌগদবা থৌদাংনি। জাতিগী লমচং শেম্বগী মচাক্তি থবক্তা খোইজংবা অমম্নুং শিল্লম থওবা অনি অসিনি। থবক্তা খোইজংবা করিনো হায়বসিদি হায়কেৎ ভাব তাররিনি, হৌজিক শিল্লম থওবগী মরমদা খরা হায়জগে।

---

## শিল্লম থওবা

খাওওমত্রবা অয়া-অনা মৈচাক্না, অরুবা
থৌদাংগী তারনা, অনৌবা বীর বেশতা
ঐবু লৈতেংবিয়ু। অশোকপা জথমনা ননাইগী
হকচাং কায়াৎ লৈতেংবিয়ু। মহৈ য়াল্লবস্পু
য়াল্লবস্নু ততুনা নোমজবা ফংজবা
পীনবিয়ু ননাইদা। মওগী মুংভাইবা
তম্বাক্তা তুমখিদনব', কর্ম্ম ক্ষেত্র 'সিদা
পীবিয়ু ইনিংতম্বা, অকনবা পাঙ্গল।

—রবীন্দ্রনাথ।

থবক শুদনা মীরেম ওইহনা লৈবা অসি ফজবা নত্তে অতুগা তোপ তোপ্পা অধিকার অমস্তু নত্তে। মপুকচেল পিকপা মীনা মথুৎ থাংদোক্কতা ময়াদা থাংদোকপদা পেন্নরবস্নু খ্বাইগী

জ্ঞান লৈবা, নিপা থোকপা অমস্মুং পুকচেনশেংবা মীশিংনা মসিবু থাঙ্গৈশেংবা অরেম্বগী অমস্মুং মর্য্যাদা তৌনিঙঙাইগী মশক ওইবা পোৎনি হায়না খল্দে। —স্মাইলস।

ঈশ্বরনা নংগী জাৎ হংগদবা নত্তে,
য়ুম্লাক শাগৈস্মু নংগী হংগদবা নত্তে;
ইবুঙেঙা মানা মসিতমক খঙনিংগনি—
পৃথিবীদা নংনা করি পাংথোক্লম্বগে?

—পারশ্যগী পাওরো অমা।

কনাবুম্মু য়েংথিরুবা তৌদনা; মীপুম খুদিংদা পীনহৈহ্নুনা ঈশ্বরনা পীনবা অচুম্বা খিনবগী অধিকারদা খোংকম চেৎনা লেপতুনা ইশাগী থৌদাং মপুং ফানা পাংথোকনবা তৌসি।

—আব্রাহম লিঙ্কোন।

ঈশ্বরনা তাইবংমীবু পৃথিবী অসিদা উ-বাগুম অমস্মুং শা-ডাগুম মতম খরা লৈরম্লগা শিউ হায়না থারকপা নত্তে। মীওইবদা মীয়ুংশি, খোজান, জ্ঞান, অচুম-চুমদগী বিচার পীরক্লিবসি মরম লৈতব নত্তে। হায়রিবা গুণশিংসি ঈশ্বরগী ওইবা গুণডাক্লি, অতুনা মী মী অতুনা অতুক্কী মতিক গুণশিং'স ফোংদোকপা ঙম্মিবমখৈ অতুকী মতিক ঈশ্বরগী মাইগৈদা ওনশিল্লকই। শিল্লম খঙবা, অমস্মুং থবক কনবা জাতিনা করম্না পৃথিবী জয় তৌবনো হায়বতু মীপুম খুদিংগী থম্মোইদা পিং পিং লাওনা হৌজিক ফাওবা চোংলি। থবক কনবা মথোনা লৈবা ইংরেজগী মথুক্তগী ঙরাংক্তা ডাইরি ঐথোয়না

মুক্তি ফংজরকপা। ইংরেজনা পানবা মতমদা হীরম খুদিংদা অহোংবা ওইখি। য়াওং-শওাংদা, ফিজেৎ চাকশেঙ্গা, মিৎয়েং-নায়েংদা, লমচৎ-ব্যবহারদা সাহেবকী মতৌ তম্বগী অকনবা ইচাও অমা হৌখি। খুদম ওইনা হায়রগা ইংরেজশিংনা মুপীশিংবু নিপাগা থবক চপ মান্নবা থমখি হায়না লৌরুবদগী ভারতকী মুপী কযাম্ব মনিং-মখা তম্বা হৌই; অসিনা সমাজদা অফবা অমম্বং ফত্তবা অনিমক থোকহনখি। সাহেবকী মতৌ তম্লিবনি হায়রুনা নিপা হাযবা জাৎনা মুপীনা থাকপা লংদা থুহনা য়াথোক লাম্হোক কয' থোক্লি। থাক্লেংশেংবদি সাহেব শিংনা মীশকতা যেংবা নত্তে, পোশক্তা য়েংবনি। অরাবদি পুন্নমক্তি লামবোই চুম্বোই মতৌ তমহৌরগা ইংরেজশিংগী নোম্বা কনবা, থাংবা কনবা, থবক্তা খোইজংবা, উইল কনব', ইচং থৌবা কিদবা মতম মাংহন্দবা অসিনচংবা রজোগুণশিংসি তমহোৎত্রে। হায়বিবা গুণশিংসি পুল্লপ্পা শিল্লম থওবা মী নত্রগা জাতি অমগী মশাদা লৈ। হৌজিক্তি শিল্লম থওবা হায়বসি কবিনো, অদুগা শিল্লম থওবা মীশক অমা ওইগে হায়রবদি লমচৎতা করম কবম্বা গুণ লৈনবা শাজেন তৌগদগে হায়বহ হায়গে। মক ওইবা গুণশিং থরা মথাদা ইরি—

১। মতমচুপ্পদা থবক্তা মাইওনশিনবা—মতম ফজনা শিজিন্নবা।
২। তাংথক নাইদনা, লিশাংশিংনা নোম্বা।
৩। মথং মনাও কাইদনা অমম্বং মতম নাইবা।
৪। হৌবদগীনা লোইবা ফাওবা থবক্তা পুক্নিংচংবা।

৫। পথাপ নাইবা অমসুং পুন্না থবক তৌমিন্নবগী শক্তি লৈবা।

৬। অনৌ অনৌবা থবক অমসুং পাম্বৈ লৌখৎনবগী শক্তি।

৭। মাত্রা জ্ঞান।

৮। থবক্কী বুদ্ধি, খুজিন খোবা' হৈবা।

ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সিদা গুণশিংসি নিংথিজনা প্রকাশ তৌহনগদবনি, নত্রবদি নৌনা নিংতম্বা জাতি ওইরকপসিগী মর্য্যাদা চপচানা ঙাকপা ঙমলোই। মী অমমমগী পুন্সিদা চায়রিবা গুণশিংসি লৈনবা হোৎনগনি অদু ওইরবদি ভারত জাতি খুৎকন পাঙ্গনবা ওইদুনা তাইবংপান্না ইকাইখুম্ননি। মথক্কী হীরমশিংসি অমমম ওইনা মথং মথং নৈনশি।

---

# অহানবা শিল্লম কৈরাক

## মতমচুপ্পা থবক্তা মাইওনশিনবা

থবক কনবা হৈশিংবা মী অদু সনামাং যোবা উগনি।

—সলোমোন।

"কদৌহৈঙদস্ত কবিমতা তৌদনা লৈতবা" -স্যর বালটর স্কট।

" মতমচুপ্পা থবক চিনবা " --ভলট্যায়র।

মী অমমমগী অতনবা, ওইজতানবা অমসুং পাপকী ফলনা জাতি অমা মরাই চাইথরকপগুম, জাতি অমগী চাউখৎপা চায়বসি মী অমমমগী নোম্বকনবা, ঈচং থোবা, অচুম্বা পাম্বগী মহৈনি।

—স্মাইলস।

ঐখোযগী পুন্সি অসি মিকুপ কয়া মুক্তনি; অতগা চপ্তি হায়বসি মিকুপ কয়ামুক্লা শাই। অসিগুম্বা মিকুপ অসি অরেম্বদা হৌখ্রি; মরম অসিনা মিকুপ অসিবু ফজনা শিজিন নহৌত্রবদি পুন্সি অসিস্তু নিংথিজনা শিজিন্নবা ঙম্মোই। পুন্সিগী মমল খঙবশিংনা মিকুপকী মমল খঙই। "মীওইবনা তুমং থোরকপদা হরাওই ১স্তুং অহিং চংলকপদা তুজুংই; তৌইগুম্বস্তু মরক অসিদা পুন্সি ময়েং তাবক্লি হাযবসিদি মশোয়না খঙদে" লন মাংখ্রগা নোমহুনা অমুক তানবা য়াই, হকচাং ফত্রবস্তু হিদাক লাংথক চাহুনা অমুক ফগংপা যাই, পাংশিল্লবস্তু মপহ মশিং তমহুনা মিং পাংহনবা য়ই; করি অমুক হাযগনি লমচৎ মা লবস্তু অমুক পেংদোক্তুনা ফগংহনব য়ই, তৌইগুম্বস্তু মতম মাংখ্রবদি অমুক হন্জিন্নবা উপায় লৈতে।

মতমগী মমল খঙবশিংনা মিকুপ অমা ফাওবা অরেম্বদ মাংহন্দে, মখোযদদ মতম হায়বসি থৈংগৎ-নমক মমল নাইত্রবা লন্নি তে ইগুম্বস্তুং অযাম্বা মীনা লন অসিবু অরেম্বদা মাংহনবা অসিগুম্বা অতৈ লনবু মাংহনবা তৌদে। মরম অসিনা অযম্বা মীনা কর্ম্মক্ষেত্রদা অচৌবা মী ওইব ঙমদে, মীচম ওইহুনতা লৈ। পৃথিবী অসিদা করিগুম্বা জাতি অমগী অচৌবা মগী শাজৎ লিচৎ মচা থাইহুনা য়েংউ; উগনি মতম ফজনা শিল্লিবা অমস্তুং মতমচুপ্পদা থবক্তা মাইওনশিননা মখোযগী পুন্সি মহ য়ানখিবগী মরুনি।

অশেংবমক পুন্সিদা থবক তৌনবগী মতমদি য়াম্না তেম্মি। ঐখোয়গী হকচাং য়োকখৎনবগীদমক্তা চাবা-থকপা, তুম্বা-হিপ্পা, পোম্থবা, শাজেন্নচিংবসি চংই। অসিগুম্বা থবক ময়ামসি তৌবদা নোংমগী মন্নুংদা মতম তঙ্খাই অনদি চংখি, হায়র্বদি পুন্সি তঙ্খাই অমদ চংই। অহুদগী মবক মবক্তা অনা অয়েক নবা অসিস্ন শোইদবনি। অহুদগী শাগৈ নাতৈ, মকপ মপাং থঙন-চান্নবশিংগা ৱারী ৱাতাই শাবনচিংবা হৌনবী কয়া ঙাকনা চৎপহুস্নু মতম ফনা যাম্না ককশিল্লি। অসি পুন্নমকসি কাইথোকখ্রগা পুন্সিসিদা থবক তৌনবগী থাঙ্গৈশেংবা মতমবু কযা য়াম্না লৈহৌরিবনো ? থরদং লেমহৌবা মতমসিবু অরেম্বদা মাংহল্লবা মীশিং অহুগী মথোদাংগী জ্ঞান পোকত্রি হায়বদা কবিমতা লান্দে।

রোমগী পণ্ডিত সেনেকানা হায়— "পুন্সি অসি তেল্লি হাযহুনা মতমপুম্বদা ঐখোযনা তকাশ শোল্লি; তৌইগুম্বস্নুং এখোযনা অমরগুম্না পুন্সিসি লেনখোকই। ঐখোয়গী পুন্সিগী অয়াম্বা মতমদি থবক তৌদনা নত্রগা তৌহৈদবা থবকতা মাংহল্লি, তৌগদবা ইথৌ করিমতা তৌহৌদে।"

ইংরেজ কব সাদিনা চহি ১৯ শুরকপা কান্দা ইরম্মি— "চহি তবামাপন ! হায় ! পুন্সিগী শকক মরি খোকপগী শকক অমদি হৌখ্রে, অস্নুকুইবসি করি তৌরে ? লৌবুক্তা উচেক ৱায়া ঙাক্নুনা নোংমদা পেনি অনি তাল্লিবা অঙাং অসিগী পুন্সিনা ঐগী পুন্সিদগী হেনখ্রে। মমল য়ামখ্রে;

মহাক্তি মহৈ-মরোং মাংদনবা ঙাকই, অতুগা ঐদি মীরেম ওইতুনা চাবদা থংলি।" তৌইগুম্বস্নুং মহাক্তি অঙাং ওইরিঙৈদা লেম্না লৈথোক্তে, অতুবু চহি তরামাপন শুরবা ফাওবদা পুন্সিগী করিগুম্বা লক্ষ্য অমতা লেপ্পা ঙমদবগুম তৌরি। মসিগী জ্ঞান অসি তারকপদগীদি পুন্সিসিদা নিংশিংবা য়াবা করিগুম্বা থবক অমা তৌগে হায়না রাশক্লে অমম্নুং পুক্লিং অনি লোংদনা জ্ঞান তাম্নবা মপুক্লিংদা লেপ্লে।

জগত্তা লাইপোকনি হায়না ফাওরিবা মী পূম্নমক খ্বাইদগী হেন্না কন্না নোম্বা মী ঙাক্লি। কনাগুম্বা জ্ঞানী অমনা হায়রম্মি,—লাইপোক হায়বসি অতৈ করিস্নু নত্তে, মসিদি চোকথবা নাইদনা থবক্তা খোইজংবা অমস্নুং শিন্থা পাংথোকপদা অঙকপা ফংনা থাংবা কনববু হায়বনি। সাহিত্য ক্ষেত্রদা মগিং চৎলবী জর্জ ইলিয়ট হায়না খ্বাইনা খঙনরবী ইংরেজ নুপী অসি লাইপোকনি হায়নৈ। তৌইগুম্বস্নুং ইলিয়ট মশামক্না হায়রম্মি মতুদি মহৈ য়ানবগী মকুদি চোকথবা নাইদনা থবকতা মাই-ওনশিনবনি, লাইপোক হায়তুনা তোঙানবা পোৎশক অমা লৈবা নত্তে। অওইবমক নিংশিংনবা শক্তি অমস্নুং বুদ্ধি লৌশিং মী অয়াম্বগী মান্নবা ওইনা তৌই, অতুবু লাইরিক হৈবা পণ্ডিতস্নু শক্তিশিংসিবু শিজিন্নদনা তস্থোক্কনা থবক তৌদনা লৈরবদি মথোয়গী পুন্সি অরেম্বা তাই। থাঙ্গৎশেংবমক লাইপোক্না হোৎনবগা তিন্নরগা মহৈ মপান শাৎলি, নত্রবদি অরেম্বদা মাংই।

[র]বীন্দ্রনাথকী কবি অমগী ওইবগী মগুন্দ চাংদমনিংঙাই
, অদুগা মাগী হোৎনবস্নু অঙকপনি। মহাক্তি অথোইবা
ওইবদা নত্তে, উপন্যাস ইবদা, সমালোচনা তৌবদা, প্রবন্ধ
খ্বাইদগী অথোইবনি। ইংবেজী লোনস্নু অঙকপা ফংনা
অসি পূম্নমক অসি য়াম্না পাক চাউনা লুপথনা পাবগী
[illegible]নি। ইংরেজী অমসুং বাঙ্গলা লোন অনি'সিদা ইরম্মিবা
[illegible], বারেং, উপন্যাস, বক্তৃতা, চিঠি অসিন'চ বসি, হৌজিকী
[illegible] অসিদ', মপা লৈতে হায়বদা হায়মনবা থোকলোই
[illegible] মতমদস্নু তৎপা লৈতনা বাবে', ছাবেংনচিংবা থাগী
[illegible]দা ফোংই। মসিগী মথক্তা মাগী তোমখিন খুচেহ
[illegible] নিকেতনগী বিশ্বভারতীগী থংক শিনবা মতমদস্নু অহিং
[illegible], তুমদ-তপতনা থবক তৌবম্মি। মতুদগী ভারতকী
[illegible] মীবৈবাক্কী অতোপ অতোপ্পা মফম মফমদা, সংস্থান-
[illegible]দা পাওতাক পীবিনবগীদমক বার্ত্তাণ ফংলবনা ববীন্দ্রনাথনা
[illegible]না চৎতুনা মীপুম খুদিংবু পেলহল্লি। সমাজ থোদাংগী
[illegible]চিদগী রবীন্দ্রনাথনা মুংশিরবা ছত্র ছত্রী, মরূপ মপাং,
[illegible] হত্যিক কয়া কযাগা চিঠি চৎনতুনা মনি থুনব তৌবম্মি।
হন্নবা মতমদা বিশ্ববিদ্যালযদা ওঝা ওইবগী থোদাং পুবম্মি।
[illegible]যাদা হনবা নাইদ্রবা মনোমনো! হন্নববা ফংওবদা কযাদা
[অ]ঙকপা ফংনা থবক্তা মাইযোক যারম্মনা।

বঙ্গদেশকী অতোপ্পা লাইবক ফবা, অচৌবা মচা অমনা
স্যর আশুতোষনি। "ঈশ্বরনা আশুতোষ কুম্বা কযাদা থবক

ওম্বা ইঞ্জিন অমা শেমলমলবনো। মিকুপ খুদিংমক আশুতোষকী মফমদা মহৈ যাল্লম্মি। মহাক্না তেল্লবা মীওইবগী পুান্স অসিগী মিকুপ অমা ফাওবা অরেম্বদা মাংহন্দে। মহাক্কী পুন্সি কর্ম্মগী চাউরবা উৎসব অমনি, উৎসব অসি মিকুপ অমা ফাওবা লেপ্পা নংইদে। বেলগাড়ীনা যাত্রীক চামা চামা পুত্তনা অহিং মুংথিল নাগদনা চৎপগুম আশুতোষম্ সু থবক শুবা মী চামা চামা পুত্নহনা কর্ম্মক্ষেত্রদা চংশিল্লম্মি। মহাকপু লাইনা হুমিং শুবা ফমুংদা কুলহন্দুনম্ম মহাক্কী তংপা নইদ্রবা থবক্কী অহাবা লৈবমদে। আশুতোষপু উবগা বঙ্গদেশকী বঘু, নোংথ লাইজথনবা লৈচিন, মহৈমবোং চুম্লবা লৌবুক লমহাং পূম্নমক অসিনা পুল্লপ খুন্না মীওইবগী শকইওন নইত্নবা লৈবাক অসগী মীপুম খুদিংগী মনিং থুংহন্দুনা বঙ্গ সমাজনু হাবন পুংবা চউখৎহল্লম্বোই নিংই।”

হৌজিক্কী যুগ অসিদা অচৌবা থবক্কী অচৌবা ফিদমদি মহাত্মা গান্ধী, নেতাজী সুভাষ অমসুং জবাহরলাল নেহরুনচিংবনি। নীংতম্বা ফংদ্রবগী মমাংদা অমসুং ফংলবা তুংদা মখোযনা থবক মাইযোক যাবগী ফিদম উৎলমলিবসি ঐখোয পূম্নমক্কী তমজনফমনি। পুন্সি অমগী মতমদা অম্নুক চাউবা দাথি, থবক্ক নোংমল-মুংশিৎ, অদুগা অসিগা লোয়ননা লুহ-লুরব চীবংশিংগী লংজন পুথোকপা জ্ঞান অমসুং অইবা লাইবিক পূম্নমক অসি পুবম্বা পুন্সিদ অতাংবনি। মহাত্মাজীগীদি পথাপ নাইবা কর্ম্ম পুন্সিনি। নেতাজীনা আজাদ হিন্দ ফৌজ লোইহনা

নোংপোক এশিয়াদা নোংমুং-শিংকী খোংচত্তা লালহৈ-শান্দাবগী খুদম অমা উৎলম্বা অহুম্মু অওকপনি। অদুগা জরাহরলালগী পাথংগী হৌনবী ইচংথোবা, অহুগা পৃথিবীগী জাতিশিংদা যেংবা মিৎয়েংনা ভারতপু জগৎকী সভাদা থোইদোকপা ফম্ফম অমা ফংহল্লে। খৃঃ ১৯৫১ ইংদা ভোটর কোটি ১৬ চনবা পৃথিবীগী খ্বাইদগী হেন্না চাউবা মীথন্দা জরাগরলালনা নোং-মুশিং কুমনা দেশ শিনবথুংনা কোইবম্মি। অসিগুম্বা অচৌবা মীথন অসিদা মাই পাকলকলিবসিতনা নিপা অসিগী শক্তিগী পবিচয়নি হায়বদা থোইনা লান্দে। ইবৈবাক অমসুং মীরৈবাকা মর লেনবা লুব-লুরবা রাফম কয়া অম্মুপ থুনা অমসুং চংথোন্না খনব উৎসি কনাগুম্বা লুচিংবা অমগী মরাইবক্ত ওসি ফাওবদা থেংক্তি। অহুগা ভারতকী কনাগুমবা লুচিংবা অমগী মবাইবক্তা অসিগুম্বা অক্সম্বা থোদাং কোকথোংনাবগী খুদোং চাবসি ফংখিদ্রি।

লাইপোক্কী গুণগা নেংম্বকনবগা তিন্নতুনা মহৈ নিংথিজনা য়ানখিবা আশুতোস, ববীন্দ্রনাথ, গান্ধীজী নেতাজী, অমসুং পণ্ডিতজীগী পুন্সিদা তরং তরনা উরে। অদুগা অমরোমদনা অঙাং ওইরিবৈদা মূর্খ, গাধা হায়না লাল্লাইনরবা অঙাং কয়া ……গী পুন্সিদা মশা মশাগী নোম্বকনবগী গুণতনা জগৎনা ইঙাংশিঙডাই ওইবা মীশক ওইখিবতু থেংনৈ। মমিং চংলবা সাহিত্যিক স্যর ওয়াল্টর স্কট স্কুলদা 'গাধা মূর্খ' হায়না খঙনরম্মি। মাগী মরমদা কলেজগী ওঝানা হায়রম্মি—'মসি অঙাং ওইরিবৈদ ……

হৌনা গাধা ওইরকই, আ-তুংফাওবা গাধা ওইগনি ( *Dunce he was and dunce he would always remain* )। তৌইগুম্বস্নুং মতুংদদি মপা লৈত্রবা লাইরিক কয়া ইতুনা ইংরেজী সাহিত্যবু লৈশি--লৈথোক্লম্মি অমস্নুং থাঙ্গংলম্মি। বার্নস (*Burns*), শেরিডয়ান (*Sheridian*), স্নুইফট (*Dean Swift*) নচিংবা ফাওরবা সাহিত্যিকশিংস অঙাং ওইরিঙৈদা 'বুডু' হায়না কৌনরম্মি। মহাবীর নেপোলিয়ন অমস্নুং ওয়েলিংটনস্নু স্কুলদা থোইদোকপা মগুণগী সাক্ষিণা পীখিদে।

অতুগা অমুক লাইরিক তম্লিঙৈদা অঙকপা ফংনা ফখ্রগা তুংগী পুন্সিদা, কর্ম্মক্ষেত্রদা চন্নখিদবা মীশিংস্নু অতাংবা নত্তে। থাঙ্গৈশেংবদি কর্ম্মক্ষেত্রনা মহৈ য়ান্নবগী মরুদি নোম্বকনবা অমস্নুং থবক মাইয়োক য়াবা অসিনি। নোম্বকনবা কন্দবগী মতুংইন্না মী অমগা অমগা খেন্নরকই। নোম্নু নোমত্রবদি ফনা জ্ঞান লৈতুনস্নু অরেম্বা ওই, অতুগা জ্ঞান ফনা ফত্তুনস্নু নোম্ববু কল্লবদি নোমজমন ফংই।

লাইরিক তম্লিবা নহাশিংদা থবক তৌ হায়রুরবদি, হায়রকনি মতমদি কদাই? মতমগী অবাৎপা লৈত্তে, বাৎলিবদি থবকতা খোইজংবা অসিনি। অহাংবা মতম ফজনা শিজিন্নবদগী জগত্তা মী কয়া কয়া ফাংখ্রে।

ফ্রান্সকী কনাগুম্বা মহারাণী অমগী লাইরিক হৈবী লোইনবী অমা লৈরম্মি। লোইনবী অসি মহারাণীনা চাক চারমদাইদা মিনিট ১৫ গী মমাংদা চাক চাফমদা য়ৌরক্লুনা মহারাণীগী

:থোগল তৌই। লাইরিক হৈবী মুপী অচুনা অগা'বা মতম অসি অরেম্বদা মাংহনদনা নিত্তিগী করিনো থরা থরা ইশিল্লি। মৈমথংদা নিতিগী ইশিন খবা ময়াম অসি খোমজিন্নাগা চাউরবা লাইরিক অনিথক ফোংখি। মমিংচৎপা ইংরেজ খোর্জেশুবা মিঃ হেল্লসনা (*Mr. Helps*) থবক্কী অহাংবা মতমদা ইথিবা ময়ামচু খোমজিল্লগা য়াম্না মুংঙাইরবা লাইরিক অমা ফোংখি (*Essays written in the intervals of Business*)। জগৎ ফাওনা বিজ্ঞান হৈরবা নিউটন, হার্সেল, গ্যালিলিও, গ্যালভিনি অমম্ভুং মমিং চৎলবা, বারেংহৈবা বেকন, মেকলে, এডিসন, লর্ড মর্লি, উপন্যাস ইবা ডিজরেলী, লর্ড রাসেল, লর্ডলিটন, কবি চসার, স্পেনসার, সেক্সপীয়রনচিংবা ঋষিশিং অসি থবক ইনখা'গী অহাবা মতমদা জ্ঞান নৈনচুনা জগৎশিনবা থুংনা যাওখিবা ওারি। হৌজিক্কী মতমদা ল'ইরিক লাইগু থরা হৈবা কাংবুনা চাকরীতবু থবক ওইনা উই। তৌইগুম্বমুং মা পূম্নমক্ক। চিংশিন্দুনা তৌহনবা নত্তবা ইশানা তৌজগে হায়না তে'বা চাকরীদ য়াম্না তৌনবনি। বঙ্কিমচন্দ্রনা হায়রম্মি—"চাকরী অসি ঐগী পুন্সিগী শাপনি (*the curse of life*)।" শিক্ষাগী মওং অমম্ভুং সমাজগী ফিদম হোংলবদি চাকরীগী অসিগুম্বা পুকচেল হায়বদি চাকরী নত্তনা তাইবংপান অসি ইমম মম্না উবসি অম্মুম অম্মুম কোকলক্কনি।

ইংরেজীদা *Time is money* (মতমদি লন্নি) হায়বা পাওরৌ অমা লৈ। অচুক্কী মতিক কন্না নোম্লগা অচুককী

মতিক লন ফংই হায়বসিদি ময়েক্না তাবনি। চাকরী তৌবা, লৌউ-শিংউবা, লম্লোনবনচিংবা নোম্নগা পানবা মীশিংগী পুন্সি য়েংউ উগনি মহুদি মখোয়না খরা নোমজবগী অরামন ফংলিবত্র মতমগী লমল খণ্ডহুনা হুমিং খুদিং, পুংজা খুদিং, মিকুপ খুদিং নিংথিনা শিজিন্নরবদি ফংলিবা লন অতুদগী য়াম্না হেন্না ফংগদবনি। য়ামদ্রবদা জ্ঞান তানবা অমসুং সমাজ সেবানচিংবা অফবা থবক তৌহুনা পুন্সিবু অমুক্কা হেন্না মহৈ য়ালহনবা ঙমগদবনি। থাঙ্গৎশেংবমক পুন্সিগী তশেংবা অর্থদি হুংঙাইথোকপা নত্তে, অতুগা হুংঙাইবা হায়বসিমকখু লন লৈবগা ওইবা য়াবা নত্তে। পুন্সিসিদা করিগুম্বা হীরম অমদা মহৈ য়ানগে হায়রবদি মতমগী জ্ঞান চপচানা লৈগদবনি।

হৌজিক্কি অস্লক মমল য়াম্লবা লন মতমবু ঐখোংনা অরেম্বদা করম্না মাংহনবগে য়েংসি। অয়াম্বা মীনা মতম নিংথিজনা শিজিন্নবা ঙমদ্রিবা করিগীনো? মসিগী মরমদি য়েক্লবা কয়ামরুম্ন। ঐখোয়গী তুংদা য়ান্দুনা লৈ। অসিগুম্বা য়েক্লবশিংসিগী মখুত্তগী কনজবা ঙমদ্রবা মীশিংতুগী পুন্সি মাংই। অসিগুম্বা মতম মাংহনবা য়েক্লবশিংগী অয়াম্বদি প্রকৃতিগী তমোগুণদগী পোকপনি। তমোগুণগী লক্ষণাদি অতনবা, ফকচিনবা— মসিগী ফলনা য়াম্না কুইনা তুমগনবা, অতনবা, হোইশাংনবা, ৱাবী পাম্বা, হুংঙাইনিংবা, শুনিংদবা অসিনচিংবা অসিনি। হৌজিক অসিগুম্বা মতম মাংহনবা য়েক্লবা কয়ামরুমগী মরমদা খরদং হায়গে।

## অহানবা য়েকবা—তুম্বা

ষট্‌দোষা পুরুষেণেহ হাতব্যা ভূতিমিচ্ছতা
নিদ্রা তন্দ্র ভয়ং ক্রোধো আলস্যং দীর্ঘসূত্রিতা ॥

(মুংঙাই ষাইক তাল্লিব' মুপানা তুম্বা, অখোনচনবা, অকিবা, অশাওবা, অতনবা অমসুং হোইশাংনবনচিংবা ষেরবা তকক অসি হাংতোক্কদবনি)।

হকলোন হৈবা মাইবশিংনা হায মতুদি চহি মপুং ফারবা মী অমনা হক১াংগীদমক সাধারণ ওইনা নোংমদা পুং ৬ তুম্বনা ওকই, পুং ৭ তুম্নবগু কাইদে। তৌইগুম্বগু' মতমগী মমল খওদবা মীশিংদি তুম্বগী চাং লৈতে। চহি যাম ত্রবা মুপামচা-মুপীমচাশিংগী মফমদদি তুম্বা হায়বসি হৌনর্শানি, অদুক্কী মতিক তুম্নগা মশা ফে। তৌইগুম্বগু চহি য়ামখংলকপগী মতুংইন্না তুম্বগী চাং হস্থহন্দ্রবদি হৈনখিদুনা মমৈথংদা কন্না হোৎনদুনম্ন তুম্বা মতম ককথবা ঊমলক্কে। পুং ৯। ১০ রোম ফমুংদা কুন্দুনা লৈরগা থবক ইনখাং শুদুন ১শা ইমু'-মু ঙ ইন লৈবা মী লৈবাক অসিদা মশিং লাকপা ঙস্লোই অদুদগী অমুক অয়াম্বনা মুংখিল তুম্মী। মরম অসিনা মখোযগী পুন্সিগী অয়াম্বা মতমদি তুম্নিঙৈদা হৌখি। অদুগা নোংমদা পুং ২। ২ দং তুম্বগী মতম ককথবা ঊম্নবদি থবক্কী পুন্সি অসি চহি কয়ামকমদি শাংদোকই। চাং কাইদনা নোংমদা পুং ২ ২ দং অফবা থবক অমদা চহি কয়ামককমদি শাংদোকই চাংক ইদনা নোংমদা পুং ১ ২ দং অফবা থবক অমদা নৈনববদি মিংচৎকী উরোং খিল্লমদুনা মুমিৎ থানা লৈরিবমখৈ নিংশিংগদবনি।

## অনিশুবা য়েক্লবা—অতনবা

'কোহ্লি'না য়োং চাথৎপগুম অতনবনা মীওইবগী অমম্বুং জাতিগী থমোই চাথংলি।' —স্মাইলস।

অতনবনা লাইরবগী মপানি, অতুগা তন্দবনা মুংঙাই-ম্লাইফবগী মমানি। অতনবনা হকচাং মাংহল্লি, চাং নাইনা শুবনা হকচাং অমম্বুং পাঙ্গল চাউখৎহল্লি। অতনবদি ফত্ত-ফত্তবা বাখল পোকহল্লি—(' অতনবগী থোপ্তি ভূতকী কারখানানি।' থবক্কী বাখল অমম্বুং থবক চিনবনা পুক্লিং-হকচাং শেংহল্লি। লন, হকচাং, লমচৎ হায়রিবা মীওইবগী খ্বাইদগী হেনবা পোৎশক অতুম অসিবু মাংহনবা ম্লাবা পোৎ অতুমূক মীওইবগী য়েক্লবা কবি অমুক লৈরিবগে? অতনবা মীদি মতোমতগী য়েক্লবা নত্তনা সমাজগী অমম্বুং দেশকী য়েক্লবনি। তন্দুনা থবক শুনিংদ্রবা, ইমুং মন্নুং অমম্বুং লৈবক্কী মফমদা তোগদবা মথৌ ওাক্লা চত্রবা, অতুগা মচিঞ্জাক ফাওবা তন্নবা হেৎনদ্রবা অতুগুম মীশক অতু মীচাক চাই, মীরন হুর'ল্লি। হোটেলদা মবুক থন্না চাক চাথে ক্লগা পৈশা পীরমদনা চৎখিবা মী অতুমুক তোনবা, ইকাই খুঙদবা, মরমচৎ চুমদবা হঙ্গোইনিঙঙাই ওইবা অতৈ করি অমুক লৈরিবগে? থবক শুদনা চারিবা মীতুম্বু হায়রিবা মীশকসিগা মান্নে। ফত্তবা থবক্তা ময়াই কাবা মীবু তুক্কচরবম্বু, হঙ্গোইরবম্বু অমম্বুং ম্বারক্লবশু মথৌ তৌদবা অতনবা মীহুবুদি থোইনা ম্লেংশিল্লুবা লৈতে। মী পূম্নমক্লা অতনববু হঙ্গোইফম থোকই। থবক শুনিংদবা মীবু নমদুনা হঙ্গোইদ্রবদি অতনবা মীশিংনা করি

মাংনবা তৌরবগে হায়বসি মশা মশানা খঙদে। বাফম অসি ঙম্না ঙম্না তন্দুনা লৈথোকপদগী লায়ররবা মীশিংদা হায়বা যাবগুম মপাগী সম্পত্তি ফংহৌবা থবক শুদবা ইনাক খুনবশিংদস্ম হায়বা য়াই। অনিমক মথৌ খঙত্রবনি।

থাঙ্গৈশেংবমক থবক্না ঐখোয়গী মহৌশানি, থবক্না ঐখোয়গী ধর্ম্মনি, থবক শুদবদি মহৌশাগী ওন্নবনি, অধর্ম্মনি, পাপনি। থবক্কী অফ-ফত্ত মহৈদি ঐখোয়গী খুত্তা লৈত্তে, মতুংগীদমক লাংতকনকবা চুমদে। গীতানা হায়বি— "মতমলৈবথিবিক্তা পামশল্লুবা তৌদনা নশাগী নথৌ তৌগদবা ওই।"

জ্ঞান চংখোল্লবা এমার্সন্না হায়— "মহৌশানা মীওইবদা হায়রি—পুংজা খুদিং থবক তৌ, অনোম্মন ফংব-ফংদবা থবক তৌ। পুক্নিং লোশিংনা পাংথোককফম থোকপা অকুপ্পা থবক ওইববস্মু নত্রগা হকচাংগী পাঙ্গলনা পাংথোক্কদবা অপোবা থবক ওইরবস্মু, লৌবু উরবস্মু, মহাকাব্যবু লেংলবস্মু, তৌরিবা থবক অদু থবাই হকচাং য়াওনা চংখোন্না পাংথোক্লবদি অমস্তুং মশানা খোইদারবদি মসিদগী পোকপা পুক্নিংগী সুংঙাইবনা নংগী মনা ওইগনি। মচা তানা থবক পাংথোকপনা থবক্কী খ্বাইদগী হেনবা মনানি।"

## অহুমশুবা য়েক্নবা—হোঙ্গৈশাংনবা

"হোঙ্গৈশাংনবা হায়বসি মতমগী হূরানবনি।"

অতনবগী মচাম্নুপী অমা লৈ মাগী মমিংদি হোঙ্গৈশাংনবনি। মসি থবক পূমনমকপু মাং-তাকহনবীনি। মসিনা লেংজুমদা

কোনখ্রবদা অমূক থাদোক্তে। করিগুম্বা থবক অমতং তৌরমদাইদা মানা নাকোংদা থোংনা মেংনা হায়— হোরেন মতৌসি। লাইরিক পাবদা যাহৈগী অর্থ খঙ্জ্রবম্ভু ডিক্সনরী কাকপা তারবদা মানা হায়গনি—হোরেন ময়েংসি। অমুক য়েংলরোই-দবনি। করিগুম্বা কান্নবা হীরম অমা নীংশিং লাইরিকতা ইশল্লমদাইদা, মানা হায়গনি— হোরেন মইসি। অমুক ইশল্লরোইদবনি। মরুপকী চিঠি হনগদৌরি, অদুবু মানদি হায়রি হয়েং মইয়ু— নোংমতং চোম্বদা মরুপকী থোইনা মা লোই। মরুপকী মাংব-মাংদবা অরাইবনি, মাংলিবদি নহাক নশাগীনি। মাগী মপাউবু অমুক্তং অহানদা তাকুরবদি মথদা মাবু নমথৎপা য়াম্না হেন্না ৱাগনি। মথংশিৎনা অসিগুমবা তমথিবা য়েক্লবনা নহাকপু অসি য়ৌনা কন্না পুনখিনি মহুদ মমৈথংদা নশাগী নীংতম্বা মচেৎ অমতা লৈরক্লোই, থবক অমতা মতম চানা পাংথোকহৌরোই, থবক কন্না মতম চাদনা পাংথোকনি, মসিদা নশাগী অমম্বং অতোপ্পগী অমাংবা মথৈ ওইরক্কনি। নিতিগী তৌগদবা থবকী নিয়ম লৈরিবা, থবক খুদিংগী মতম কক্না লৈরিবা, অমম্বং অককপা মতমগী মনু দা পাংথোক্লবগী অচেৎপা ৱাশক লৈরিবা অসিগুম্বা মীগী মফমদদি য়েক্লবা অসিনা পাক হাইজিনবা ওমদে

## মরিগুবা য়েক্লবা—ৱারেম শুবা পাম্বা

ৱা ঙাংবা হায়বসি লৈগী মহুত্তা থোপকী শাজেন ওইগদবনি। ৱা ঙাংনবগীদমক্তা ৱা ঙাংবা পাম্বা চিনফেন ফবা

হায়বসি য়াইফবা অমস্তুং মহৈয়ানবগী যমনি।

—লর্ড এভবরী।

বারেম শুবা পাম্বা হায়বসি ঐখোয়গী জাতিগী দোষ অমনি। বাঙ্গালী মচিন কল্লি য়ুক্ষম ইরৈ লৈতবা বা নত্তে। ইংরেজ-শিংনা চাকচা-হৈজানবগীদমক্তা তিল্লবস্তু থবক্কী বাতমক ভাংনৈ অমস্তুং মতমসিদা বায়েল কাংলোনগী অমস্তুং সমাজগী অরু-অরুবা হীরম নৈনৈ, থন্নৈ। ঐখোয়দি মরুপ মপাং থরবু পুল্লবদি বারেম শুই। বারীশুবা পাম্বা হায়বসি হন্নুবা অমস্তুং অভাংগী হৌনশানি হায়নৈ। কনা কনাগুম্বনা মুপীশিংগী খোইদোকপা মতৌ অমনি হায়। তৌইগুম্বস্তুং মসিদি সমাজগী ফত্তবা শিক্ষা অমস্তুং ফত্তবা শাজংকী মহৈনি। থাঙ্গৈশেংবদি বারেম শুবগা মুপীগা খোইদোকপা মরী লৈতে।

অমবু ওইরবস্তু থবক ভম্বা নহারোনশিংনা পুংজা কয়ামরুম বারেম ভাংদুনা লৈথোকপা অসি দেশ অসিদা নত্তুনা অতৈ অতোপ্পা লৈবাক্তা উদে। ছাত্রশিংগী লৈফম হোষ্টেলদা, পার্কতা, ভুরেল মপান্দা, কাংজৈবুংদা, থোংদা, কৈথেন্দা চৎলু-চৎলু খুদিংদা পুল্লপ-পুল্লপ বারেম শুবা উগনি। অয়াম্বনা য়াচংবগী কোইথোকপা চৎলগা হকচাং-শাজেন্দি নীংথিজনা পাংথোক্তদুনা মী থরা উনরবদি নাইথেদুদা চিনগী শাজেন শুদুনা হল্লকই।

অওইবমক রাজনীতি, সমাজনীতি অমস্তুং ধর্ম্মগী মরিদা নৈনবা, মাগী মাগী মত পীনবা অমস্তুং নোম্বা চৎপা হায়বসি জ্ঞান চাউখৎলি, ভাংবগী শক্তি হেনগৎলি অমস্তুং মসিদা

লোক-শিক্ষা হায়বদি মীচম প্রজাশিংগী জ্ঞানম্ভু চাউখৎহল্লি। তৌইগুম্বম্ভুং মহাক্কী বারী বাতাইশিংসিদি অসিগুম্বা মওংগী নত্তে, অম্বাম্বনা চোইজাইনবা, বাচোপ ওইবা, সিনেমা, থিয়েটর অমম্ভুং শান্নবা, লাক্-ফানবগী বারেম ডাক্তা ওইনা তৌই। ময়াইকাবা, অমম্ভুং নেশা য়াওবা পোৎ চাবা থকপদগী বারী বাতাইগী নেশা অসিনা থোইনা হম্বু বা নত্তে, অমম্ভুং থোইনা হেন্না মংহনদবা নৎতে। করিগুম্বা মুমিৎ অমতং বারী শাহৌদ্রবদি নেশা চাবনা নেশা লেপ্পদোনা লৈবা ওমদে। য়ু থকপনা জ্ঞান তারবপা মতমদা মানা তৌরিবত্তু ফংতে হায়বা খঙবা ওমই; তৌইগুম্বম্ভুং ঐখোযগী বারেম শুবশি দ মখোয়না তৌ'বিবত্তু মাংনবগী মশক্কি হায়না থন্দে।

বারেম ঙাংতুনা অয়াম্বা মতম হোৎহল্লবম্ভু পরীক্ষা পাশ ওই, চাকরী ফংই, মোক্তারনামা ওই নত্রগা পুন্সি হিংনবগী করিগুম্বা উপায অমা অতুম্মক ফংই অমম্ভুং ফংনরি। তৌইগুম্বম্ভুং চৗরম খুদিংদা চাউখৎপা পাম্বা, অতুগা চাউখৎলিবা থাক অতুদগী অমুক্কম্ভু হেন্না চাউখৎপা পাম্লিবা অতুগা থবক্তা অমম্ভুং জ্বান্দা পুন্সিসিবু মহৈ য়ালহন্নিংলিবা মীশিংদি— করিগুম্বদম্ভু বরেম শুতনা মিকুপ অমা ফাওবা মাংহন্দে। থবক-ইনথাং হোৎনরবম্ভু লাইরিক-লাইশু পাই, লাইরিক-লাইশু পারবম্ভু ময়ামগী সেবা তৌই, ময়ামগী সেবা তৌরবম্ভু পৈশা তাল্লি। মহাক্কী অহাংবা মতমবু কদাইদনো? পোকওমদ্রবা মীওইবগী পুন্সিগী মমল খঙদবা মীশিংনা মিকুপ কাংদনা নোম্বগী মমল খঙবা ওমদে।

বাথল অমা অহুগা অময়োমদনা খোদাংগী কল্লবা মীকো-নুং অনি অসিগী মরক্তা হা ওইহুনা অরাবা কয়া নংই স্যর আশুতোষনা মমাংদা থারিবা টেবিল অহুগী মমাংদ কার্ডবোর্ড অমদা মথাগী অস্থুম্না অচৌবা ময়েকশিংনা ইহুন থনম্বহু মরম অসিদগী ওইরমাল্লে :—

থবক লোইবিরবদি চানবিহুনা
বিদায় লৌবিয়ু।

তৌইগুম্বস্মং আশুতোষতি ঐখোয়গী লৈবাক্কী মী অতৈদোনা তৌদে, মহাক্তি থাক য়াম্না বাংনা লৈবা মীনি। ঐখোয অয়াম্বদি অসিগুম্বা মতমদা বারী-বাতাই শুহুনা, অঙাংনুবীগী মহৈ-মশিং তম্বা, লুহোং-কৈহোংবা, ইশিং-যঙ্গোম, লাইখোক-লাইজাওগী মরম্নচিংবগী হীরমদা বারী তৌহুনা অরাকপা মীবু পেলহল্লি অমস্থুং ঐখোয় ইশাবুস্থু পেলহন্নবা হোৎনৈ। অস্থুম্না থবাইনা হিংলিবমখৈ থবক্কী থবক ঙাক্লি হায়না খন্দোক্লে।

## তরুকশুবা য়েক্রবা—চোইজাইননা পাবা, বারী পানিংবগী নেশা

ঐনা ফিভম খুদিংমকতা দশা তারক্লবদা ঐগী পুন্সিদ সুংঙাইবা অমস্থুং পুক্নিং থোগৎনবগী ইফুৎ ওইহুনা ঐগীদমক

লেপ্পিরিবা, ভাইবংপান পুম্বনা ঐভোন্দা শুকতোক্লবস্থ, পোং পুম্নমক লক্কৈ চংখ্রবস্থ পুন্নিগী অরা-অনা পুম্নমক্কী মাইয়োক্তা চুঙ্গোই ওইনা ভাকপিরিবা করিগুম্বা পোংশক অমগীদমক্তা ঈশ্বরদা প্রার্থনা ভৌবা ভায়বদি মহু লাইব্রিক পাবগী মহাও অসিনি। —Sir. John Herschel.

অহুগা অসিগুম্বা লাইব্রিকস্থ লৈ, মহুদি মখোয়বু পাবদি শুপ্পগী মতম মাংহনবত্তনি, অহুগা অতোপ্পা খরস্থ লৈরি মখোয়হুবু পাক্লরবদি ইশা মোক্তনিংঙাই অমস্থং মাংদনিংঙাই লৈতে; মখোয় অসিনা মী ওইরমলবদি সড়ক নালাদা কাওথরমগদবনি। —Lord Avebnry.

লাইব্রিক ভক্ষমশংদা টেক্সটবুক খরা পাবনা লাইব্রিক ভম্বা কৌদে। মখল মখা অয়াম্বা জ্ঞান ফংনবগীদমক স্কুলগী টেক্সটবুক নত্তনা অতৈস্থ য়াম্না পাগদবা লৈ। স্কুলদদি অয়াম্বা হীরমগী জ্ঞান খর খরতমক নৈনৈ। থাঙ্গৈশেংবা ভম্বদি স্কুলদগী থোরক্লগা হৌই। স্কুলদা লম্মিৎ-তুম্মিৎ খরা খঙলকপহুনা মহুংগী লিশাং-শিংনা তমথবা অসিদা ভেংবাংই। তৌইগুম্বস্থং অবাবগী মতৌদি স্কুলগী বাংমদা ছাত্রস্থ, লাইব্রিক ভম্বা লোইরবা মীস্থ অমুক জ্ঞান নৈননিংবগী মতৌ উবা ফংদে। হান্না খরা তম্নকপা অহুস্থ চোইজাইহনবনি, পোম্লেপফম থঙবা নত্তে অহুগা অয়াম্বা মতমদা ফজবা ভাব থোইনা য়াওবা নত্তে।

জ্ঞান চাউখৎনবা অমস্থং ইশা চাউখৎনবা লাইব্রিক ভম্বনি অমস্থং পাবনি। মরম অসিদা মিৎয়েং অসিদা য়েংহুনা স্কুলগী

লাইরক খনগৎকদবনি। তৌগদুবসু ঐখোয়গী লৈবাক অসিদদি লাইরিক তঝা-পাবগী অচৌবা পনথুংফম অমসু ফিদম অমত্তা তশেং তশেংনা থঝা উনদে, মরম অসিনা মিয়ম নিংথিনা ভাবদে। ইনাক-কেরাক খুনবা মীশিংগী ময়ুমদসু শিংথাবা য়াবা য়ুমগী লাইরিকশ অমত্তা লৈনদে।

অয়াম্বনা অফ-অশেংবা লাইরিক পাই, অদুগা পাবা হৌগৎলুবা লাইরিক অমসু লৈতদনা তোকথোকই। চম কনাগুম্বা মহাপুরুষ অমগী পুথি হয়রা পারে; চেনা খনা পারগা অমুক থম্মে। হয়েংনা থাইনগী ভারতকী ইতিহাস পাবা হৌই, তুমিং নিংনগী হুদা থাদোক্লুনা অনৌবা অমগী ইতিহাস পাইখংলে। অদুম্ম নাতেক খরা পারগা বিবেকানন্দগী লাইরিকশিং অমুক পায়খৎলে, অমত্তু খরা পারগা থাদোক্লুনা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী কবিতাবলী অমুক পারে, অদুদগী মাসমু অমুক থাদোক্লুন খঝা-থোইবা শৈরেং পারে। মসিদি লাইরিক পাবা নত্তে, মতম মাংহনবনি। মসিনা চরক চহিংনবা নত্তনা থাগৈংলেনা জ্ঞান ফবা য়াদে। অসিগুম্বা লাজৎকী যত্তবা ফল অনদি অসিনি— মতমদি মসিনা কারণগুম্বা হায়রগা অমদা লেংদনা অমসুং খোইদানা পুরুং হকচাং থিংজিনবগী শক্তি অমুম অমুম হনথরকই। মনৈ থদদি অসিগুম্বা মীশিংসি কারিগুম্বা তাবম অমদা পুং ২ য়ানা পারং চংবা ওমলক্কে; অমুমনা ছাত্রগী পুস্তিদসু অনসুং থবক্কী লানফমদসু মহৈ য়ানবা ওমদে।

লাইরিক পাবদা পুক্নিং খোইদাদবসি পুন্সি মহৈ য়ান্দনবগী মকুনি মসিদা কবিমতা চিংনবা লৈতে; তৌইগুম্বসু মসিদগী খরা হেন্না মাংনবগী মশক্তি লাইরিক খনবদা চেকশিন্দবা অমসুং খোইজংদবা অসিনা অমুক্কা হেন্না ফত্তে। থাক্লেংশেংবদি লাইরিক খনবগী থৌদাং অসি য়াম্না লুবা থবক্নি। অফবা লাইরিক্কা পাম্বিবা মীগী মবমচৎ, পুক্নিং, বাখল অমসুং অশেংবা প্রেম হেনগৎহনবগুম ফত্তবা লাইরিকনসু পাম্বিবা মীবু মাংহনবগী লম্বীদা ইস্থত্রনা মমৈথংদা শা-ভাগী মতৌ ওইতল্লি। অয়াম্বনা নবা, উপন্যাসনচিংবসি পাবগা মসু ভাইবগুম তৌই। তৌইগুম্বসুং ৱার্তা লাইরিক অযম্বদি বাচোপ বরেন্না থল্লি। নিংথিজবা, পাঙ্গল হাপ্প, অৱাংবা ফিদম উৎপা পাবদা মতিক চাবা পন্যাস অমসুং ৱাবীদি য়াম্না তাংই। অতুগা অমুক অচুম্বগী তত্ত্ব থিবা, রস চুপ্পা হৈবা অপাবা মীসু য়াম্না তাংই। অমাম্বা লাইরিক পাবশিংনা ৱারী পাৰভাক্নি, মখোয়গী বিচারগী ৱাখল লৈতে, রস চুপ্পা হৈতে, ৱারী পানিংবগী নেশানা মরম ওইদুনা থেংনবা ৱাবী লাইরিক শুম্নমক অফ ফত্ত খন্দনা পাই।

তশেংবদি ৱারী লাইরিক পাবসিদি লাইরিক পাবগী মমুংদা চন্দে। ৱারী শুবগা ৱারী পাৰগা থোইনা থেন্নদে। ৱাবী অতুনা ফজবা ভাব চেন্দ্রবদি অমুক্কা হেন্না মাংনবগী মশক ওই। অৱাবগী মশক্তি মসিনি—মতুদি ৱাচোপ-ৱারেম য়াওবা ৱাবী পানিংবা মীশিংগী মশিং অসুম অসুম হেনগৎলকনি, মসি জাতিগী অমসুং দেশকী ওইনা অফবা খুদম নত্তে।

অসিগুম্বা মহাও থৈখ্রবা, অকে-অমৌ পাম্বা নাপন্ন ময়াইক ব
ৰারী লাইরিক, উপন্যাস পাম্বা, থবক শুনিংদবা জাৎ অ
মতম কুইনগীদমক লাইরচুথহুনা, মীথা পোন্দুনা লৈগন্নি
হিংনবগী লানকম অসিদা হৌজিক হিংগে হায়রব'দ কান্ন-কান্নব
হীরম পুন্নমক্তা মতিক চানা জ্ঞান লৈনবা হোৎনবা দরকার'নি
মসিগী মথক্তা খোইনা হেন্না শিন্থোইগে হায়রবদি বিষয় অমদ
মতম চংনা নৈনগদবনি। লৈৰাক পুন্নমক্ত' লাইরিক লাইং
খঙবা হৈবা সমাজদা লাইরিক পাবগী নিযমদি মথক্কী অম্নম
চৎনৈ। ঐখোয়দি স্কুল, কলেজ নত্রগা বিশ্ববিদ্যালযগী টেক্স বুক
থরা কাবক কাবক পারগা হেক লোইবা মতমদা লার্ব'ক
হৈরবনি হায়হুনা নাপন তৌই।

নীংতম্বা ফংলে। তৌইগুম্বম্লং জগৎকী মনীংতম্বা জাতিশিংগী
ইতিহাস পাবরর, নৈনরবরা? করম্বা গুন্না মবম ওইহুনা
মীনাই-য়োৎহিল' থদৎতুনা, মুংঙাই য়াইফবা অমম্লং নীতম্বা
ফংখ্রিবনো হায়বত্থ নৈনহুনা য়েংলবরা? বিজ্ঞানগী যুগ অসিদা
মীওইবনা প্রকৃতিবু লাকশিন্দুনা তৌওমদবা কয়া করম্না তৌ'রিবা,
অচুম্বা থিবা বিজ্ঞানগী পণ্ডিতশিংনা চাব-থকপা থোওইদনা
করম্বা অনিংপরৈগা লোইননা বিজ্ঞানগী তত্ত্ব পুখোকতুনা
মীওইবগী খম্বা নাইদবা য়াইফ-মুংঙাইনবগী থোরাং তৌ'রিব',
অতুদগী অসিগুম্বা বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা লৈবাক মীহৌবা জাতিশিংনা
মী হাৎননবগী করম করম্বা অঙকপা খুৎলাই পুথোক্তুনা অনৌ
অনৌবা প্রলয়গী লীলা শান্নরিবা অসি পুন্নমক'সিগী মরমদা

কনাগুম্বগী জ্ঞান খরতং ফাওবা লৈনবা য়াওরবরা ? নখোযগী হৃকচাগী যন্ত্র অহু কয়াদা ওক্লা শারিবা, কয়াদা অওকপা ফংবা নিয়ম অমগী মথা পোন্দুনা চংলিবা, অসিগুম্বা য়াম্লা কান্নরবা হৃকলোন অমস্তুং হৃকশেল কাংলোনগী মবমদা মী কয়াগী সাধারণ জ্ঞান লৈবগে ? ঐখোয়গী থাইনগী ইপ ইপু মুনি-ঋষিশিংগী ধর্ম্ম, দর্শন, ইতিহাস, সংস্কৃতিনচিংবগী মরমদা যাম্লা চাউখোক্লি ; তৌইগুম্বস্তুং অসিগুম্বা হীরমশিংসিদা কনানা চপ চানা জ্ঞান লৈবা য়াওরবগে ? ইপা-ইপুনা চংলম্বা নীতি, ধর্ম্ম অমস্তুং থনম্বা শাস্ত্র, পুরান্নচিংবশিংতুগী মতুং ইন্না ঐখোয়বু চংলিবরা ? অফবা কান্নবা লাইরিক অমতংবু মুন্না পাহুনা ঐখোযগী ঈ-তোংদা, পুক্লিং ৱাখন্দা তুংশিন্দুনা থম্বা ওম্লিবরা ? অসি ফাওবা তৌত্রিবা নহাক ঐহাক্না করম্না ইচিন নচিন্না লাইরিক হৈবনি হায়না পরিচয পীগনি ? থাঙ্গেশংবদি ধর্ম্ম, দর্শন, কাব্য, ইতিহাস, বিজ্ঞান, পুণ্যচরিতনচিংবা জ্ঞানগী ঈফুংকী ঈরিক খরতংদং থক্লবা মীশিংনা ৱারী উপন্যাসনচিংবদা থরাই তাদে। ৱারী পারসিদি থোপ মহিলাংবা অমস্তুং মহাও থৈখ্রিবগী প্রমান্নি।

## তরেৎশুবা য়েক্লবা— মশাগী অরানবা ইজ্জৎ

নুংফান্দা নত্রগা লৌবুক্তা
নংনা চংলু চংলু খুদিংদা
অভাংশা নখোয়গী থবক্তগী
জাতিগী ভাগ্য তমগদৌরিনি।

নহারোল্লা মসি নত্তনা অতৈ করিগুম্বা লোল অমতা ভারোইদবনি ; মতুদি নশাগী লম্বী নশানা শেমগদবনি, অমস্থং লম্বী অতুদা নখোয় চরা হেনগত্রা হেল্লোইদরা হায়বসি নগোয় নশাগী হোৎনবা মনোমদা লৈরে।

হৌজিক ঐখোয় লৈবাক্কী মরক্কী লাইরিক হৈবা নহা কয়া থবক ফংদত্তুনা বেকার ওইদুনা লৈরি। বেকার ৱাখোক অসিগী মরুদি—চাকরীগী থবক মশিং অকরুবা, অতুগ লাইরিক হৈবনা মশিং হেনগৎলকপা, অদুয়দি ওইরগা লাইরিক হৈবা খুদিং.ক্না চাকরীতমক পায়নবা অসনি। লৌউ শিংউবনচিংবা হকচাংগী পাঙ্গলন' গুব থবকশিংসি অয়াম্বনা হৈনরক্তুবনা অগম্পুং অচেপ্পা থবক্তি হায়বা শেরান্নবা ৱখলনা অয়াম্বনা তৌনিংদে। তৌইগুম্বস্থং অতনবদগী হেন্না চোপ্পা করি অমুক লৈরিবগে? থাঙ্গেশেংবমক সমাজগী অরানবা ঈজ্জৎকী ৱাখল অসি তাস্থোকতুনা খুৎনা শুবগী মর্য্যাদা লিঙ্খত্রিবমখৈ বেকার ৱাখোক্কী অশেংবা লংজিন পুথোকপা ঙমলোই।

অওইবমক্তি, যেসা করিগুম্বা থবক অমম্ব ওইসনু থবক্কী অচোপ-অরেম লৈতে। তনবা অমস্থং মীরাক মীরন চবতবু চোপ্পনি। থবক খুদিংমক লেম্নিংঙাইনি, মরমদি থবক নত্তনা প্রজা য়োকপা ঙমদে। লৌউ-শিংউবনচিংবা থবকশিংসি খ্বাইদগী হেন্না লেম্নিংঙাইনি, মরমদি লৌউ-শিংউবগী থবক্তা লৈবাকক্কী লন চাউখৎলি, চাকরীনচিংবা থবক্তা লন হেঙ্গত্তে, খুৎথাং ওনবতনি। চাকরীনা কনাগুম্বা মী অমা ঈনাক খুনবদি য়াই

হায়ববু দেশকী লন্দি হেক্লত্তে। লৈবাক্কী লৌউ-শিংউবগী অমস্থং থুংশা হৈবগী পোৎশিংনা প্রজাশিংগী চাকথুং-ফিথুংনৈ; অদুগা অহেনবা শকক অদুনা মীরৈবাক্তা থাদোকখ্রগা শেল য়াম্না লাকই, অম্নুম্না লৈবাক্কী চাউখৎপা হায়বহ্ন ওই। মৈতৈ লৈবাক অসিদা মীরৈবাক্কগী লাকপা শেল হায়ববু ফোনচিংবা লৈবাক্কগী থোকপা পোৎ খবা অসিত্তনি। ফো থোকত্রবদি অস্নক য়াম্বা তলব চাবা, দুকান্দার পুন্নমকসি মকোক্তা মথুং হাপকদবনি। অমস্থং ঐথোয়না ফেক্তোম তোম্বান শেৎতুনা মুমিং চুপ্পা হরাও কুম্মদা লুপ্পা ওম্লিবসি ওইথোকলমলোইদবনি। অদুবু খোংউপ তোংবা লৌউ-শিংউদবা মীতবু ময়াম্মা ইকাই খুম্নে. লৌউবা মীবুদি হন্থনা য়েংই, লৌউ-শিংউবা অসিবু অচোপ্পা থবক্তি হায়না খন্নে।

মসিগী মরমদা ঋষিগুম্না জ্ঞান লৈরবা কার্লাইলনা হায়রম্বা তাও— “ ঐ শুপ্নগী মী অনিতবু ইকাই খুম্নে, ইকাই খুম্নবা যাবা অতুমশুবা মীশক লৈত্তে। অহানবদা ঐনা ইকাই খুম্লিংবদি হুমাং ঈরী শিন্থনা লৌ উরিবা নিপা, অবা-অনা, নোংজু-মুংশা খাক্তনা মথুৎকী মহৈনা প্রজাশিংগী চাকথুং-ফিথুংনবা হোৎনবিবা মখোয় অসি মীওইবা ওইনা পোক্তনা মীওইবগী থবক তৌরিবনি। মুংশা-মৈশা লাংলবা. মমাই মাইখোং কাহৎলবা, উফুল-রাইফুল তৈরবা, মথুৎ-মশা হৈরবা মীশিংসি ঐনা খুকমজনিংই। অনিশুবদা ঐনা সম্মান তৌনিংবদি হকচাংগী-দমক নত্তনা আত্মাগী চিঞ্জাক থিরিবা, জ্ঞান ধর্ম্মবু পুকনিং

খোইজংনা তাল্লিবা অমস্তুং আত্মাগী চাউখৎপা তাল্লিবা মীশক অসিনি।

অনিসিতবু ঐনা ভক্তি তৌজনিংই— মখোয় অসিতনা সমাজগী মচংনি অহুগা অতৈদি উফুল-ৱাইফুল, চগেম, মকু ঙাক্তনি; অবস্থাগী নোংলৈ মুংশিৎতা মিৎয়েং-কারন লাননা পাইজখিসনু, মাংজখিসনু কনাগীসু অমাংবা ওইরোই। খ্বাইদগী হেন্না থমোই ফাওনা খোইথুম্নবগী মতৌদি মী অমগী মশাদা মপাম্থোংদা শেৎন-চানবগী নোমলিকপনচিংবা হোৎনৱগা মন্নুংদনা মীওইবগী খ্বাইদগী হেন্না মরুওইনা চংলিবা আত্মাগী চাউখৎনবা হোৎনরিবা মীশক অহুনি।”

মথক্কী ৱাহৈশিংসিগী অপোৱা অর্থদ মসিনি মহুদি লৌউ-শিংউবা অমস্তুং খুৎশাহৈবগী শিন্থা পাইহুনা হকচাংগী পাঙ্গলনা চাকথুং-ফিথুংনবা হোৎন-হোৎননা জ্ঞান-ভক্তিগী ফিদম চেৎনা পাইহুনা আত্মাগী চাউখৎনবা তৌরিবা নিপা মুপীহু মখো থওবা, ফিদমনফম ওইবা কর্ম্মনি, মহাকতি মীপুম খুদিংনা ইকাই খুম্নংঙাই ওই।

থাইনা মমাংঙৈগী অকে-অমো য়াওদবা খুল্লক্কী পুন্সিদসু অয়াম্বনা ফিদম অসি থমনরম্মি। ফিরোন-ফিশানচিংবা খুৎশা হৈবগী শিন্দসু মতিকচানা চাউখৎলম্মি, খুঙ্গশিংসি মবুক থন্না লৈজরম্মি। মবম অসিদগী ৱায়েল থোদাগী নোংলৈ মুংশিৎ কয়াগী মরক্তসু খুল্লক্কী পুন্সি মরা ঙম্বা পাল্লম্মি। হৌজিক্তি নোংচুপকী লৈবাক মচা তাবগা শম্নরুবদা অকে-অমৌ য়াওদবা

খুল্লকী পুন্সি অহু মাংখ্রে, প্রজাশিংগী অরাৎপা পেন্দবা মশিং হেনগৎলক্লে। অহুবু নোংচুপকী লৈবাক মচা তাবগী মতুংইন্না বাৎলিবহু কোক্লনবগী থৌরাংদি তৌনদে। হৌজিক লাইরিক হৈরবা পাথং লৈশাবীশিংগী মমাংদা লম্বী অনিথক্তং লৈ—

১। কাংবু অমনা খুল্লক খুঙ্গংদা হঞ্জিল্লো, নোংচুপ-সভ্যতাগী মায়া থাদোক্লো, অরাৎপা-পেন্দবা হন্থহল্লো, অকে-অমৌ য়াওদবা ধর্ম্মগী ওইবা পুন্সি লেল্লো, হকচাংগী পাঙ্গলনা নোম্বা শিন পাইখৎলো, থুৎ নামনা গীতা নত্রগা বাইবল পাইয়ু. অতোপ্পা খুৎ নামনা পাঙ্গল, তবেং, য়োৎপাক মুংথংনচিংবা পাইয়ু।

২। অহুগা কাংবু অমনা দেশ-বিদেশতা কোইনা চৎলু, বিজ্ঞানগী মপাও পুরকউ, কল-যন্ত্রনচিংবা পুথোকউ, মীরৈবাক্কা তৌনবা লল্লোল ইতিক চাউখৎহল্লু, শেল লাম্বগী অনৌ-অনৌবা লম য়াল্লু অমসুং নোংচুপকা মাইযোক য়াবা ওন্নবা নিপা-মুপী থোক্না হোৎনৌ। লাইমিং মরৌ, লাইরিক মতম্বী, মশা মশাগী অপাম্বা, ওমজবা শক্তি অমসুং থৌর। মতুং ইন্না লম্বী অনিসিমক ঐথোয চওবা যাদে।

লম্বী অনিমক্সদা অপুনবা শক্তি, চোকথবা নাইদবা মনোম অমসুং খোক্ফম লেংদবা খাবা কনবা দরকার ওই। লম্বী ফত্তে, তিম্খংনা থল্লি, খোং-খুৎ থিঙ্গাইবা য়াই হায়না নিংহন্নবা পোকপা য়াই। হনগল্লু। মীওইবগী পুন্সি অমসুং জাতিগী পুন্সি চাউখৎনবা হোংনবদা লৈরাংনা শেম্বা অথোৎপা সনা লমজাও থক থেংনরোই।

## অনিশুবা শিল্লম কৈরাক

### তাংথক নাইদনা লিশাং শিৎনা চথবা।

প্রারভ্যতে ন খলু বিঘ্নভয়েন নীচৈঃ
প্রারভ্য বিঘ্নবিহতা বিরমন্তি মধ্যাঃ।
বিঘ্নৈ পুণঃ পুনরপি প্রতিহন্য মানাঃ
প্রারব্ধমুত্তমজনো ন পরিত্যজন্তি॥

লৈখা তারবশিংনা তিংখং কিবনা থবক তৌদে। মীচমশিংনা থবক হৌরবশু খুদি খিবদা থবক থাই। অথোইবা মীদি হন্না হন্না খুদি থিতুনশু হৌরুববা থবক করিগুম্বদমু থাদে।

—ভর্তৃহরি।

খুৎশা হৈবা ফৈ, নোম্বকনবনা খবা হেন্না ফৈ, তৌইগুম্বম্নং খাংবকন্না নোম্বনা খ্ব ইদগী হেন্না ফৈ।……মসিদি রাজনীতি হৈবশিংগী থোপ্নি, লান্দাথোবশিংগী মশিঙ্গানি, অনৌবা পুথোকপ-শিংগী খুৎয়াইরোৎপীন, অমসুং পণ্ডিতশিংগী চুমশোনি।

—Devenport Adams.

পুন্সি মহৈ য়াল্লবগী অহানবা পান্বৈদি মতম চুপ্পা, মতম মাংহন্দনা নোম্বা। অনিশুবা পাম্বৈনা তাংথক নাইদনা, লিশাং শিৎনা নোম্বা অসিনি। অমুক্তং খুদি থিরগা নিংবা কাইতুনা খুৎ থারিবা মীশিং অতুনা করিগুম্বা অচৌবা থবক অমতা পাংথোক্লোই। পাঙ্গল শোল্লবমু নিংহল্লবা লৈতনা হন্না হন্না

হোৎনরিবা মী অহুনা অওকপা ফংবা থবক পাংথোকই। য়েংউ ককচেং মহুম, লৈশৌবুং, খোইবা অমস্থুং উচেক মকোল উচেকশিংনা মচিন্না নাপী অমমম চিক্নুনা পুবকলগা কয়াদা অওকপা ফংবা মহুম অমা শারিবনো। উরিৎ মহুম শারিবা অফাইবা লংশিংহু অমমম শেত্তুনা মচা খাইবা ওম্লবদি মন্নুংদা সনাগী য়েৎতুম ফংই হায়নৈ। অওইবমক উরিৎনা মহুম শাবদা তৎপা নাইদনা, লিশাংশিংনা নোমখিবা মনোম অহুগী খরদংদা ওইরবস্নু কনাগুম্বগী লৈববদি সনাগী য়েৎতুম ফংবা হ য়বসি থোইনা ওকপা নত্তে।

খাংবা কন্না নোম্বা হায়বসি মী অযাম্বগী, অথোই অহেন নাইববশু, লৈনবা ওক্লি। গুণ অসিগী চাং অস্থুক্কী মতিক হেন্না লৈবা মীশিংনা পুন্সি লানফমদা অহুক্কী মতিক মহৈ য়াল্লি, মমায় পাবই। অয়াম্বা মতমদা শক্ত অসি লান্নশু শীক্তিনৈ। অওাং নিপা মচাশিংনা বোল হুঙ্গৎলগা ওক্কুনা শানৈ। অওাং অমথক মতম চুপ্পা মসিতা শানৈ। অহুদগী অস্থুম বোল অনি লংখৎতুনা ওকপা হৌই। মমৈথংদদি মখুৎ অনিনা বোল মরী পাযবগা হুঙ্গৎতুনা মরীমক লৈবাক তাহন্দনা ওকই। কনাগুম্বা পণ্ডিত অমনা অওাং অসিগী মতৌ উবগা হায়খি— "অওাং অসি মতিক চানা মহৈ তম্বিববদি অতোপ্পা আর্কিমিডিস (অঙ্ক হৈবা পণ্ডিত) অমা ওইগনি।" মতমত্নদদি মতৌ অসি চুম্নগী খুৎকী চালাক ওইরবোইতা নীংগনি, তৌইগুম্বস্নুং তশেংবদি মহু ওমবা তানবদা তাংখক নাইদনা

নোম্বা, পুক্লিং চংবা অমস্তুং ব্রাথল চোইদবা চংই। অঙ্কনচিংবা অমাংবা থাক্কী হীরমদা অস্তুম হায়না পুক্লিং চঙশবদি অঙকপা ফংবা ফল ফংগনি হায়বা করি চিংনকম লৈবগে ?

হন্না হন্না হোৎনবনা ঐখোয়গী মস্তুংদা ফুমহুনা লৈবা শক্তি ফোংদোকররকই। মহৈ য়ানবগী অর্থদি থাংবকনবা নোমহুনা ইশাগী শক্তি ফুদোকপনি। মসি ব্রাৎপদগী অয়াম্বা মীশিংগী মুংগী পাঙ্গল মতিক চানা ফুদোক্কে, অমস্তুং মখোয়গী কর্ম্মজীবন মহৈ য়ান্দে। অদুগা মুংগী পাঙ্গলবু তৎপা নাইদনা শিজিন-নরবদি য়াম্না পঙই হায়না অহানবদা হাযনরম্বহু মতম খরগী তুংদা পণ্ডিত ওইরকই অমস্তুং মাগী মপুন্সিদা খ্বাইনা ফংনদ্রবা মিংচৎ ফংবা ঙম্মি।

তাইবং শিন্না খঙনরবা নিউটন হায়বসি অঙাং ওইরিঙৈদা "বুডু" হায়না খঙনরম্মি। স্কুলগী খ্বাইদগী হম্বা ক্লাসতা মহাক লৈরম্মি, অদুগা থাক অসিদগী কাখৎনবগী আশা অমস্তুং থোরাং মাগী লৈরমদে। মবম অসিনা তম্মিন্নবা মমান্নবশিংনা মাবু থোওই উশিন্তে। নোংমদ মাগী তম্মিন্নবা মমান্নবা অমনা মাবু চৈহুনা ইনথুবম্মি। মহুদ শাওরহুনা মপাঙ্গল ফুদোক্লনা মমান্নবা অদুবু পাডা অমা তম্বিবম্মি। ফুনবসিদা মায়পাক্লহুনা অঙাংগী হরাওবা মখোই কারে, মশাগী মপাঙ্গলদা থাজবা পোক্লে। মতাক্লা ব্রাশকই, "মহৈ তম্বদম্ন ঐনা মাবু মায়-থিহনগনি।" অদুদগী হৌবহুনা নিউটন্না তৎপা নাইদবা নোম্বা কনবগা লোয়ননা পাবা হৌরে। মহুগী মহৈনা, ইকুই কুইদনা

নিউটন স্কুলদা মমাল্লবগী মকোক থোংলে অমম্মুং মমৈথংদা জগৎশিনবা থুংনা মমিং চৎখি।

বোপদেবনা অঙাং ছাত্র ওইরিঙৈদা গুরুগী মনাক্তা লাইরিক তম্মি, তৌইগুম্বস্নুং গুরুগী পাওতাক নীংথিজনা খঙবা ঙমদে। মরম অসিনা গুরুদেবনা নোংমদি শাওরতুনা থরা কা-হেল্লা চৈ-থাংলে। মপুক্কিং মুংঙাইত্রতুনা ঈশিংদা লুপতুনা শিগে নীংলে। পুখ্রীদা ঈরুজবা চৎপদা উরে মতুদি ঈরুফমদা নুং অমা লৈ। নুং অতু মফম কয়ামরুম কুৎতুনা লৈ। মতু উরগা অঙাংনা থাল্ল করিস্নু লৈত্রবা চফুনা তত্তনা তকপদা নুং ফাওবা তুমশিল্লি। হন্না হন্না হোৎনরবা ফাওবদা ঐগী থোপন্নুংসিদা করিমত্তা চংলোইদ্রা ? অমুক্কুং হোৎনতুনা য়েংগে, অমুক্তা ঙমদ্রবস্নু চামরক হোৎনতুনা য়েংগে। অ সঙুম্বা ৱাখলসিদা অঙাংগী অনীংপরৈ মৈ মুবা হৌরে। থোনা হাপ্লে ; বোপদেবনা চোকথবা লৈতনা লাইরিক পাবা হৌরে—মথং মথং ব্যাকরণগী থঙ্গদবা হীরম পূম্নমক্কী লংজিন থেংনবা হৌরে। অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা "মূর্খ" "গাধা" হায়না তত্তনা চৈনরম্ব। মহাক্লা মমৈ থংদা মুগ্ধবোধ ( মূর্খবোধ ) হায়বা ব্যাকরণ হৈবগী লোইবা পরিচয় পীবা অঙকপা ফংবা ব্যাকরণ অমা ইতুনা পণ্ডিত সমাজদা জয়পত্র থেৎখি।

হৌজিক্কী যুগ অসিদা বিজ্ঞান্না পুথোক্লিবা অনৌ অনৌবা পোৎশিং অসি পূম্নমক চোকথবা নাইদনা নোম্বগী মহৈ ঙাক্লি। রেল, ষ্টিমার, ফিশাকল, ছপাযন্ত্রনচিংবা পূম্নমকসিগী

মরুদা মনিনগী শক্তি লৈ। অসিগুম্বা মনিনগী যন্ত্রশিংসি নোংমতদা পুথোকখিবা নত্তে। সেভারী, কলি, পটার, স্মীটম, জেমস্ বাট ( *Savary, Cawley, Potter, Smeatom, James Watt* ) নচিংবা খুৎশা হৈবা কয়ানা মথং মথং চহি কয়ামরুম চুপ্পা থিদুনা, হুমদুনা হোৎনরগা কাইনখৎতদা মনিনগী যন্ত্র অসি মপুং ফাখিবনি।

ভারত মণি আচার্য্য জগদীশচন্দ্রনা পুথোকখিবদুস্তু ঠাটাগী থবক নত্তে। মদু চহি কয়ামরুম তৎপা নাইদনা হোৎনরবা তুংদা ওইখিবনি। চহি কয়ামরুম চুপ্পা থির-হুমলুরগা বিজ্ঞানগী তত্ত্ব অমা জগদীশনা পুথোকপদু নোংচুপকী পণ্ডিতশিংনা অহানবদা পাক লোদে। বিলাতকী রয়েল সোসাইটি হায়বদু জগৎকী অফাওবা বৈজ্ঞানিকশিংগী সভানি। সভা অসিনা করিগুম্বা তত্ত্ব অমা লৌখৎত্রবদি মদু বিজ্ঞানহৈবা পণ্ডিতশিংগী সমাজদা চৎনদে। জগদীশনা অহানবদা মানা পুথোকপদু সভা অসিদা তাকই, তৌইগুম্বস্তুং মেম্বর থরগী কায়দা ফজদবদগী তত্ত্ব অদু ফোংখিদে। অদুদগী জীব অমস্তুং পাম্বীগী থরাই স্থংশাগী মরমদা সভা অসিদা অওকপা তত্ত্ব অমা থাই। মদু ফোংনবগীদমক থাগৎলি, তৌইগুম্বস্তুং মমাংঙৈগী মেম্বরশিংদুনা য়েৎতুনা মদুমস্ত ফোংখিদে। রয়েল সোসাইটিনা মঙোন্দা অস্তুম্না চিঠি হন্নকই— " অদোমগী সিদ্ধান্ত অসি য়ামনদি কান্নৈ হায়ববু মসি চৎনবী মতকী মায়য়োক্তা ইখঙ থঙহৌদনা লেপ্পা ওইনা তৌবনা মসিগী মরীদা সভানা করিগুম্বা মত

অমত্তা ফোংবা গুমদ্রে ; অত্তুবু পাম্বীগী মন্নুং শিংলি নিকই হায়বগী প্রমাণ অসি পাম্বীগী পাম্বৈনা কম্নিগুম্বা মতমদা উংপা গুম্বিরবদি, হীরম অসি অমুক থম্নগনি।” মসিদা থগলে মত্তুদি আচার্য্যগী সিদ্ধান্ত অসি সভানা যাইদা কোইথোক্লা হায়রবম্নু তশেংবদি লৌদবনি।

তৌইগুম্বম্নুং মহাক্কি নিংহন্নবা মী নত্তে। পাম্বীগী শিংলি লেংবগী প্রমাণ অসি পাম্বী মশানা করম্ন তাকহনশিগে হায়বসিতা থন্দুনা লৈখ্রে। চহি তরা পুক্লিং যাথল লোংদনা হোৎনরবগী তুংদা মহাক্লা অসিমুক কুপ্পা যন্ত্র অমা পুথোক্লে। মত্তুদি পাম্বীগা হেক শম্নহনবদা অনকপা ফক্লাংদা, নত্রগা উপাক্লা পাম্বীগী শিংলি নিকপগী ময়ি অত্তু হেক্লা তাই। অম্নম্না তোঙান তোঙানবা ফিভমদা মথল মথা অয়াম্বা হিদাক লাংথক তৌরগা মীওইবগী হকচাংদা তৌবগুম পাম্বীগী হকচাংদা মথল মথা অয়াম্বা থোকলিবা থবক পুম্নমক পাম্বী মশামক্লা ইত্তুনা তাকলে। রয়েল সোসাইটিদা যন্ত্র অসি ইহান হাম্না চাং য়েংবা মতমদা মী পুম্নমক্লা মহাকপু থন্যনি হাথনা থাগৎনৈ, অমস্নুং মহাক্কী যারম পুম্নমক বিজ্ঞান সভাগী চেফোংদা চিথদনা ফোংই। পুমগুক গুকনখ্রবা বিজ্ঞান সমাজনা মসি জগত্তা ভারতকী অগুকপা ফংবা দান অমনি হায়না খোল্লাও অমতদা লাওথি। মহাক্কী পুন্সিগী লাইনিং মহৈ য়াম্নে। নোংচুপকী পণ্ডিতশিংনা মাবু নোংপোক্কী মিত্রং হৈবা (*The wizard of the East*) হায়না কৌনথি। পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদগী

তত্ত্ব খণ্ডনিংবা পণ্ডিত অমসুং ছাত্রশিং লাকতুনা মহাকনা লিখ্খৎপা "বসু বিজ্ঞান মন্দির" দা জ্ঞানগী মৈরা চন্নরি।

---

# অহুমশুবা শিল্লম কৈরাক

## মথং মনাও নাইবা অমসুং মতম ৱাক্না চৎপা

লাইপোক্না মথং মনাও নাইরক্লবদি শকক মবী থোকপগী শকক অহুমগী শক্তি মাংজরবনি। —বটন (Button)

"মীওইবগী জগত্তা মথং মনাও হায়বদো
মশাগী ঈ-তোংদা মহৌশা ওইনা পকখ্রবা
হয়িংখোইশিংনা থবক্না তাকই"

ছাত্রজীবনদসু, সংসাবগী কর্ম্মজীবনদসু মফম পুন্নমকতা করিগুম্বা থবক অমতংবু মকোকতগীনা লোইরা ফাওবা ফজহনগে হায়রবাদ মথং মনাও নাইবা চংই। মথং মনাও ৱাকনা চৎনবগীদমক মতম পুম্বদা অকক্নবা নিয়ম খরা ৱাক্না চৎকনি। মথং মনাও নীংখিজনা ৱাক্না চালাইরিবা কারখানা অমদা চৎলু উগনি। মহুদ মী খুদিংমক্কী অকক্নবা থবক লৈ, থবক খুদিংগী অকরবা মতম লৈ, পোৎ খুদিংগী অকক্নবা থক্ষম লৈ, করিগুম্বদসু পোত্থাফম খণ্ডবা অমসুং মথং মনাও নাইদবগী খুদম শন্না মফৈ অমা ফাওবা উবা ফংলোই। মী

খুদিংমক মথং মনাও নাইনা তরু তরুনা মাগী মাগী শিন্থা পাইরি। করিগুম্বা রেলওয়ে জংসন অমদা চৎলু উগনি মচুদি তোঙান তোঙানবা রেল লাইনশিং মাইগৈ মরিমক্তগী লাক্লি করিগুম্বা গাড়ীদনা মাল হাপকৎলি, করিগুম্বা অমদনা মাল লৌথরি, কুলিশিংনা মাইগৈ খুদিং কোইচেন চেল্লি, — মসি পূম্নমকসি মীনৌ অমনা হেক য়েংবদা মাইগৈ শললাই খঙঙমদবা, মথং মনাও নাইদবা য়েলা অমা ওইনা উগনি। তৌইগুম্বস্লুং মতম খরা লৈতানা খন্থরবদি উগনি মচুদি করিগুম্বদস্লু মথং মনাও নাইদবা তৌদে, গাড়ী খুদিংমক্কী অককুবা লাইন লৈরি, করিগুম্বদস্ত থেঙ্গাইনবগী খুদম শম্না মকৈ অমা ফাওবা লৈতে। কুলিশিং অমস্লুং কর্ম্মচারীশিংনা মাগী মাগী মথৌ মতম চানা পাংথোক্লবগীদমক্তা কোইচেন চেল্লি, যাত্রীক চামা চামনা থুজিং ওইতুনা তোঙান তোঙানবা পন্থুংফমগী টিকেট লৈরি, ষ্টেসন মাষ্টরনা মী খুদিংদা টিকেট পীনবা থৌরাং তৌরি, মালশিংদা তোঙান তোঙানবা পনথুংফমগী লেবেল নপ্লি, অচুগা মাল খুদিংমক্তা চৎকদবা গাড়ী অমস্লুং মতম চপ চপ চানা থাদোকখ্রি, অমতস্তু লৈফে চত্রি। থবক খুদিংমক হাম্ননা চংথোম্না খনখ্রবা নিয়ম অমগী মতুং ইন্না চপ চানা চৎলি, করিগুম্বদস্লু নিয়ম কাইনা চৎতে। মসিগী মমিং মথং মনাও নাইবা কৌই। অসিগুম্বা মথং মনাও নাইবসি নম্তনা চাউগে চাউ, পিককে পিকউ, করিগুমবা থবক অমতা নিংথিজনা পাংথোকপা য়াদে।

পাখং মচা অমনা রচনা ইগদবনী ফমখৈ, মতমসিদা মাগী মরুপকী চিঠিগী পাওখুম ওসি-হয়েং হায়না য়েংথোক্লুমা লৈরিবছু লিংশিংলে। ওসিমক চিঠি ইহুনা ওসগী ডাকতা চৎনবা তৌগে খল্লে; অদুনা রচনা ইবা তোকখোক্লুনা চিঠি ইবা হৌরে। তৌইশুম্বসুং ইবা হৌগৎলকপদা মরুপকী চিঠি অদু দরকার ওইরক্লে। ফুরিৎখাওদা য়াওরিবাক্লে হায়না চৎতুনা য়েংলুবদ দ য়াওরমস্রে। ও! মোন মখাদা থমখিবগুম তৌই হায়না য়েংলুনা মতমদদি মোন মখাদদি লৈরমস্রহুনা কোইথি খিরবা তু দা মেজফিদা মখাদা থেংনবে। চিঠি ইরে, চিঠিগী মনমদা মরুপকী মিং অমসুং ঠিকানা ইবা তাই, অদুবু নপ-থোকত্রবদি চে মথক মথা ওনবা য়াবোই। লাইরিক বই পুম্নমক ফাকতুনা ব্লোটিং থিরে. অদুবু যংত্রবহুদদি ফৈজোম মচিনা কাবক কাবক নপথোক্লে। মনাও মিপা কৌহুনা ডাকতা থাদক হাযহুনা থাখ্রে। অদুদগী অমুক চিঠি অদুদা অইবা মহাকী সই নত্রপা মিং যাওখিবরা যাওখিদবরা হাযব'স অমুক চিংনরক্লে! মনাও নিপাহু হল্লকুবা অতোপ্পা মী অমগা থারে, চিঠিদি উপু মসুংদা হান্নবা থাদথোকখ্রে। ফরে, হয়েং অমা অমুক ইবা হায়বহুনি। অমুক রচনা ইনবা তৌরে. মতমসিদা ফঙোম য়োনবী লাকতুনা থা ফারে পৈশা পীরো হায়রম্রে। ফঙোমগী হিসাব অদু ইদি ইখিবনি, অদুবু ফদাইদা থম্মুরবনো, মহু অমুক থিনরিঙৈদা মতম য়াম্না মাংলে। অসোয়দনা পুং মপাল মখাই তাশিল্লক্লে, হকচাংসু শেংদোকত্রি, চাকসু চাত্রি,

মমাম্নবদি স্কুল কাবা হৌবা লাক্লে। পাখং মচাসিগী মশাদা থবকী পোরম অমদি মথং মনাও নাইনা শিন্দোকপগী জ্ঞান মশাদা লৈত্তে। মরম অসিনা মাগী থবক অয়াম্বা চরক চহিংনৈ; মতম য়াম্না য়াম্না মাংই। অসিগুম্বা মীশিংসি ক্না জ্ঞান লৈজহূনস্থ শিল্লম খঙবা হায়বত্নদি কৌবা য়াদে।

মথং মনাও ঙাক্লা চৎকে হায়রবদি থবক খুদিংমক মতম ককনা পোরম শিন্দোক্লদবনি, অমস্থং অককনবা মতমদা থবক অহু পাংথোক্লবগী শাক্তৎ তমগদবনি। মসিবু মতম নাইবা কৌই। সভা পুং ১০দা হৌগদবনি, অতুগা নংদি পুং ১০॥০দা নত্রগা পুং ৯দা চৎতুনা ফমলুরে, মসি মতম নাইনা চৎপা মীগী শাক্তৎ নত্তে। কনাগুমবা পাখং অমা সাহেব অমগী ব৷ঙলাদা থবক্লদমক চৎলি। সাহেবনা মহাকপু মথংগী মুমিংকী পুং ১০দা উনসি হায়রকলে। মরম ওকপা পাখং অসিনা মথংগী মুমিত্তা পুং ৯॥০দা অফিসতা থুংলুরে। সাহেবনা মাবু হেক উবদা মতম থুগাইরকই হায়হুনা—নং অ'সদা করিমতা চম্নখিরোই, হান্না মতম ঙাকপা তমখো হায়রকই। থোদোক অসি হৌদোং মচা উরা যেপ্লগী খুদমনি। পুং ১০দগী থজিক্তুংদং চোনথরুরবস্থ ৰাঙাং অসিমক তাগদৌরিব ন। মরমদি ইংরেজশিংদি মতম ঙাক্লা চৎপগী মরীদা য়াম্না চোকশিল্লি। মতম ঙাক্লা চত্তবা অমস্থং মতমগী মমল খঙদবা মীশিংনা থবক্তা চাউথৎতে অমস্থং চংখোন্দে হায়বসি মখোয়না য়াম্না মুননা খঙই।

আমেরিকাগী ফাওরবা প্রেসিডেন্ট মহাবীর ওয়াশিংটনগী সেক্রেটারী সাহেব অমা নোংমখক্তং খরা থেংলপ লাক্লম্মি। প্রেসিডেন্টনা মরম হংবদা সেক্রেটরীনা মাগী ঘড়ী খরা স্লো ওই হায়না খুমখি। রারম অসি তাবদা প্রেসিডেন্টনা য়াম্না চৌংলেম্না হায়রকই— "ঐগী ঘড়ী অসিগা ওস্লোরুসি, নত্রবদি ঐ ঐগী সেক্রেটরা ওনবা তরে।"

নোংচুপকী মীশিংনা মতম অসি য়াম্না কুপ্প শিজিন্নরুনা চপ চানা চৎলি, অদুবু ঐখোয়গী লৈবাক্তদি মতম ভাকনা চৎপা হায়বসি হৈনদবগুম তোই। বিলাত্তা কনাগুম্বা প্রোফেসার অমগী য়ুমদা পাখং কয়ামকম লাইব্রিক তম্ব চৎলি। মখোয়গী মমুংদা অমখক্তি মুমিৎ খুদিংগী মতম চানা হেক হেক থু লৈ; নোংমতম্ম মিৎকুপ অমা শোইনদে। নোংমদি থবক হৌবা মতম ওইরদুনা প্রোফেসার অদুনা লেকচর পীনবা লেপখৎলক্লবা মতমদা য়েংথোকলুবদা মতম ভাক্লা চৎপা পাখং অদু উবা ফংদ্রে। মরম অদুনা প্রোফেসার অদুনা ভাইহাক ভাই, থিন্দনা পাখং অদু থুংলরে। প্রোফেসারনা হায়রকই—থবক হৌবা মতমদি ওইরে, অদুবু নহাক য়োরক্লবসিদা মতম ভাক্লা চৎপা নিপা অমনা থেংলিবসি অফিসকী ঘড়ীনা লাল্লবরা করিনো হায়না অসুম খল্লমলিবনি। পাখং অদুনা মশাগী ঘড়ী অদু পুথোকতুনা মতম চানা লাকই হায়বসি উৎলি। থাঙ্গৈশেংবদি মদুগী মুমিৎ অদু অফিসকী ঘড়ী খরা য়াঙলম্মি।

# মরীশুবা শিলম কৈরাক

## হৌবদগীনা লোইবা ফাওবা থবক্তা পুক্রিং চংবা

জ্ঞানগী থবক ওইরবস্থু নত্রগা পাঙ্গলগী থবক ওইববস্থু থবক থুদিংগী ইহান হানবা ৱাদি হৌবদগীনা লোইবা ফাওবা পুক্রিং চ উ হায়র্বসিনি।... ..... ঐথোয়গী শ ক্তনা ঙমজবমখৈ ইথোদাং চংথোন্না পাংথোকপদা হৈনবা তম্বা। অসি ইশা চাউথংনবগী পাম্বৈ অমনি। —ডেভেনপোর্ট অডামস।

কর্ম্মজীবন্দা মহৈ যানগে হাযরর্বাদ ৱা অসি তৎত্তনা নিংশি গদর্বনি, মতুদি অমুক্তা থবক অমত্তমক মায়পুননা হোৎনগনি, থবক অতু তৌরিবৈদা মথল মথা অয়াম্বা হীরমদা পু'ক্লং চোইথোক্লোইদব ন। নশাগী লন্নাই থবকপু তৌরবস্থ, অতোপ্পগী চাকরীবু তৌরবস্থ নত্রগা লৈবাক্কী সেবা তৌরবস্থ থবক্তা কদৌবৈদস্থু হেলা তৌবা চুমদে। থবক তৌবদা পুক্রিং চংদবা, মপুারং থিংজিন্দবা হেলা তৌগনবা মীশিং অতুনা করিগুম্বা থবক অমদা চংথোন্না হৈবা হায়বতু ওইদে, অমস্তুং মাগী মশাদা ৱাশকপগী অংেৎপা মতৌ লৈত্তে। অসিগুম্বা মীশক অসি অৱাবা খাংবা ঙম্বগী শাজৎ লৈত্তে, হুমিৎ চুপ্পা থজিঙ্কং শুবদা ৱাগ ল্ল, মুংঙাইবা পা স্ম, অমস্তুং থবক পূম্নমক্তা চন্নদে। অসিগুম্বা চন্নদা মীশীংগী মশিংদি মীচম মরকতস্থু লাইরিক হৈবা মরক্তস্থ য়াম্না য়া।স্থ। মখোয়শিংসিগী মখৌ

খঙবগী জ্ঞান লৈতে, মশাগী থোদাং অমস্তুং দায়ি করিনো খঙদে, থবক্কী অচৌবা মগুণ খঙবা ঙমদে, থবক মচা তানা তৌরগা পুক্লিংদা হুংঙাইবা পোকপন্থু করিনো হায়বা মঙ ফাওবা মঙদে। পৈশাৱাল্পা অমস্তুং চাকরী তৌব মীশিংগী মফমদা ধর্ম্মা ধর্ম্মীগী ৱাংল থরা ৱাংলি। মপুগী মফমদগী তলব লৌরগা ঙম্বমথৈ মপুগী ফনবা তৌগে হায়বসি মখোয়গী হুংলমচত্তা য়াওদে অমস্তুং অচুম চুমদগী ৱাথম্নস্তু হায়দে। তাইবংপানসিদা অচৌবা থবক অমা তৌরম্লগা মিংচৎকী উরেং খিল্লমলিবা মীশিং অসি মখোয় মখোয়গী মথৌ থৱাই হকচাং য়াওনা য়ারিবমথৈ মচা তানা মথৱাই খুবাকতা হপভুনা হোৎনরম্বা ঙাক্লু। মখেযগী হেৎনজমন অতুতনা হায়রিবা মীশিংসি ফাওখিবনি।

ঋষি বঙ্কিমচন্দ্রনা করিগুম্বা লাইরিক অমা ইরগা হন্না হন্না পাভুনা শেংদোকই, ওস্নোকই. অদুদগী মথৱাই তাহৱা তুংদা ফোংদোকই। মহাক্কী মশাদা অঙকপা ফংবা শক্তি অমা লৈবনা অমুত্তং ইথেকরকপা অদু হেক ফোংবদা খ্বাইনা পাবদা মতিক চাবা অদুমমক ওইগদবনি; তৌইগুম্বস্তুং অমুকস্তু হেন্না ফজহনবা, নিংথিহনবা য়াগদরা হায়বসি বঙ্কিমচন্দ্রনা কম্না খল্লি, অমস্তং মসিদনি মহাকনা সাহিত্যগী সম্রাট ওইখ্রিবস্নু।

ফাওরবা লাইয়েকপা মাইকেল এঞ্জেল্যোনা হুমিৎ থুদিং পুং ১৫ শুহুনা চহি কুইরবগী তুংদা মহাক্কী ফিদমনিঙঙাই ওইরবা লাই অদু য়েকতুনা পুথোকখি, মসিদা জগৎশিনবা

থুংনা ফাওখি। বিজ্ঞানগী মরমদা ইবা ফাওরবা বাফন্না (*Buffon*) মহাক্কী মহৌশারোল চুং-ফিরান চানা মপুং ফাহন্নবগী-দমক ফোংদ্রিবৈদা তরা মাথোইরক হন্না হন্নংতুনা শেংদোক্লম্মি। জগৎ ফাওরবা জর্মন কবি গেটে অমস্তুং রুশকী সাহিত্যিক টলষ্টয়না মখোয মখোয়গী অইবা অতু হন্না হন্না শেংদোক্লুনা ফজহল্লম্মি অমস্তুং মমৈথংদা ফোংলম্মি।

---

# মণ্ডাশুবা শিল্লম কৈরাক

## পুন্না থবক তৌমিন্নবগী মতৌ, অপুনবগী শক্তি—নিয়ম নাইবা অমস্তুং য়াথং ইন্নবা

"সমানী ব আকৃতিঃ সমানা হৃদয়ানি বঃ।
সমানমস্তু যো মনো যথা বঃ সুসহাসনি॥
যথা বঃ সুসহাসতি।"—ঋগ্বেদ।

(নখোযগী অপুনবা শক্তি মরাচেৎননবা নখোয়গী অনিংবা মাননৌ, নখোযগী থম্মোই মাননৌ, নখোয়গী পুক্নিং মাননৌ, হৌরম পুন্নমক্তা নখোয় অমতা ওইরককনি।)

য়াথং ইল্লিবা মীহু য়াথং তাকপা ঙম্মি। অহানবদা য়াথং ইন্নবা তম্মু। য়াথং কোক্তা য়ারিবা "শিরদার" অতুনা য়াথং পীবা লুচিংবা "সবদাব" ওইগনি। —স্বামী বিবেকানন্দ।

ময়ামগী মথক্তা হুকুম তৌনিংলিবা মী অদু অহানবদা হুকুম ইনবা তমগদবনি হায়বসি মচিনথৈদা খঙ্গদবনি।

—ডেভেনপোর্ট অডামস।

তাঙ্কক অসিগী মকোক্তা লৌখৎলিবা শ্লোক অসি ঋগ্বেদগী ইরোই লোইবা মন্ত্রনি। মন্ত্র অসিগী মরু ওইবা লাইনিংদি সংজ্ঞান হায়বদি লিচিং অমতা ওইববুনি। অসিগুম্বা সংজ্ঞান অসিনা ভারতকী আর্য্য সমাজদা ভাস্তোইদুনা লৈরিঙৈ, থাইনগী আর্য্যশিংনা অসিগুম্বা সুসহা হায়বদি লিচিং অমতা ওইবগী শক্তিদা পুক্নিং অনি লোংদনা ভক্তি কৎলিঙৈ মতম অদুদদি ভারত মচাশিংগী চাউখৎপা, মুংঙাই যাইফবা হাযবদু ওইরম্মি। মথোযগা অতৎ অখম লৈতনা অকনবা লান থেংনবগা অনর্য্যনি হায়রিবা কাংবু অদু লৈবাক মচা তারবস্নু নত্রগা তাত্রবস্নু য়ম্না খুৎকন পাঙ্গনবা অমস্নং লায়থিবা কাংবু ওইরম্মি। মথোয় অদু মশিংস্নু লাকওমদে, খুৎকন পাঙ্গনবদস্নু শোথবা নত্তে, অদুবু মখোয অসি মাইথিদুনা আর্য্যশিংগী মথা পোনখি। করিগীনো? মসিগী মরমদি মথোয়গী শক্তি ৱাৎপনা নত্তে, অপুনবগী লিচিংগী শক্তি ৱাৎপননি। মখোয়শিংসি চাউখৎলমদে, মথোয় মশেন কাংবু কাংবু, জাৎ জাৎ, ফুরুপ ফুরুপ নাইনা মথল মথা য়াম্না থাইদোকলম্মি। অস্নুমনা লিচিং অমতদা পুল্লপ ওইশিনবা ঙমদবা মরমনা অমমম ওইনা লানদা আর্য্যশিংগী মথুৎতা মাইথিথি।

অতগা অময়োমদনা থাইনগী আর্য্যশিংদি সমাজ অমত্তমক থোকলম্মি, সমাজ অসিদা লাইনিং অমতা, স্বার্থ অমতা, পুকচেল অমতা, অনিংপরৈ অমত্তা অমস্তুং থবাই অমত্তমক লৈরম্মি। মখোয়গী মরু ওইবা মন্ত্রদি— সংগচ্ছধ্বং সংবদধ্বং সংবো মনাংসি জানতাম (ঋক)— "নখোয় পূম্নমক পুল্লপ চৎলু, পূম্নমক য়া অমত্তমক ডাংভু, নখোয়গী পুকচেল অমতা ওইয়ু, নখোয়গী মত তিন্নৌ।" অসিগুম্বা শোইফত্রবা অঙকপা মন্ত্র অসিগী পাম্বৈনা থাইনগী আর্য্যশিংনা ভারত পূমনমকতা মতিক মঙাল শন্দোকপা ঙমলম্মি।

অতুদগী অমুক লৈবাক শন্দোকলকপগী মতুং ইন্না আর্য্য সমাজ অসি থাইবুং থাইবুং তৌরক্লবা, সমাজদা মথল মথা অয়াম্বা হস্থবা জাৎ থোরক্লবা, ধর্ম্মক্ষেত্রদা সম্প্রদায় মচা মচা থোরক্লবা, মতমসিদা মখোয়গী অপুনবা জাতিগী লিচিং থরা থরা মুত্থিরম্মি, অমস্তুং মী পূম্নমক মশাগী থুরবা স্বার্থদা য়েংবদগী অমগা অমগা মূক্লরম্মি, পূম্নমক লিচিং অমতা ওইনা য়েক্লববু থিংনবা থৌরাং তৌত্রে— মী থুদিংমক অমমম ওইনা লান্দা মাইথিবা ফংখ্রে। ভারতকী ইতিহাস অসি মপা লৈতবা থৌনা অমস্তুং থুকন পাঙ্গনবগী থুদম্না থল্লি হায়বদা করিমত্তা চিংননিংঙাই লৈতে; তৌইগুম্বস্তুং ইতিহাস অসি পুল্লপ ওইনা য়েংলুবদা মাইথিবগী ইতিহাস ওইনা তৌই। মসিগী মরমদি অপুনবা আর্য্য সমাজ অতু মতুংদদি মখোয়গী অপুনবগী লিচিং

মাংহনখিহনা শক্তি পূম্নমক্কী পীনয়াই ওইরিবা মহামন্ত্র "সমানী বঃ আকূতিঃ" হায়বহু কাওখিরম্মি।

হৌজিক্তদা অমুক যুগকী পোইরৈ মতুং ইন্না, ৱিখিগী খুজিন্দগী, আর্য্য-অনার্য্য, নোংপোক-নোংচুপ অমম্মুং মখল মখা অয়াম্বা লৈবাক মচা তাবা অমস্মুং সংস্কৃতি তিন্ন-য়াম্লনা ভারতকী অনৌবা জাতি অমা শেমগৎলে—ইরৈবাক মচাশিংগী জাতিগী সংজ্ঞান (অপুনব লিচিংগী লাইনিং) অমুক নৌহৌনা য়াকাইরক্লে। হৌজিক্তি থাইনগী ঋষিশিংগী মন্ত্র "সমানো মংত্রঃ সমিতিঃ সমানী সমানং মনঃ সহচিত্তমেষাং"— মখোয়গী মত অমতা ওইসন্নু, সভা সমিতি অমতা ওইসন্নু, পুকচেল অমস্মুং পুক্লিং অমতা ওইসন্নু হায়বা লিচিং অমদা চিংবিবগী লাইবা অসিনা ঐখোয়গী লমজিং মৈরা ওইবিসন্নু।

থাক্লৈশেংবমক ৱায়েলকাংলোন্দা, ধর্ম্মক্ষেত্রদা, মহৈ মশিং তম্বদা, সমাজ শেমগৎ শাগৎপদা, করিগুম্বা দেশ অমদা করিগুম্বা কান্নবা থবক অমতং চংখোন্না শেমগৎ শাগৎলম্নবদি মতুগী মরুদা অপুনবগী শক্তি অহুগা ময়াম তিন্নহনা লিচিং অমতদা থবক তৌমিন্নবা ওম্বগী শক্তি উবা ফংগনি। ৱায়েল থৌদা, লৈবাক্কী ৱাহৌ, লোকসেবা, ধর্ম্মপ্রচার, মহৈ মশিং শন্দোকপা লম্লোন ইতিক্লচিংবা মখল মখা অয়াম্বা হীরমদা মখলমখা অয়াম্বা সভা সমিতি লিন্থৎনরি। অসিগুম্বা সভা-সমিতি নত্রগা হৈকম শিংসিগী শিন্থোং অহুম লৈ। অহানবা লাইরিক-লাইশু থগুবা মচিনতোংবা থরা তিননহনা ময়ামগী য়ানবা মত মতুং ইন্না

থুংনা ফাওখি। বিজ্ঞানগী মরমদা ইবা ফাওরবা বাফন্না (*Buffon*) মহাক্কী মহৌশারোল চুং-ফিরান চানা মপুং ফাহন্নবগী-দমক ফোংদ্রিবৈদা ভরা মাথোইরক হন্না হন্দৎতুনা শেংদোক্লম্মি। জগৎ ফাওরবা জর্মন কবি গেটে অমস্তুং রুশকী সাহিত্যিক টলষ্টয়না মখোয় মখোয়গী অইবা অহু হন্না হন্না শেংদোকুনা ফজহল্লম্মি অমস্তুং মমৈথংদা ফোংলম্মি।

---

# মণ্ডাশুবা শিল্লম কৈরাক

## পুন্না থবক তৌমিন্নবগী মতৌ, অপুনবগী শক্তি—নিয়ম নাইবা অমস্তুং য়াথং ইন্নবা

"সমানী ব আকূতিঃ সমানা হৃদয়ানি বঃ।
সমানমস্তু বো মনো যথা বঃ সুসহাসনি॥
যথা বঃ সুসহাসতি।"—ঋগ্বেদ।

(নখোয়গী অপুনবা শক্তি মরাচেৎননবা নখোয়গী অনিংবা মাননৌ, নখোয়গী থম্মোই মাননৌ, নখোয়গী পুক্নিং মাননৌ, হীরম পুন্নমক্তা নখোয় অমতা ওইরককনি।)

য়াথং ইল্লিবা মীহু য়াথং ভাকপা ওম্মি। অহানবদা য়াথং ইন্নবা তম্মু। য়াথং কোক্তা য়ারিবা "শিরদার" অহুনা য়াথং পীবা লুচিংবা "সরদার" ওইগনি। —স্বামী বিবেকানন্দ।

ময়ামগী মথক্তা হুকুম তৌনিংলিবা মী অদু অহানবদা হুকুম ইনবা তমগদবনি হায়বসি মচিনথৈদা থঙ্গদবনি।

—ডেভেনপোর্ট অডামস।

তাঙ্কক অসিগী মকোক্তা লৌথৎলিবা শ্লোক অসি ঋগ্বেদগী ইয়োই লোইবা মন্ত্রনি। মন্ত্র অসিগী মরু ওইবা লাইনিংদি সংজ্ঞান হায়বদি লিচিং অমত্তা ওইববুনি। অসিগুম্বা সংজ্ঞান অসিনা ভারতকী আর্য্য সমাজদা ঙাম্বোইদুনা লৈরিঙৈ, থাইনগী আর্য্যশিংনা অসিগুম্বা সুসঙ্গ হায়বদি লিচিং অমত্তা ওইবগী শক্তিদা পুক্নিং অ'ন লোংদনা ভক্তি কৎলিঙৈ মতম অদুদদি ভারত মচাশিংগী চাউখৎপা, সুংঙাই-য়াইফবা হায়বদু ওইরম্মি। মখোয়গা অতৎ অথম লৈতনা অকনবা লান থেংনবগা অনার্য্যনি হায়রিবা কাংবু অদু লৈবাক মচা তারবসু নত্রগা তাদ্রবসু য়াম্না খুৎকন পাঙ্গনবা অমসুং লারুথিবা কাংবু ওইরম্মি। মখোয় অদু মশিংসু লাকঙমদে, খুৎকন পাঙ্গনবদসু শোত্থবা নত্তে, অদুবু মখোয অসি মাইথিদুনা আর্য্যশিংগী মথা পোনখি। করিগীনো? মসিগী মরমদি মখোয়গী শক্তি হাৎপনা নত্তে, অপুনবগী লিচিংগী শক্তি হাৎপননি। মখোয়শিংসি চাউখৎলমদে, মখোয় মশেন কাংবু কাংবু, জাৎ জাৎ, ফুরুপ ফুরুপ নাইনা মথল মথা য়াম্না থাইদোকলম্মি। অসুমনা লিচিং অমত্তদা পুল্লপ ওইশিনবা ঙমদবা মরমনা অমমম ওইনা লানদা আর্য্যশিংগী মখুৎতা মাইথিখি।

অতুগা অমরোমদনা থাইনগী আর্য্যশিংদি সমাজ অমত্তমক খোকলম্মি, সমাজ অসিদা লাইনিং অমতা, স্বার্থ অমতা, পুকচেল অমতা, অনিংপরৈ অমতা অমস্তুং থবাই অমত্তমক লৈরম্মি। মখোয়গী মরু ওইবা মন্ত্রদি— সংগচ্ছধ্বং সংবদধ্বং সংবো মনাংসি জানতাম (ঋক)— "নখোয় পূম্নমক পুল্লপ চৎলু, পূম্নমক বা অমত্তমক ঙাংঙু, নখোয়গী পুকচেল অমতা ওইয়ু, নখোয়গী মত তিন্নৌ।" অসিগুম্বা শোইফত্রবা অঙকপা মন্ত্র অসিগী পাম্বৈনা থাইনগী আর্য্যশিংনা ভারত পূমনমকতা মতিক মঙাম শন্দোকপা ঙমলম্মি।

অতুদগী অমুক লৈবাক শন্দোকলকপগী মতুং ইন্না আর্য্য সমাজ অসি থাইবুং থাইবুং তৌবক্লবা, সমাজদা মথল মথা অয়াম্বা হম্ববা জাৎ থোরক্লবা, ধর্ম্মক্ষেত্রদা সম্প্রদায় মচা মচা থোরক্লবা, মতমসিদা মখোয়গী অপুনবা জাতিগী লিচিং থরা থরা মুথখিরম্মি, অমস্তুং মী পূম্নমক মশাগী থুরবা স্বার্থদা য়েংবদগী অমগা অমগা মূক্কুরম্মি, পূম্নমক লিচিং অমতা ওইনা য়েক্লববু থিংনবা থোরাং তৌত্রে— মী থুদিংমক অমমম ওইনা লান্দা মাইথিবা ফংখ্রে। ভারতকী ইতিহাস অসি মপা লৈতবা থোনা অমস্তুং থুকন পাঙ্গনবগী থুদম্না থল্লি হায়বদা করিমত্তা চিংননিংঙাই লৈতে; তৌইগুম্বস্তুং ইতিহাস অসি পুল্লপ ওইনা য়েংলুবদা মাইথিবগী ইতিহাস ওইনা তৌই। মসিগী মরমদি অপুনবা আর্য্য সমাজ অতু মতুংদদি মখোয়গী অপুনবগী লিচিং

মাংহনখিহ্নবা শক্তি পূন্নমক্কী পীনয়াই ওইরিবা মহামন্ত্র "সমানী বঃ আকূতিঃ" হায়বহু কাওথিরম্মি।

হৌজিক্তদা অমুক যুগকী পোইরৈ মতুং ইন্না, বিথিগী খুজিন্দগী, আর্য্য-অনার্য্য, নোংপোক-নোংচুপ অমস্থং মথল মথা অয়াম্বা লৈবাক মচা তাবা অমস্থং সংস্কৃতি তিন্ন-য়ান্নবা ভারতকী অনৌবা জাতি অমা শেমগৎলে—ইরৈবাক মচাশিংগী জাতিগী সংজ্ঞান (অপুনব লিচিংগী লাইনিং) অমুক নৌহৌনা য়াকাইরক্লে। হৌজিক্তি থাইনগী ঋষিশিংগী মন্ত্র "সমানো মংএঃ সমিতিঃ সমানী সমানং মনঃ সহচিত্তমেষাং"— মখোয়গী মত অমতা ওইসনু, সভা সমিতি অমতা ওইসনু, পুকচেল অমস্থং পুক্নিং অমতা ওইসনু হায়বা লিচিং অমদা চিংবিবগী লাইবা অসিনা ঐখোয়গী লমজিং মৈরা ওইবিসনু।

থাজৈশেংবমক য়ায়েলকাংলোন্দা, ধর্ম্মক্ষেত্রদা, মহৈ মশিং তম্বদা, সমাজ শেমগৎ শাগৎপদা, করিগুম্বা দেশ অমদা করিগুম্বা কান্নবা থবক অমতং চংখোন্না শেমগৎ শাগৎলম্নবদি মতুগী মরুদা অপুনবগী শক্তি অহুগা ময়াম ভিন্নহ্নবা লিচিং অমতদা থবক তৌমিন্নবা ওম্বগী শক্তি উবা ফংগনি। য়ায়েল থৌদা, লৈবাক্কী যাহৌ, লোকসেবা, ধর্ম্মপ্রচার, মহৈ মশিং শন্দোকপা লম্লোন ইত্তিরুচিংবা মথল মথা অয়াম্বা হীরমদা মথলমথা অয়াম্বা সভা সমিতি লিঙ্খৎনরি। অসিগুম্বা সভা-সমিতি নত্রগা হৈফম শিংসিগী শিন্থোং অহুম লৈ। অহানবা লাইরিক-লাইশু থঙবা মচিনতোংবা খরা তিননহ্নবা ময়ামগী য়ানবা মত মতুং ইন্না

ৱায়েল-পথাপ কয়ামরুম লেপ্লি। মসিবু ৱায়েল-পথাপকী শরুক কৌই। অনিশুবদা মতিক চাবা মী খরনা হায়রিবা ৱায়েল-পথাপশিং অতুগী মতুং ইন্না লৈবাক ৱায়েল থৌবুবগী থবক লৌই। মসিনা ৱায়েল-থৌবুবগী শরুক্কি। অতুমশুবদনা অসিগুম্বা থৌবুশিংসিনা ৱায়েল-পথাপকী নিযম হায়বদি কাংলোন খভবা মী কয়ামরুম হাপ্লি। হাপ্লিবা মীশিংসিনা ৱায়েল-পথাপ থুগাইবা মীশিংবু বিচার তৌতুনা ৱায়েল ৱাতেম্মি, মসিনা বিচারগী শরুকনি।

ৱায়েল থৌদাগীদা তৌরিবা অসিগুম্না অতৈ অতৈ ছেফম অমম্মুং সভা সমিতিদস্ম শরুক অহুম থোক্লা শিম্নোং খাইদে কই। করিগুমবা মরম অমগীদমক সভা নত্রগা সমিতি লিঙ্খৎকে হায়রবদি—ইহান হানবদা তিল্লিবা মীশিং অতুনা তিননতুনা ময়ামগী সমিতি (*General Committee*) অমা শেম্মি। সমিতি অসিনা সমিতিগী পন্থু ফম, ৱায়েল-পথাপ, থবক্কী শিনথোং অমম্মুং পোরম লেপপি। অতুদগী সমিতি আসনা লেপনবা ৱায়েল-পথাপকী মতুং ইন্না থবক চথনবা থৌরমপুবা সমিতি (*Executive Committee*) শেম্মি। সমিতি অমগী হুকুম মতুং ইন্না থবক তৌবা মীশিনা থোদা পুই। কনাগুম্বা মেম্বর অমনা সমিতিগী ৱায়েল-পথাপ কাইনা চৎলবদি ময়ামগী সমিতিগী নত্রগা থৌরমপুবা সমিতিনা নত্রগা মখোয়গী শক্তি শিন্নরবা মীশিংনা বিচার তৌদুনা আইন থুগাইবা মীবু শাস্তি তৌই নত্রগা সমিতিদগী তাম্নোকই। করিগুম্বা সভা অমগী থবক

কয়ামরুমস্থু থাদোক্কদবনি ; মরম অসিনা মসি ঙমদবা মীশিংনা ঙরাগা তিন্নত্থনা পুন্না থবক তৌবা ঙমদে।

কাংবু শেমলুবদা কাংবু-কাংবু হেক্তা নাইরকই। কাংবু-কাংবু নাইনবসিদগী কাংবুগী চাউখৎপা অমস্থুং মথেন ফাবা হায়বত্থু ওইরকই। ঐখোয়না লৈবাক্কী সেবাগীদমক্তনি হায়ত্থনা বাশক্তুনা চংলক্লগা মমৈথৎদা কাংবুগী পূজা তৌই। মসিগী মরুওইবা মরমদি অসিনি মত্থুদি ঐখোয়গী ইশাদা হৌজিক ফাওবা লৈবাক লৈমগী মফমদা অশেংবা ভক্তি পোকত্রি, ইরৈবাক মুংশিবগী প্রেম অসি হৌজিক ফাওবা ইজাতিশিংগী মশাদা মপুং ফানা পোকত্রি। ইবৈবাক্কীদমক্তা ঐখোয়গী ইশা ইশাগী ওইজ ওইথক, খেন্নবা মতনচিংবা চিংনদনা কথোকপা ঙমত্রি।

ইংলণ্ডনচিংবা লৈবাক্তুম্থু রাজনীতিগী হীরমদা অমগা অমগা য়েৎনবা কাংবু কয়ামকম লৈ। অত্থুগা হায়রিবা কাংবুশিংগী মন্নুংদা খৎনচৈনবা, য়েৎনবা অমস্থুং মুণ্ডাইনদবস্থু থোকই। তৌইগুম্বস্থুং লৈবাককী অপুনবা বাফম লাক্লবা অমস্থুং মমা লৈবাক্কী সেবা তৌবা তারবদি খেন্নবা, য়েৎনবা পূন্নমক ইচম চম্নে, মতমসিদা তরা তবেংকী বীণা অসি খোঞ্জেন অমতদা অমস্থুং স্থুর অমতদা ওংই।

হৌখিবা ইউরোপকী ব্রিটিশ পার্লিয়ামেন্টকী মন্নুংদা লৈরীবা কাংবুশিংগী মন্নুংদা য়েৎনবগী খুদম শন্না মফৈ অমা ফাওবা উবা ফংদে। করি অমুক হায়নি মুমিৎ থরগী মমাংদা মীপুম

খুদিংনা ইড়াংনিঙঙাই ওইরম্বা, লৈবাক্কী লুচিংব। প্রধান মন্ত্রীবু মফম লৌথোক্লবদা মাইথোকবী দললা করিগুম্বা ৱাহৈ অমা ফাওবা ঙাংখিদে। অদুগা মফম তাববা মন্ত্রীনস্ম অতোপপা কাংবু অমা খোম্লবা হোৎনখিদে অমস্মুং লৈবাক্কী থৌদাংদা নিংহন্নবা তৌখিদে। মাইথোং মকারাম্না ইকাইবদু মকোক থোংনা য়াহুনা লৈবাক্কী থবক্তা ঙমজবা খোদং যাখি। মরমদি মথোয়দি মী অমমমগী ৱাফমবুদি লেবাক্কী ৱাফম্না হেন্না লুই হায়বসি নিংথিজনা খঙবা তম্লে। পনথুংফম অমগীদমকতা, পুকচেল অমতদা, থৱাই অমতদা করমনা অচৌবা থবক পাংথোককদগে হায়বসি মথোযনা নিংথিজনা মুননা খঙলে। ঐখোয়দি মদু হৌজিক ফাওবা খঙদ্রি, হৌজিক ফাওবা তমগে নিংদ্রি।

মত অমতা ওইবা, যানবা য়াথং ইন্নবা অমস্মং নিয়ম ঙাক্ন চৎপা হায়বসি অপুনবা শক্তিগী মর্কনি। মসিগীদমক্তা অতোপ্পা মীগী মত তাবহনা, অৱাবা খাংহৈবা, থাদোকপা অমস্মুং ইন্দ্রি খুতম চনবা দবকার ওই। অঙাং ওইরিঙৈদা ইপা ইমাগী মফমদগী যাথং ঙাকপা অমস্মং নিয়ম ঙাকনা চৎপা কযামকম ঐখোযনা তম্মি।

থাইনা মমাংথৈদা আর্য্যগী অঙাং নিপামচাশিংনা গুরুগী আশ্রমদা মহৈমশিং তম্ম। মসিনা থাদোকপ, ইন্দ্রি খুতম চনবা, নিয়ম ঙাক্না চৎপা, অমস্মুং যাথ ইনবনচিব নিংথিজনা তম্মি। অসি পুম্নমকসি আশ্রমগী পুন্সিগী থোঙদোপা মগুণশিংনি।

আরুনি অমসুং উপমন্যুগী রারী অতু শাজিন্নবা নত্তে, মতুমক মতমতুগী ছাত্রশিংগী ফিদম ওইরম্মি। মতমতুগী রাজপুত্তশিংনা গুরুগী মনাক্তা লৈতুনা বেদ তম্বগা লোয়ননা তেনগী মহৈসু তমলম্মি অমসুং আশ্রমদা লৈতুনা ইন্দ্রি খুত্তম চনবা ; থাদোকপা অনসুং নিয়ম ঙাকপনচিংবগী গুণশিংনা লৈতেংলম্মি। আশ্রমদা ওক্কবা অমসুং মনিং মখা তম্বগী মফম লরমদে। তৌইগুম্বসুং হৌজিক কালগী স্কুলশিংদদি থাইনগী ফিদমশিংতু থম্নদ্রে অমসুং থবক্কী পুন্সিদা তঙাইফদবা অমসুং নিযম ঙাকপগী কান্নবতুসু মশক খঙনদ্রে। হৌজিক থাইনগী ফিদম অতু মাংদা থম্নগা হৌজিক কালগী চংগদবা পোচচ য়েংতুনা মহৈ মশিং তম্বিনবগী-দমক মফম অয়াম্বদা আশ্রম লিঙ্খৎনরে। অসিগুম্বা আশ্রম-শিংসিদা পুন্না, লিচিং অমতা ওইনা থবক তৌবা তম্বি। ময়ামসিগী মনুংদা স্বামী শ্রদ্ধানন্দনা লিঙ্খৎপা কাংরাগী গুরুকুল, স্বামী বিবেকানন্দনা লিঙ্খৎপা রামকৃষ্ণ মঠ, কবি রবীন্দ্রনাথকী লেংত্রবা মিংচৎকী যুম্বী ওইরিবা বিশ্বভারতী (শান্তি নিকেতন), মহাত্মা গান্ধীনা লিঙ্খৎপা সেবাগ্রাম আশ্রমনচিংবশিংসি শিংথা-নিঙঙাই ওই। রাজনীতিদসু, লোকশিক্ষাদসু, অমসুং সমাজ সেবাদসু— লম খুদিংদা হৌজিক অপুনবা লিচিংগী শক্তি য়াকাইরক্লে অমসুং মশাগী ওইজ-ওইথক থাদোকহৈবা, নিয়ম নাইবা, মথৌ খঙবা থবককী মীশিংগী মশিংসু অমুম অমুম হেনগৎলক্লে। ঐখোয়গী লৈবাক্তা রামকৃষ্ণ মিশন, অভয়াশ্রম, ভারত সেবক সঙ্ঘ, হিন্দু মিশন্নচিংবশিংসি শিংথানিঙঙাই ওই।

তৌইগুম্বস্নুং লৈবাক্কী মীশিংগা য়েংনরুর দি থাঙ্গেশেন্না থবক শুবা মীশিংগী মশিংদি খুযামুক্কনি হায়বা য়াই।

নোংচুপকী স্কুল কলেজনচিংবদা নিযম ঙাকপা ; য়াথংইনবা ; মথৌখঙনা চৎপা অমস্মুং মথং মনাও নাইনা লিচিং অমতদা পুননা থবক তৌমিন্নবনচি বা থোইদোক হেন্দোকনা পুকনিং চংনা তম্বি।

মসিগী মইহৈনা লানফমদা নোংচুপকী পাথংশিংনা অঙকপা ফংবা মথৌনা মপাঙ্গল অমস্মু' নিয়ম ঙাকপগী খুদম উৎপা ঙম্মি। ফর সীশিংগী ওবিয়েন্ট জহাজগী কেপতেনগী মচানিপা ক্যাসা বিযঙ্কাগী থ'ম্ব ই শে কলবা র বী অযাম্বনা পারে, তেনবাগুম্ব' চিনফা পুবে, তৌইগুম্বস্নুং মতুদগী করম্বা থৌইস্লিন ফংবগে, কবি পাওরৌ লৌথৎলবগে।

লানফমদা মকোক থোংবা মীগী হুকুম নত্তনা মশাগী খোংফম লেংফদে হাযবদি অঙাং অতুনা' তম্মকই, মপাগী য়াথংস্নু তাখি— মরম অসিদগী মহাক মথম ই থারে, তৌইগুম্বস্নুং মপাগী য়াথ'দি ঙাক্লম্মে। মৈঙান ফনা চাকলবা মৈরীনা মরৈ হাঃ হাঃ তম্লহ'। নাইগৈ ম ধম ক্ষগী অঙা, অতুবু কো'ইশিল্লক্লে, অতুবু অঙা'ং অতু খো'ংফম লে'ংদে, শুপ্নগী থম্মোই শোক্লবা খোনফমনা— "ইপা ইবুংঙো! ঐ হৌজিক খো'ংফম লেংবা য়াব্রা?" হায়বা রা গাসিতমক হাযখি। মতমতুদা মপা লৈব্রে হায়বসিদি অঙা' অতুনা তকম'দ। মসি যাথ' ঙাকপগী অঙকপা খুদম অমনি।

হৌজিক্কী যুগসিদা নেতাজীনা লিখ্খৎপা আজাদ হিন্দ ফৌজ অদু নিয়ম ঙাকপা অমস্তুং মথং মনাও কাইদবগী অরংবা খুদমনি। নেতাজীগী ফিরাল মখাদা হিন্দু, পাঙন, শিখ, খ্রীষ্টান, মিলিটরী, সিভিলিয়ান্নচিংবা তোঙান তোঙানবা লোল লোনবা নিপা মুপীশিংনা অঙকপা ফংলবা তেঙ্গোল অমা শাগৎলম্বা, অদুগা তেঙ্গোল অদুনা উৎলম্বা অকনবা ব্রত, থাদোকপা অমস্তুং মথং মনাও কাইদবা পৃথিবীগী ইতিহাসতা অতাংবনি। জগৎপুম্ববু য়েংলবা তাইবং লাঞ্জাঙগী প্রলয়গী মৈরক্কা তেঙ্গোল অদুগী মতিক চানা খুৎলাই লৈতে, চিঞ্জাক লৈতে, শেংনবা ফি লৈতে; অদুবু মখোয়গী অহিং-মুংথিল থাক্কনা খোংচৎ অদু লেপ্পা নাইদে— "দিল্লী চলো" হায়বা খোল্লাওনা পূণ্য চেল্লবা মমালৈবাক্কী চরণ চুপচখি। অসিগুম্বা থবক্কী থৌইনশিন্না নখোয়গী পুন্সিগী অকনবা থৌদাংদা থৌনা পীবা ওইসনু।

---

## তরুকশুবা শিল্লম কৈরাক

### অনৌ-অনৌবা থবক লৌথৎপা অমস্তুং পাম্বৈ পুথোকপা

" উদ্যোগিনং পুরুষসিংহ মুপৈতি লক্ষ্মীঃ —হিতোপদেশ

নোম্বকনবা, নোংশাগুম্বা নিপাদা লক্ষ্মী তুংই।

*There is a time in the affairs of men,*
*Which taken at the flood, leads on to fortune*
—**Shakespeare.**

মীওইবগী শিন্থা ঈপাক্তা ঈথক অসমম হৌই,
মতম চানা শিজিন্নরগা, ন্নুংঙাই যাইফ ফংই।

মাংজোননা খন্দোবপা অমস্থং থবক মথা পাইথনবগী রাখল তৌবা মতৌ অসিনা মী অমবু অসিগুম্বা ফিভম থম্মি মতুদি মহাক্কী মফমদা কবিগুম্বা অমতা ওইথোক্তবা লৈতে।
—হেনরী ফোর্ড।

পাখং অনিথক জমিদাব অমগী মখদা নত্রগা কনাগুম্বা কারবারওয়ালা অমগী অর্যসতা থবক তম্বা চংই। চহি কযামুক্কী মতুংদা উরে মতুদি পাখং অমাদ যাম্না থুনা চাউখৎলক্লুনা ম্যানেজর ফাওবা ওইরবতুনা মবন্নাই থবক তৌবা ফাওবা হৌবক্লে, অতুগা অমতুদি কেবানা মচা অমা ওইবদগী হেন্দ্রে; ফনা কন্না হোৎনতুনস্থ থোকনা হেন্না চাউখৎপা লৈত্রে। তৌবদি অনি অসি মহৈ মশিং অনস্থং ফহায-উপাযদা অমনা অমদগী থোইনা পংহৈন ৎনব। নঙে। আসগুম্বা মতৌস্থ ঐথোযনা তোইনা উন য ঙও।

থবক্কী পুন্সিদা মহৈ য়ানবগী তদা মী অমগা অমগা অস্থক থিনা খেন্নবির্বস বর্বনে? মসগী মবমর্দ অসিনি লল্লোল ইাতকনচিংবা থনক্তা চউখৎংক হাযবনদি লাইরিক্কী মহৈ নত্রগা ইপং পনা ওবা ও ওনা চৎনাদে। মাসদা ইতোপ

তোপ্পা গুণ অমা চংই, মতুদি পাইরক্কী লৌশিং, অনৌবা লময়ানবগী থৌনা অমস্মুং বুদ্ধি, অনৌ-অনৌবা ভাব অমস্মুং অনৌ-অনৌবা শিন্থোং নত্রগা শেনমী উবা অসিনচিংবা। গুণ অসি চেনবা মীদি চাকরীবু তৌরবস্মু, মনিং তম্না লল্লোন ইতিকপ্প হোৎনরবস্মু, থুনমক মহৈ য়ান্দুনা মাই পাকই। অসিগুম্বা গুণ চেন্দবা মীদি সাধারণ মীচম ওইনা মতুম্মক লৈ। অওইবমক নোমনিংদবা মীশিংদি চুম্নগী চাকরী তৌবা নত্তনা অতৈ থবক পাইবদা মাই পাক্লোই। অতুগা নোম্বগী শক্তি লৈবা মাশিংগী মফমদদি চাকরী হায়বসি লাইবকথিবগী মতৌনি। মরমদি হুইগী শাজৎনা হীরম খুদিংমক্তা নিপা থোকপগী গুণ ফুদোকপা য়াবা নত্তে, খরা লৈজরম্বদুম্মু অস্মুম অস্মুম ময়েং তাশিল্লক্নি।

ঐখোয়গী নহারোন পাথং লৈশাবীশিংগী মশাদা অসিগুম্বা গুণ অসি লৈতবা নত্তে; তোইগুম্বস্মুং অবস্থানা য়াদবদগী চাকরীগী পুন্সিদা চংলুবদা মপুন্সি মাংহনবা থোকই। ব্রাহ্মণ মচা অমা চাকরীগীদমক য়ুমথোং খুদিং থিরুরে, তোইগুম্বস্মুং ফংদ্রে। মমৈথংদা চৈরাপত্তা পিয়ন অমা হাপকদোরি হায়বা তারে। মীচাক চাতুনা, মীগী মমিৎ নাগদবগী শরুক্তি হুন্দক্কী থবকসি তৌগৌরগে খন্দুনা দরখাস্ত থারে। তোইগুম্বস্মুং থবক অসিস্মু ফংদ্রে। জজ সাহেবনা হায়—ব্রাহ্মণ মচানিনা কেরানী-গাক্তি অতুক ওইবা য়াই,' অতুগা অসিগুম্বা পিয়নগী থবক অসিদি হৈনরোই।

মথবাই ফুংঙাইতত্না মমাই মকশিন্না ব্রাহ্মণ মচাসিনা খল্লি—
"লাইবক ফত্তবা হাযবসে! ঐনা চৎলু চৎলুবা খুদিংদা সমুদ্র ফাওবা কংশিল্লি।" অতুম্নদি ওইরগা মানা থবক ফংব্রিবসিনা মাগী অফবা যুগকী মম্মি তম্লিবনি। থোদোক অসিসা চাকরী অসি হুমুক থাখ্রে। করিগুম্বা কারবাব মচা অমা তেক তেক তৌদুনা হৌবা যাগদ্রা হাযবসি মহাক্না য়েংলক্লে। মমৈথংদা হোমিওপ্যাথীগী হিদাক্কী দোকান অমা খুলিরে। থবককী বৃদ্ধি, নোম্বা কনবা, তত্তবা, তন্দবনচিংবা কারবারগী গুণ পূন্নমক ব্রাহ্মণ মচাসিগী লৈবম্মি। মাগী কারবার অসি প্রেপ প্রেপ চাউখৎলক্লে অমসুং মতম খবগী মসুংদা মমিং চৎলক্লে। হাযব্বিবসি এম: ভট্টাচার্য্যা এণ্ড কোম্পানী লিঙ্খৎপা ফাওরবা মহেশচন্দ্র ভট্টাচার্য্যনি। নিপাসি খুবাকময়িদগী হৌদুনা সনা লুপা লনগৈগী মপু ওইখি অমসুং মাগী মরল অতু লৈবাক্কী ফনবগীদমক মরম চানা দান কযাম্ম তৌখি।

বোম্বাই প্রদেশকী ইনাকখুনবা লল্লোনবা প্রেমচাঁদ বাযচাঁদ হায়বসি য়াম্না পীনখৈ। মহাক্না কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়দা লুপা লাখ অ ন দান তৌবম্মি। লুপা অসিদগী কারকপা শেন্দোইনা মহৈ চাউখৎনবগী থৌরাং ওইনা মরু ওইবা তত্ত্ব খোমজিন থিজিনবদা মতিক চাগদবা ছাত্রশিংদা বৃত্তি পি। বৃত্তি অসি ফংবা ছাত্রশিংবু "প্রেমচাঁদ রায়চাঁদ স্কোলারশিপ হোলদর" কৌই। ধর্ম্ম শন্দোকপা, মহৈ শন্দোকপা, প্রজাগী সেবানচিংবা হীরম কয়ামুক্তা মহাক্না কৎখিবা দান অসি লুপা লাখ হুস্ফুরোম

ওইগনি। তৌইগুম্বস্তুং মহাক্তি ইনাক কৈরাক খুনবা মচা মশু নত্তে, মাগী মরন পুম্বা মপাঙ্গল অমস্তুং মরৈশিংনা তানবা ঙাক্লি।

নিপা অসি অঙাং ওইরিবৈদা ফিস হুন্দবা স্কুল অমদা মহৈ মশিং তম্মি। মপা'দ দীপচাঁদ রতনচাঁদ কৌবা লল্লোনবা নিপা অমগী দালালী ওই। মবুঙ্ঙো রতনচাঁদনা মপাগী মথৌ খঙবা অমস্তুং থবক্তা মাইওনশিনবগীদমক পেল্লম্মি। রতনচাঁদনা মচানিপাবুম্ব থবক অতুদা চংহন্নবা হায়। অস্তুম্না চহি য়াম্না নৌরিবৈদগী হৌনা স্কুল থাদোক্তুনা কর্ম্মক্ষেত্রদা চংই। প্রেমচাঁদগী খ্বাইগা মান্নদবা অঙকপা ফংবা মবুদ্ধি অমস্তুং পাইরক্কী লৌশিং লৈবম্মি। দালালীগী থবক তৌবদা অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্তগী লাকপা মালগী মমল মতম চানা খঙবা দরকার ওই। মতমতুদা মীবৈবাক্কী জহাজগী কেপটেনশিংনা মান-চাংগী মমল লিশাং শিংনা খঙলম্মি। হিথাংফমদা জহাজ হেক থুংলবগা হি তোংতুনা চৎতুনা জহাজদগী খবর লৌই। নোং ফুংশিৎ, অথাক অবাওনচিংবা কিবা লৈতনা মহাক্না ইহান হান্না থবক অসি তৌই। মসিদা মপুগী কারবার অতু য়াম্না খুদোং চাই। অসিগুম্বা নোম্বকনবসিনা মরম ওইতুনা কারবার য়াম্না চাউখৎলম্মি অমস্তুং মরাইবক ফবনা মতম খরগী মমুংদা মহাক্না কারবার অতুগী মপু ওইরকলম্মি। মসিগী মতুংদা মহাক্না মাইগৈ পূম্নমক্তা কারবার শন্দোকরক্লে। মতমসিদা ইংলণ্ডদা ভারতকী লশিং য়াম্না থারম্মি। প্রেমচাঁদনা মসিগীদমক

মাংজৌননা শেন চাইখাইদুনা অমস্তুং গুদাম শাগৎতুনা লশিংগী কারবার অসি য়াম্না শাক-চাউনা তৌরম্মি।

মতম অসিদা বোম্বাই প্রদেশতা লশিংগী কারবার অসি অসিয়ৌনা কল্লম্মি মতুংদি বোম্বাইগী লৈরিবা বেঙ্কশিংদুনা শেন হুনবা ঊম্নরমদে। খুদোংচাবা অসি লৌদুনা প্রেমর্চাদনা বেঙ্ক অমা লিঙ্খৎলে, অমস্তুং বেঙ্ক অসিগী সেয়ার হোলদর ওইনা ওইনা শেয়ার য়োনবগী দালালশু ওইরে। অসুম তৌনা মখল মথা অয়াম্বা কারবারদা শেন লাকপা হৌরে। প্রেমচাদ ক্রোড়পতি ওইরক্লে।

মতম অসিদা বোম্বাই প্রদেশতা নিপা অমসু হাইগৎলক্লি। নিপা অসি ইচম চম্না লৈরম্বদগী মশাগী মবুদ্ধি-মরৌশিং অমস্তুং নোম্বা কনবগী মপান্না চাংদমনিঙঙাই লৈত্রবা বৈভবকী মপু ওইরম্মি অদুগা নোংচুপকী শেম্হোং শেম্বগী মওংদা লৈবাক্কী শেন লাক্লনবা অনৌ-অনৌবা লম্বী পুখোকলম্মি। হায়রিবা নিপা অসি টাটা কোম্পানী লিঙ্খৎপা জামসেদজী টাটানি। টাটাগী য়োংকী কারখানা অসি জগৎশিনবা থুংনা ফাওই। কারখানা অসি হাওড়াদগী মাইল ১৫৫ লাপ্পা সিংহভূম কৌবা জেলাগী সাকচী কৌবা মফমদনি। মফম অসি মমাংদৈদি বন-জঙ্গল ওইনা তৌরম্মি, হৌজিক্তি চাউরবা সহর অমা ওইরে। অহানবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও লোইরবদা ভারত্তা লৈবা নিংথৌরেনগী মহুৎ লর্ড চেমসফোর্ডনা মফম অসি য়েংলম্মি। লানগী মতমদা টাটা কোম্পানীনা মেসো পোটেমিয়া, প্যালেষ্টাইন

নোংপোক আফ্রিকানচিংবা মফমশিংদা রেল তালি পীতুনা ব্রিটিস গভর্ণমেন্টপু মন্তেং পাংলম্মি। মসিগীদমক্তা লর্ড চেমস-ফোর্ডনা কারখানা অসিবু থাগৎলি অতুগা কারখানা অসি লিঙ্খৎথিবা নিপা অতুবু মন্তিক চানা সম্মান ত্তৌনবগীদমক মফম অতুগী মমিং জামসেদপুর কৌথি। মতম অতুদগী হৌরতুনা সাকচী অসি জামসেদপুর হায়না খঙনরে।

ভারতকী ক্রোড়পতি অনিগী পরিচয় শমলপ্পা পীরে। ত্তৌইগুম্বস্লুং আমেবিকাদদি ভারতকী ক্রোড়পতি চনি-চহুম লৈবা ওম্বা মী লৈ। অতুবু হায়্বিবা আমেবিকাগী লল্লোনবা ৈবা মীশিং অসিস্নু কাবখানাদা খুাইদগী হস্থবা থাক্তা থবক তৌতুনা হৌখিবনি।

জগৎ ফাত্তরবা ষ্টেণ্ডার্দ অয়েল কোম্পানীগী অমতা ওাইবা মপু, খুাইনা থাওগী নিংথৌ হাযনা কৌনরবা জন ডি রকফেলার অসি নিপা মচা পাখোল্লোই ওইনা থবক তৌবা হৌই। ইং শক ১৯২১ দা মহাক্কী বৈভব অসি পাউণ্ড ৪৮০,০০০০০০ (লুপা কোটি ৭২০) রোম শুগনি।

আমেরিকাগী ইনাক খুনবা অমনা জগৎ ফাওরবা ফোর্ড কোম্পানী লিঙ্খৎপা হেনরী ফোর্ডনি। মহাক্কী কারখানাদা হৌজিক মোটর গাড়ী লাখ লাখ শারি। নিপাসি পৃথিবী পুম্বদা মোটর নিংথৌ হায়না খঙনৈ। চহি কয়ামুক্কী মমাংদা মহাক্কী নোংমগী চাগা অসি পাউণ্ড লিশিং ৮০, অতুগা রেট অসিদা চহি ভরাগী মমুংদা নোংমগী চাগা পাউণ্ড লাখ অনি

( হায়বদি লুপা লাখ ৩০ ) য়োরকপা য়াই হায়না হিসাব তৌনখি। হৌজিকতি মহাক্কী বৈভবকী চাং ওনবা অসি ওইথোক্কবা অমা ওইরে। অসিগুম্বা চাংদম্লিংঙাই লৈত্রবা বৈভবকী মপু ওইরিবা নিপা অসি অহানবদা কারখানাগী মিস্ত্রী ওইনা মপুম্লি হৌই। অওইবমক আলাউদ্দীনগী অঙকপা থাওমৈগী মতৌগুম্না সনা লুপা লনগৈশিং অসি হেক থেংনকবা নত্তে। মহাক্কী চাউখৎপগী মরু ওইবা মরমদি মাগী মরৌশিং, মপাম্বোম, রাখলগী পাঙ্গল, থবকনিনবগী শক্তি অমস্তুং তাংথক নাইদনা অমসুং চোকথবা নাইদনা নোম্বা অসিনা মরুনি।

হেনরী ফোর্ডনা চহি ১২ শুরকপা মতমদা মপাগা লোইননা নোংমা শগোলগাড়ী তোংত্নবা চৎপা মতমদা লম্বীদা ষ্টীমনা চালাইবা, তপ্পা চৎপা মালপুবা গাড়ী অমা থেংনৈ। শগোলনা চিংদে, অদুবু চৎপদি নিংথিজনা চৎলি অসিগুম্বা অঙকপা যন্ত্র অসি মমাংদৈদা খক উখিদ্রি। মসি হেক উবদা অঙাংগী হৌনবী থঙনিংবা অমসুং যেংনিংবা পোক্লে। অঙাং অদুনা গাড়ীদগী কুথত্না ইঞ্জিন থৌবিবা নিপাত্নদা রাহং কয়ামরুম মথং মথং হংলে।

থোদোক অসিদগী হৌনা নুংশিংকী মমাং থাত্নবা লম্বীদা চথোক চৎশিন তৌবা য়াবা ইঞ্জিন অমা শাগে হায়বসি লেপখ্রে। অহানবদা মহাক্কা কারখানাদা ইচম চম্না থবক অমা তৌই। অস্নম তৌত্নবা থবক্তা হেক চংবদগী মশানা যন্ত্রনচিংবা খুৎশু খুৎলাই পাইত্নবা মখল মখা অয়াম্বা নমুনা

হন্না হন্না শাই। মসিনি মহাক্না পুন্সিসিদা তাল্লিবা অমস্তুং পুন্সিগী লাইনিং ওইবিবদি, মীনাই ওইনা থবক তৌবা নত্তে।

স্নুমিৎ চুপ্পা আফিসতা থবক শুকরগা য়ুমদা হল্লকপা মতমদা ভাইহাক্তুং পোত্থানিংবা হায়বসিদি মীপুম খুদিংগী হৌনবীনি। তৌইগুম্বস্নুং ফোর্ডকীদি পোত্থাবা লৈতে। ময়ুমদস্তু কারখানা মচা অমা লৈরম্মি। মহাক্না অহিংদা মতুদা চৎতুনা থবক শুট। থাংজ স্নুমিত্ত তুম্বা হিপ্পা শংদে। অসি য়ৌনা কন্না নোমতুনস্তু মাগী মশাদা অৱাবা খঙদে। মানা ইরম্মি—"পুক্লিংনা খোইদাবা থবক্তা অৱাবা খঙদে।" ঐগী থবকসি মহৈ য়ানগনি হায়বসি ঐ লেপ্পা খঙই। মতিকচানা হোৎনরবদি মহৈ য়ানবা হায়বসি মগৌশানি।"

চহি তরা অস্নুম্না অম্বাবা খঙদনা হোৎনরবা তুংদা মহৈ য়াল্লে। ফোর্ডনা মোটব গাড়ী অমা শারগা লম্বীদা থৌত্নুনা চাং য়েংলে। গাড়ীতু ষাম্না ষাংনা চেল্লি, অতুবু মখোন্দি য়াম্না হৌই। কম্লনবগী থৌরাংস্তু কয়া মপুং ফাব্রি। ময়াম্না মসি উরগা নোকই। মসিনা কবি তৌরকপা ঙম্বগে হায়বাস কনামতনা খঙবা ঙমদে। ফোর্ডত ময়ামদা হায়—মোটবগাড়ী লিশিং-লিশিংনা সহর খুঙ্গং থাক্তনা মফম খুদিংদা কোইচেন চেনবা থুনমক উবা ফংগনি। ৱাসি তাবদা ময়াম্না অঙাওবগী চোইরোননি হায়নৈ।

মসিগী মতুংদা গাড়ীতুগী অশোইবা পুম্নমক শেংদোক্লবগী থবক্তা পুক্লিং চংলে। গাড়ী মথং মথং শাতুনা ফিদম ওইবা

য়াবা চাং য়েংবা ছৌরক্লে। অস্নুয়া চাং য়েংবদগী অশোইবা মঙা তরা চুমথোক্লবা হোৎনবদা অনৌ-অনৌবা হীরম কয়ামুক খণ্ডজিল্লক্লে। অস্নুয়া চাং য়েংবদা অমস্নুং অনৌবা মওং পরীক্ষা তৌবদা চ'হি কয়ামরুম হৌখ্রে।

অস্নুকুইবর্স অচৌবা কারখানা অমদা য়াম্না নিংথিজনা অমস্নুং মত্তিক চানা থবক তৌরক্লি। কারখানা অসিগী মালিকনা ফোর্ডকী মোটর গাড়ী পুথোকপগী ভাব অসি অঙাওবগী মাথল্লি হায়না লৌরম্মি; অমস্নুং ফোর্ডতা হায়রম্মি— "মোটর গাড়ীগী মঙ অসি থাদোক্লবদি কারখানাগী মকোক ওইবগী ফম অসি পীজগনি, নত্রবদি থবক থাদোকপিবা তাই" হায়রিবসি জগৎ ফাওরবা এডিসন ইলেকট্রিক কারখানাদনি। ফোর্ডনা করি তৌই? পুন্সিগী তাল্লিবা পোৎশক থাদোক্লদবগী শরুক্তি থবক তোকপনা কৈ হায়না খল্লে। হায়রিবা কোম্পানী অসি য়াম্ন' চাউবনি. মসিগী মকোক ওইবদি, ময়াম্না কল্লক্রিব', ফংনদ্রিবা ফম অমনি। মাগী মুপীদা করি তৌসিগে হায়না হংই। মাগী মুপীনা খুম্মকই— "নত্তে, মোটর গাড়ীগীদমক হোৎনবসি থাদোকপা য়াদে; তৌরবদি করিগুম্বা অমা তৌরমগনি, য়াম্রগা চরা হেল্লবস্ম হেন্দোক্কনি।" মসিবু থাঙ্গেশেংবী লোইনবী কৌই। অওইবমক্তি মতমসিদা ফোর্ডকী অবস্থা কয়া ফংলমদে। চান-থক্লবা অমস্নুং শেৎন-চানবা কাইথোকখ্রগা খরদং লেমহৌবত্থ গাড়ী চাং য়েংবদা খোৎ খোৎপা চংথোকখি। অত্থগা অময়োমদনা মোটর গাড়ী শাবা লোইরগা য়ামনা শিৎকনি

হায়বগী বাগু লৈতে. করিনা মসিবু পাম্নবা মী য়াওদে। অয়াম্বনা মসিবু মেলাগী য়েংবা মুংঙাইবা পোৎশক অমনি হায়নজা লৌনরম্মি। অদুগা অখঙ-অহৈনি হায়না তৌনরিবা কাংবু [illegible]হায়—“মসি করিগুম্বা অমা মশক নাইরক্লবস্থু অঙাংগী শানপোৎতগী হেনবা য়ারোই, লল্লোন ইতিক্তা মসিনা পংচন [illegible]গনি হায়বা উদে।

মখুত্তদি ময়িদা মঙাই, মাইগে মরিদনা য়ৈথবগী খোল্লাও ছারি, [illegible]ফোর্ডকা তু গী ফিরেপ মফম খঙদ্রি অসিগুম্বা য়ৈথাই [illegible]াইবগী মবক অসিদস্থু ফোর্ডকী বাশক কাইবা লৈত্রে। বাশক্তা চুম্নবদি ঈশ্বরনস্থু সহায় তৌই। চহি অনি-অহুম পরীক্ষা তৌরবগী মতুংদা ফোর্ডনা য়েংবা য়াবা নিংথিজবা মোটর গাড়ী অমা শাদুনা থোরে। মসি উবদা ময়ামগী মতস্থু হেংবা হৌরক্লে অদুগা কনা কনাগুম্বা ইনাক খুনবশিংনস্থু গাড়ী অসি লৈনিংবা মতৌ তৌরে। মতম খরগী মন্নুংদা গাড়ী খরা য়োল্লে। তৌইগুম্বসুং মসি শাবদা য়াম্না চংই অদুগা মমলস্থু তোংই। অমুক্তদা পুল্লপ ওইনা মশিং খরা য়ামনা শাদুনা মমল্ল হেংনা য়োম্নবগী থৌরাংদা ফোর্ডকী পুক্লিং হকচাং থিংজিনবা হৌরে।

[illegible]সিগীদমক্তা মী কয়ামুক্তা শেয়ার তিন্নদুনা ফাওরবা ফোর্ড মোটর কোম্পানী লিঙ্খৎলে। ডলার লিশিং ২৮ গী শেল্লেপুনা কারবার অসি হৌই। অহানবদা হেনরী ফোর্ডনা শেল্লেপকী শরুক মরি থোকপগী শরুক অমত৭ক শেয়ার লৌরম্মি।

তৌইগুম্বস্নং অতৈ শেয়ার হোলদরশিংগা মত খেন্নরকপদগী মচানিপাগা মহাক্কনা অতৈ শেয়ার অতৃস্ন লৈশিল্লি।

কোম্পানী অসি লিঙ্খৎপদগী য়াম্না থুনা চাউখৎলম্মি অমস্নং শেল্লেপ য়াম্না হেনগৎলম্মি। হৌজিক্তি কোম্পানী অসিগী শেল্লেপ লুপা কোটি কয়া ওইগদগে হায়বা লেপ্পা য়াম্না লুরে। চহিদা মোটর গাড়ী লাখ ১০ হেন্না শারিবা কারখানা অমা কয়া য়াম্না চাউরিগবা অমস্নং মসি চালাইনবা হোৎনবদা করম্বা মীগী থোপ অমস্নং রাখল চংলিবনো হায়বা খনবদা য়াম্না লুই। কারখানা অসি হেনবী ফোর্ড মশামক্তা য়েংশিন্দুনা পুবা অতৃগা মসিগী খুভম শিলহৌগদবদি ফোর্ডকী ইমুং মনুংনুনি অতৈ অতোপ্পগা তিন্নবা নত্তে মোটর গাড়ী অমা শাবদা মখল মখা অয়াম্বা হায়বদি খরনা য়াম্না চাউবা অতৃগা খরনা ঘড়ীগী কাটাদগী হেন্না কুপ্পা শরুক লিংশং মডাদগী হেন্না মপোৎ মচৈ চংই। অম্রুক য়াম্বা মপোৎ মচৈশিং অসি তোঙান তোঙানবা কারখানাদা শাই। অম্সুম্না কোম্পানী অসিগী কারখানা চামনা খুজিং ওইত্রনা লৈ। গাড়ী শাবদা চংগদবা মপোৎ মচৈশিং অতৃস্ন মপান্দগী লৈবা নত্তে। ফোর্ড কোম্পানীগী ওইনা য়োংকী খনি, কয়লা খনি, উগীদমক্তা বন অমা, থাদোক থাজিনগীদমক্তা রেলওয়ে লৈ। অম্রুক চাউখ্রবা কোম্পানী অসিগী অকুপ্পা মরোল পীবা লাইব্রিক লচা অসিদা ওইথোকলোই, অতৃগা মখোয়গীদি অতৃক য়াম্বা অকুপ্পস্ন দরকার ওইদে।

## লল্লোল-ইতিক্তা মৈত্রবাক মচাগী ফিভম

"ঙসি চাক্রী লংজিন পুল্লবা মতমসিদা ঐখোয়গী নহারোন পাখংশিংনা পাশ ফেলগী খুংথেক থেক্লুনা পুন্সিগী মরু ওইবা মতম মচা-চনগদ্রা ? চাকরী ফংদ্রে হায়দুনা জগৎ অসি পুমমম মমলগদ্রাগ? মসিগী মায়া অসি থাদোক্কদবনি। চৎনবী রুহিগী খুরবা পম নমথেক্লুনা মফম খঙদনা চোংশিনবা ঙম্বা নহারোন মরিল পীনবা কাংবু অমা ঐখোয়গী তৌজিক দরকার ওই। পাশ-ফেল্গী হিসাব কাওথোক্লুনা মশাগী শক্তিনা মৈন চুত্তনা কল্লবা থবক্তা লানফমদা মখোনা উৎপা ঙম্বা নহারোল কাংবু পাংশিং।

### "লল্লোল-ইতিক তৌ, খুৎশা হৈবগী মরম থিউ, চাকরীগী মায়া থাদোকউ।"

পরীক্ষা থরবু পাশ তৌববদি মমা মপানা অমম্ভং পাশ তৌরবা ছাত্র মশামক অত্তম্ব চাকরীগী মঙ মত্তবা হৌই। লাইব্রিরি তম্লিবসি তলব চংনবগীদমক্তনি হায়বসি অয়ামবনা লৌনৈং। পুন্সি অসিদা স্কুল, কলেজ নত্রগা বিশ্ববিদ্যালয়গী পরীক্ষাশিং নত্তবা অতৈ পরীক্ষা অমতা লৈত্রে হায়বসি য়াম্না লানবা রাথলনি। অত্তবু অয়াম্বনা হায়রিবা অরানবা রাথল অসি তৌনবনা মসিদা শোইবদগী ছাত্র-ছাত্রী কয়া মথরাই থানখ্রে। হেনবী ফোর্ডনা তৌবা থবক অত্তবু মতম অত্তগী বিশ্ববিদ্যালয়গী খ্বাইদগী হেন্না রাংনা পাশ তৌরবা কনাগুম্বা অমনা ঙমখিবরা? মরম অসিনা পুন্সি অসিদা স্কুলনচিংবগী

পরীক্ষা অসিনা অরোইবা পরীক্ষা নত্তে, তোঙান তোঙানবা পরীক্ষা য়াম্না লৈরি। তৌবদি মসি লৈবাক্কী শেঙ্গুং থুমজং বায়েল মতৌ অমম্মুং শিক্ষামপি লানবদগী অয়াম্বা থোকপনি। অদুবু হৌজক্তি পুম্নমক তপ্পা তপ্পা শেংদোকরক্লে, অদুগা মসিগা লোইননা ঐখোযগী অরানবা বাথলম্ম চুমক্তকপা মতম ওইরে। মমাংডৈদা তলব চারগা খোংউপ-খোংগ্রাও শেংকে, চৈবাপ-পঞ্চায অমম্মুং দরবারগী মেম্বর ওইগে নত্রগা ল'কপ' ওইগে অম্মম হায়না পুন্সিগী লাইনিং থম্মস্বতু হৌজিক্তি লেবাক্কী লুচিবা ওইগে, রেল-ট্রাম চেলহনগে, চেগী নত্রগা চিনিগী নত্রগা থুমগী কল লিঙ্খৎকে, মণিপুবগী মম্মুংদা ফংবা ধাতু অমম্মুং পাওগী খনি থিদুনা শুংগে বরাক তুরৈলদগী হাইড্রো ইলেকট্রিক লোহুনা যুমথোং খুদিং থাওমৈ খানগে, উচান পাম্বৈদগী থাও শুংদুনা মফম খুদিংদা থানগে, যন্ত্রকলগী পাম্বৈনা লৌউ শিংউবগী পোৎথোক হেনগৎহন্দুনা লৈবাক্কী আম্ম ফগৎহনগে অসনচিংবা বাথলশিংসিনা লাইনিং ওইবা চুমই। লাইনিং মথল অনি অসিগী থেন্নবদ অহানবগীনা মথনতমক চাউগে অতৈনা চরা হেনসম্ম হায়বনি অদুগা অকোনবগীনা ঐগী লৈজবা শক্তি হোৎনদুনা লৈবাক্কী কান্নবা তোগে, মসিদা শিববম্ম শিজখিসম্ম হায়বনি। অওইবমক ভারতনা নোনা ফংলবা নিঙ্খা তম্বাস অর্থ লৈহন্দুনা জগৎকী সভাদা তিনগে হায়রবদি অদুগা মসিগা লোইননা মৈতৈমচাসু ভারতকী মন্নুং চললিবনিনা য়াওগে হায়রবদি ইশা ইশাগী

ওইজ ওইথক থাদোকতুনা লৈবাককী, চাউখৎনবা থাখল খনবা তমবা চুন্নি ।

লল্লোনবদা লক্ষ্মী লৈ। বাণিজ্যে বসতে লক্ষ্মীঃ—হায়রি। তৌইগুম্বসুং মৈতৈমচাদি লল্লোনবা হৈনদে হায়বদা খোইনা পংলান লাল্লোই । মসিগী মরম লৈতবা নত্তে। শেংন-চানবনচিংবা য়ুম্বানবগী চংবা পোচ্চংশিং অসি থাইনদি মরু ওইনা মুপীশিংগী খোদাং ওইরম্মি; মরমদি মতমচুদা য়াম্না চাকহেং ঙাহোংলম্মি। মী অমনা মী ২০ | ৩০ ইরাই লাইনা থাকলম্মি, অদুগা মতমচুগী অয়াম্বা অঙম্বশিংনা মীনাই ফুঙ্গা হায়দুনা মী ৩০ | ৪০ লেমথাক থাকতুনা থম্মরম্মি। মতৌ অশুম্না শেংনবগীদমক চানবগীদমক মৈতৈনা অদুক য়াম্না পনখন খন্দে, মুপীশিংন পুরবশু, মওইবমক, পুশিংলমদে। মতমচুগী মুপাশিংনা কোম্নুংদা লাল্লুপ কাই, শা-লান থোকপদা লৈবাক ঙাকই, অকন-অখোগী থবক হায়বদি মুক্রা, কাংজৈ, চেঞ্জোং মাংজোং থা-তা-গদা-শুকনচিংবদা খোইনা পুক্রিং থিংজিল্লম্মি। নোংচুপকী সভ্যতা অসি অয়াম্বদি গ্রীক্কগী লোবা ফিদম্নি, মরম অসিনা গ্রীক্কী ইতিহাসপু নোংচুপকী চাউখৎলবা জাতিশিংনা কুপ্না মচা খাযদুনা তম্মি; তৌইগুম্বশুং অদুগুম্বা গ্রীকশিংগী ফাওরবা অলিম্পিক গেমসদা য়াওবা মশান্ন অয়াম্বদি মৈত্রবাকসিদা হান্ননা চৎনদুনা লেপ্রবনি। মসিনা অকন অখোগী থবক্কি, অদুগা ইশৈ-নোংমাই, জগোই অমসুং কলাবিদ্যা অতৈদগু মৈতৈগী পুক্রিং থিংজিল্লম্মি। হায়রিবা পুন্নমকসি চানিংঙাই

লৈত্রবদি থোকপা নত্তে। অশুম তৌহ্না য়ুম্বাবগী চান-থরুবা ভানবা-সিবু মুপাগী শিন্নি হায়নৈ হন্ত্না থল্লরম্মি। ওসি ফাওবদা মৈতৈ মুপা অমনা অত্তে ময়াংশিংগী মতৌশুন্না কৈথেন্দগী পোৎ লৈহ্না ময়োম য়োমহ্না পূবা ইকাইনরি। অদুগা কৈথেন হায়বসিমক মরু ওইনা মুপাশিংগী ওইনা তৌরিবা অসিমরুশু প্রমাণ্নি।

অদুম্নদি ওইরগা মতমগী ঈচেললা কনখিবনা মমাংঙৈগী ফিভম অদু হৌজিক মনিপুরদা লৈত্রে। ভারতকী চাউরবা ঈপাক্তা মৈত্রবাকশু তাওরবনি, মৈত্রবাক্কী মাইগৈ পুম্নমক্কী সম্থোং হাংলবনি। মরম অসিন মমাংঙৈদৌনা চাকহোং-ভা-হাংখিনি হাঅহ্না লেখোকপ চুমদে। হিসাবশুবা তমগদবনি, মত্তেক পাই থোশাদবা তৌরেইদবনি। লাল্লোনবগী পুকচেল লৈত্তবগী স্থৌনবা মৈতৈ নচাশিংনা লান মল্লংদা কংবা পৈশা-শিংদু মীবৈবাক্তা চুপশিনখি। হৌজিক মতৌ অসি তৌবা চুমদে। মুপা মুপা থাক্তনা, মুপাদগা হেন্না কুপশিনবা লম্লোন-বগী থোংদা চংত্রবদি লৈবাক্কী ফিভম য়াম্না ফৎলক্লোই। কৈথেনকাবনচিংবা, ভাচিৎ থুমজিংকী থবকপু ঐখোয় মুপানা তৌরুগত্রা হায়না থাইনা মমাশিজ্জা লৈশারিঙৈগী বাথল্দা নিকুনা লৈরবদ লমশন্না বাইবা শোইরোই। যুগকী পোইরৈ হায়বসি অসি যৌনা কল্লি মহুদি ঐখোয় মীওইবদি লাই-রহ্না লাই ফাওবা মতমগী ফৌরোই য়েংনা চত্তুনা মাগী মাগী তৌগদবা থবক পাংথোকলম্বা ভাক্কনি।

অতুগা থোইদোকপা মরম অমনা হৌজিক্কী কৈথেন অমম্ভুং হৌজিক্কী লল্লোন ইতিক অসি থাইনগুম্বা ইচম চমদ্রে। তাইবংপান অসিগী তোঙান তোঙানবা মফমদা তোঙান তোঙানবা জাৎ লৈহুনা মাগী মাগী লোল, সংস্কৃতি, ফিজেৎ চাকশেং, অমম্ভুং চৎনবী-রুহি -ধর্ম্ম লৈনববশু লল্লোনবগী জগত্তদি পুম্নমক অমগা অমগা মরী লৈনৈ। হৌজিক্কী লল্লোন ইতিক অসিদি জগৎশিনবা থুংনা, টেলিগ্রাফ তারাগুম্না শিন্দোক্তুনা লৈবনি। অসিগুম্বা বিজ্ঞানগী কৈথেন অসিদা মুপীনা কৈথেন কাবা কৈ হাযতুনা ঐথোয মুপামথৈনা হোটেলদা চা নিংদোন থুম্বমথৈ থকচিল্লগা বা ব্বা নোক্তুনা পোৎলুমপুবী ইম- ইবেনশিংগী অকা অকুম য়েংতুনা লৈগদ্রা? মুপীনা কৈথেন কাবা ফত্তে হায়বা নত্তে, মমিত্তা লাইরিক মযেক উজদ্রবী, লোল থঙজদ্রবী, মরৈবাক্তগী মপান থোকচদ্রিবী ইমা ইবেনশিংনা থঙত্রিবা, উদ্রিবা, শোইবিবা পুম্নমকসি ঐথোয় মুপানা চংশিন্দুনা মতেং পাংসি হাযবনি।

ফৌ শংবাইদা অনাদমক পিরিডৈ, ঐনা ঙাওরগা য়েংবি- নবা ইনিংথৌ লৈরিডৈ, অতুগুম্বা মতমতুগী অচাও অরম কাবা মরাই অতু হৌজিক তৌবা চুমদে। থন্দুনা য়েংসি ইরৈবাক অসিদা ইরৈবাক মচা কয়ানা কৈথেল অচৌবদা দোকান শাতুনা মীগী মচাগুম্না চংথোন্না মরাচেংনা ফম্বা য়াওবগে? মৈত্রবাক্কী লল্লোন ইতিক্কী চুম-শো কনানা পাইরিবগে? মৈতৈগী থুচ্ছা হৈবা, লৌউশিংউবগী পোথোক পুম্নমক অসিগী কান্নবা কনানা

ফংলিবগে ? মীরৈবাক্তগী চেনশিল্লক্তুনা মৈতৈমচাশিংবু পীজ-রিবা, পিথক্লবা শেৎহল্লিব', হরাওহল্লিবা পোৎ পুম্নমক কনাগী মখুত্তগী লাকই ? মুন্না থল্লুরবদি ঐখোয় মৈতৈ মুপাদি লল্লোন ইতিক্কী হীরমশিদা করিমতা তৌদে, করিমতা থঙদে অমস্তুং অমস্তুং হৈগু হৈনদে, শুপ্পগী মৈতৈ মুপীতনা তেক তেক অতুক তৌজবতনি, মসিগু জ্ঞান লৈত্তবদগী মপাঙ্গনতা বাতুনা তোকই, অতুগা হেঞ্জাং হাওতে হাংতুনা মচা-মৱাগী চৈদা চাতুনা তোকই।

অতুদি মুপীগী থবকপু কনানা তৌই হায়তুনা অকন অথৌগী, কলাবিদ্যাগী থবক্তি মৈতৈ মুপানা কয়া য়ামনা তৌরে। ফনা য়াম্না তৌই, লীলা-পালা, জগোই-ইশৈ পু-ধুলব, শান্নবা মওং মওং—ফনা য়াম্না তৌই। অতুদা ভাব তানদ্রিবদি চাক য়াও-দনা করিমত্তা য়াদে হায়বসিনি। থাও য়াওদনা থাওমৈনা কয়া কুইনা চাকনি মঙান পুম্নমক থাওদগী থোরকপগুম মুপা মুপী ওইবগী থোদাংপুম্বা পুক থল্লগা ওইরকই। মরম অসিনা মৈতৈখুদিংমক মুপা থঙদে মুপী খংদে লল্লোল ইতিক তৌতুনা শেল খরা খরা পাইনরগা মান মানা অপাম্বা তৌনবনা ফে।

মৈতৈ নহারোল লাইরিক হৈবশিংনা চাকরী তান্নরুগদবগী শরুক্তি হেঞ্জাং য়োনবা ফে। থবক নিংথিনা তৌরবদি মতম থরগী মস্তুংদা মুপা অ সনা হৌজিক্কালগী বিজ্ঞানগী খুৎগু-খুৎলাই পুথোরক্তুনা মৈত্রবাক্কী লম্মাং তুহাং থোইতুনা মাগী মপোৎনা

পৃথিবীগী মফম খুদিংদা য়েঁরব' য়াই। নত্রে হায়রগা বিশ্ব-বিদ্যালয়গী ডিগ্রী ফংলগা জাপান, জর্মনী নত্রগা আমেরিকাদা চহি কয়ামুক ভাওরুরগা হল্লকুনা অনৌবা ইন্দষ্ট্রি লিঙ্খৎতুনা ইজাতিগী সেবা তৌরবা কৈ। লাইরিক হৈবশিংনা চাকরী ফত্রগা মদ্বা, লাইরিক হৈত্তবশিংনা লল্লোল শেন লৈতে হায়তুনা মমবা অনিমক অরানবনি, থবক্তী সংসারসিদা থবক্তী অমুক থাংপা লৈতে। জগত্তা লল্লোল ইতিক্তা ফাওরিবা ক্রোড়পতি পুম্নমক অহানবদা খুবাক ময়িদগী হৌবা ভাক্তি, অচৌবা শেল্লেপ খুভম ফংহৌবা মীদি থক ফাওবা ভমদে। লল্লোলবগী সংসার অসিদা হিসাব লৈতনা, মুমিৎচুপ্পা মঙলৈবাক অমদা লৈবগুম ময়াইদা কাতুনা লৈবসি ঐশ্বোয়গী য়ামনা চাউমন্দুনা উত্রবা দোষ অমনি।

ইংরেজ চংঙকপদগী হৌনা লাকপা মারবরী থবব মশক খঙবা অহল কয়ামুক লৈ। অহলশিংসিনা পাওরৌ ওইনা হায়নৈ মারবারীদি অহানবদা খুজাই মচা অমত্তা লোইনরকই; তৌইগুম্বশুং খুজাই মচা অতু লল্লোনবদগী য়ুনী খুজাই ওইতুনা থোকউ হায়বদা থোকখ্রে, লক্ষ্মী ফাওবা খুজাই মসুং অতুদগী থোরক্লে। ইকুই কুইদনা পাকিস্থান্দগী মীচেন কয়া ভারতকী মফম খুদিংদা চাইথোকখি। মৈত্রবাক্তশু কাংবু কাবু লাকই। মীচেনশিং অতু অহানবদা চানা অভৌবা, অত্তাওবা অমত্তং চা হাতুনা য়োল্লমবদগী মমৈথংদা দলান শাগৎতুনা কারবার চাউনা তৌখি ইমিৎ থিৎনা উনরবা ভাক্তি। অওইবমক ইশাবু

ই-না নমথাক তেঁজরবদা, অমদি পাংনা পাংনা তুমলবদা লাই লকুনস্ু কল্লবা ওয়োই, হোদোক্লবস্ু ওয়োই।

---

# তরেৎশুবা শিল্লম কৈরাক

## মাত্রাজ্ঞান

মাত্রাজ্ঞান হায়বদি চোইচাং চাবগী জ্ঞান কদাইবু কৌবগে হায়বত্থু খুদম ওইনা তাক্কে। উসবকী পূজারী অমনা শিজু থুমোক অমা মী ৫০ গী চাকলুক্তা য়েল্লি। পূজারী অসিনা অসি যৌনা চোইচাং চানা য়েল্লি মত্থুদি ফম্লবা মী ৫০ অত্থু চপ মান্ননা থুংই, কনাদস্ু হেঞ্জিন্দে, কনাদস্ু ৱাংলমদে, অত্থুগা লেমস্ু লেমহন্দে থবক অসি ঐখোয়না তৌরবদি মী ১০ দং য়েল্লকপদা লোইখোকখিত্থুনা ৱা খোকপা অমা নত্রগা পুন্নমক থুংলবা মতুংদা তঞ্জাই অমা লেম্বা অমা তৌগনি। পূজারীদি মাত্র জ্ঞান লৈ, ঐখোয়দি লৈতে।

মাত্রাজ্ঞানগী অপোৱা খুদম অমা উৎখ্রে। থবক্তা তৌরিবা-সিংগুম্না ৱাখল্দস্ু অমস্ুং ৱাডাংদস্ু মাত্রাজ্ঞান লৈফম থোকই। কুরুক্ষেত্র লানগী ৱারী লিরি হায়না খল্লু। কুরু পাণ্ডব নাকল অনিগী লন্মীদি অক্ষৌহিণী ১৮ হায়বদি লান্মী লাখ ৩০ গী তেঙ্গোলনি হায়না ৱারী হৌরে। অত্থুবু ভীষ্ম, দ্রোণ, কৃপ, কর্ণনচিংবা বীরশিংগী মতাং লাকপদা বীর অমমমগী মতাংদা কুরু-পাণ্ডব নাকল অনিমক্কী খোংমী, লান্মী, রথ, দোলাই

লাখ লাখ শিংহল্লে। মরম অসিনা অশি-অনাগী মশিং অক্ষৌহিণী ১৮ হায়খিবা অতুদগী শরুক মরী হেনখ্রে। অতুনদি মকম অসিদা নহাক্কী মাত্রাজ্ঞান লৈতে হায়বা তংশং তশেংনা উয়ে।

নত্রগা নহাক্কা কনাগুম্বা অমগী জীবনী ইরি হায়না থল্লু। মাত্রাজ্ঞান অসি বাৎপদগী অয়ামবা মতমদা নখোয়না থরা খোইদাবা মতমদা "মী মরক্তগী অখোইবা" "লৈপাক লৈমগী অখোইবা মচা" করি অমুক হায়নি লাইগী স্বয়ং "অবতার" ওইনা থাঙ্গৎলি। অতুগা অমুক নখোয়না খোইদাবা থরবুনা "নরাধম", "শাংগগী মৈতান অশিবা", "মী শা" অসিনচিংবা হায়তুনা থাদৈ। অনিমকসি হায়জিনবা হেনমনবগী দোষ তাক্লি। বাখল অমস্তুং মাত্রাজ্ঞান বাৎপদগী অসিগুম্বা লোন্দা পুদা অসি হেক হেক শিজিন্নৈ। ইংবেজশিংগী সমাজদা মতম লৈবখিবিক্তা বিশেষনগী থমগেংবা চাং শিজিন্নবসি হৌনবা থগুবা লিচৎ নত্তে হায়নৈ। অসিগুম্বা মাত্রাজ্ঞান বাৎপদগী ঐখোয়গী বাখলসু থানা লৈরকই, মসিগী ফলনা অরানবা বাখলনা ঐখোয়গী পুক্লিংদা মরা তাখি অমস্তং মমৈথংদা মথল মখা অয়ামবা অরানবা শাজৎ-লিচৎ অমস্তুং অপংবগী মরু ছুল্লি।

থবক্তা, বাখন্দা, বাঙাংদ, মাত্রাজ্ঞান দরকার ওইবগুম ঐখোয়গী পুক্লিং ঈথিনশিংসু থনচানা অমস্তুং ফিরেপ চুমনা লাকশিনবা দরকার ওই। য়েংউ, তাশিন-খোমজিনবা হায়বসি অফবা গুণ অমনি, মসিনা ময়েং তারক্লগা পাম্মু খঙদবা তাই, অতুগা মসিনা অনংবা, লাইরবা চেম্মরকই। অতুগা অমুক

খোমজিন্নিংবসিনা কা হেনমল্লবস্ম অরিকপা হায়বত্থ ওইরকই, অত্থগা মসিদি সমাজগী পাপ্নি অমস্তুং মতম মফম খুদিংমক্তা হজোইনিঙঙ'ইনি। ইশাবু ইশানা থাজবা হায়বসি লংচৎ-নীতিগী অথোইবা গুণ অমনি, পুন্সি মহৈ য়ম্নবগী অথোইবা মরমনি। অত্থগা মসিনা হেনমল্লবদি মথোইকাবা, চাউথোকপা ঙকহাইগৎপনচিংবা ওইরকই—মথোযসিদি মাংন-তাক্লবগী মশক্নি। ইচং থোবা বাংপগী মমিং পাংদবা, নিঙঙমদবা কৌই, অত্থগা ইচং থোবা হেনমল্লগনা অঙম-অরাই খঙদবা তৌঙঙ্গা গুণ্ডাগী মওং তারকই।

অপুম্বা থবক্তা, বখন্দা, বাঙাংদা, মী তিন্নবদা হীরম পূম্নমক্তা, মাইংগ পূম্নমক্তা চোইচাং চ'না, চুং-ফিরান চ'না চৎকদবনি। নত্রবদি অয়াম্বা মতমদা মীনা নোক্লত্থনা ইকাইবা নংগনি অমস্তুং কর্ম্মগী লানফ দম্ব খেংথাং খুদিংদা মাইথিবা ফংগনি।

---

## নিপালঙবা শিল্লম কৈরাক

### থবক্কী বুদ্ধি, খুজিন থোরাং হৈবা।

সংসারগী থবক ইনথাংদা অমস্তুং নীতিগী থোংচক্তা য়াঙ-হুনা তোংন তিন্নরগতা থবক্কী বুদ্ধি অমস্তুং জ্ঞান ঙম্মি। লৈপাকমচা তাবা বাথল হায়বসি অতৈ কংরগু মত্তে ময়ামগা

তোংনে-তিন্নতুনা ফংলকপা বুদ্ধি লৌশিং অতুগী চাউখৎপা মওংনি। মসি ফংনবা তানবদা খাংবা কনবা, মিৎফম চুম্বা, অমম্তুং মিৎকম হোংদবনচিংবা গুণ খর'সি নত্তনা অতুক য়াম্বা শক্তি অমম্তুং তৌবগুম্বা চংদে। —স্মাইলস।

থবক ওম্নবগীদমক অমম্তুং মখোয়গী তুংগী পুন্সি মহৈ য়াম্নবগী দমক অঙাংশিং স্কুলদা মহৈ তম্বা থাই। টেক্সবুক হায়বদি খুৎপাই লাইরিক খরা তেনবাগুম চিনফা পুরগা ঐখোয়না তাল্লিবসি ফংবা নত্তে। ছাত্র ছাত্রীগী বুদ্ধি লৌশিং ফকচল্লিবা অমম্তুং শেংলিবা, মশাদা খওনিংবা উনিংবা পোক্লবা, থবক অমম্তুং মরম অনিগী মরী নিংথিনা বিচার তৌবা ওম্নবা, য়েংবগী শক্তি থোরবা, মমিৎ-মনা শিংলবা অতুগা চহি মতাং অসিদা সংস'রগী বিষয়কর্ম'গী ম'রিদা জ্ঞান হাইফেৎ তারবা অতু ওই-রবদি চৎনবা য়াবা থবক্কী বুদ্ধি লৈরে হায়বা য়াই। অসিগুম্বা মওংগী মহৈ ফংলবদি মখোয়গী তুংগী পুন্সিদা চংউ চংউবা মকমদা মখোয়গী য়েংলবা বুদ্ধি অমম্তুং তানশিল্লুবা মহৈগী পাম্বৈনা মরম ওইদুনা মহৈ য়ানগনি। অশিংবা মীনা বুদ্ধি লৌশিং অমম্তুং অচুম চুমদগী বিচার শক্তিনা তৌগদবা মথৌ লে'প্প, বুদ্ধি খরা ফত্তবা মীনা য়েংলগা হৈ, খরা পংবা মীনা খুং'থরগা হৈ, অতুগা মতোইনা পংশিনখ্রবা মী'শিংনা হন্না হন্না খুৎথিরবা ফাওবা হৈত্তে। তৌইগুম্বগুং পুন্সিগী তৌগদবা থবক খুদিংমক খুদি হেক হেক থিরগা হৈরব'দ পুন্সি অসি খুদি থিদোক থিজিন্দা অহুম্মক হৌখ্রগনি।

অয়ম অসিনা মহৈ তম্বগা লোইননা থবক তম্বা ওইনা থবক্কী হীরম পূম্নমক্কী চৎনবা যাবা জ্ঞান তানশিনগনি। অদুগা চহিগী মতুং ইন্না থওলক উরকপদুনা মরম ওইদুনা তান্নুরিবা 'জ্ঞান অদু মমুন ফাগনি। অদুম্নদি ওইরগা চহি য়ামলে হায়রগা হেক্তা থবক হৈরমগনি, জ্ঞান লৈরমগনি অমসুং থবক য়াম্না উরম থওলমলগনি হায়বদি লৈতে। নহাওু য়েংবা কন্নবদি অমসুং অনিংপরৈ চেংলবদি অহন্দগী হেন্না থওজিন ঊশিনবা ওন্থ। নহ থওদে অহন থওদে মশাদা য়েংবা কনবগী শক্তি লৈরবা, থওদ উদবা থওনিংবগী আশা লৈরবা অচুম চুমদগী বিচার লৈরব', অহুগুম্বা মী অদু উরু-তারুরগা মীয়মচৎ নৈনরগা সংসরগী মথলমথা অয়াম্বা হীরমদা জ্ঞান তানশিনবা ওমই। স সার অসিদা চাউথৎকে হায়রবদি নখোয়ন্ত মসি তোগদবনি নত্রগদি থবক্কী পানফমদা কুপলকপা মতমদা খোংথাং খুদংগী খুদি থিগনি।

অওইবমক থবক পাইথত্রবদি থবক্কী বুদ্ধি পোক্কে। থবক তৌদনা করম্না থবক্কী বুদ্ধি লৈগদোরিবনো? অদুবু মহৈ তমই হায়দুনা অতৈ থবক পূম্নমক থদোক্লগদ্রা? অওাং ওইরিবৈঙেদা কম্নিগুম্বা কান্দা অম্নুম্না হায়বা পেংনরম্বা য়াই "তম্নিগা লাইম্নিক পাও, অতনবা লিচৎ থদোকউ।" তেইগুম্বসুং তম্নিবা খুৎপাই লাইম্নিক হেক পারগা অতনবা কোকপা নত্তে, লাইরিক য়াম্না পারগা থবক তৌনিংদবা অতনবদুম হেনগৎলকই। ছাত্রজীবনদসু অদুগা মতুংদসু লাইরিক তম্নিংবগী আশা 'লৈগদবন্নি;

তৌইগুম্বস্থং মসিগা লোইননা থবক ঙম্বা অমম্ব থবক্তা খোইবং বস্থ ত্তমগদবনি। নোংচুপকী অয়াম্বা দেশকী মহৈতম্ফম শংদা কলম অমস্থং খুৎ অনিমক ত্তম্বিনবগী থোরাং লৈ। ছাত্রশিংগী সভাদা, শায়বা হয়াও কুম্মৈদা, সমাজ-সেবাগী লিঙথংপা ছৈকম মরকত্তা ছাত্র-ছাত্রী পুম্নমক্না য়াওগদবনি। তৌদবা য়ারবা মতমদা সংসারগী বিষয়-কর্মদা ইমুং মম্নুংগী মত্তং পাংবা, অতিথি অমস্থং লাক্লিবা মী পুম্নমকপু নিংথিনা ওক্লনা পীজ-পীথক তৌবা কৈথেন-মুংথেন কাবা অমস্থং কৈয়োই লৈকাইগী মীশিংবু মথল মখা অয়াম্বা হীরমদা মত্তং পাংবা অসিনচিংবা থবক কষা নমাংদা নথোয়বু ঙাইহনা লৈরি। মতম নিংথিজনা শিজিন্নরিবা ছাত্র-ছাত্রীনা লাইরিক চংখোয়া পানা পানা থবক ময়ামশিংসি পাংথোকপা ঙম্মি, পাংথোকফমস্থ খোকই। থবকশিং অসি তৌবগা মী ময়ামগা ত্তিন্নবগী খুদোংচাবা ফংই অদুগা অস্থুম্না মথল মখা অয়াম্বা হীরমদা জ্ঞান ফংই। অহিং মুংথিল লাইরিক্তা কোন্দুনা লৈরবদি নত্রগা বারেম ঙাংহনতা লেজবদি মমৈথংদা করিগুম্বা থবক অমত্তা ঙমদনা মহৈ তম্ফমশংদগী থোকপা শোইদ্রবনি।

অনৌবা যুগকী অঙনবা অযুক্তা
অরেম্বদা থন্দুনা মতম মাংহন্ন।' —রবীন্দ্রনাথ।

---

## থবক্কী মী—লম্লোল ইত্তিক তৌবা মীশিংগী তমগদবা শাজৎ-লিচৎ অমম্তুং মহৈ।

"নহাক নোম্বা কনব্রা? নহাক পথাপ নাইব্রা? নহাক হিসাব তৌব্রা? তু গী পোম্মিং উনা চৎপ্রা? নহাক মতম চানা চৎপ্রা? নহাক খাংবা কনব্রা? হায়রিবশিংসি লৈরবদি খ্বাইনা হায়নবা লম্লোল ইত্তিক্কী শাজৎ হায়বত্র নশাদা লৈববনি।

মথোয়সি নশাদা পক্লবনি শিংথোক্ত হেনথোইদবা মীচম অমনম্তু মশাগী মতিক চানা থোরাং তৌবা ভস্ম, অত্তুগা লাইবক ফরগনা ক্রোড়পতি ওই।

গুণশিংসি য়াওদ্রবদি লাইপোক ওইত্তুনা প্রপ প্রপ চৈ কারক্তুনা মতম থরদং ভাল্লমলবম্তু থুনমক লম্ফে চৎখিত্তুনা মাংখিনি। অসিগুম্বা গুণশিংসিবু ভন্না ফংজহৌবা ভম্বা মীশিংত্থু মরাইবক ফৈ।"

—ফ্রীডলী

"কারবাব়না মী শেম্মি।"

## থবক্কী মী ওইবা অমম্তুং ওইদবা

সনালৈবাক মণিপুব অসি লাইরৈপাক্কি, মফম অসি চাকহোং ভাহোংই, শাশু শাদে, ইংশু ইংদে। লুপান' ময়ু' কারগা সনানা মফেল ওইবা, মণিপুব সনা লৈমযোন হাযবত্তুমক হেক য়াই। মফম অসিগী মী শ না থাইনদগী হৌনা চান-থক্লবা শেৎন-ইন্নবগী থোইনা বাথল তৌদে। মথক্তুম্মু পাথ্রে, মফম অসিগী মীশিংনা অকন-অথৌ ইশৈ-নোংমাই জগোই অমম্তুং

কলাবিদ্যাদা পুক্লিং লুপতুনা লৈ। ফজবগী মওংদা মথল মথল অমম্মুং মতম চংলবা কলাবিদ্যাগুম্বা অকুপ্পা হীরমদা নৈনতুনা মতম লেল্লি। মরম অসিদগী ওসি মণিপুরনা জগোই ইশৈ অমম্মুং পুংদা অমদি সাহিত্যদা মীপুম খুদিংনা খওনরিবসিনি। মসিগী ফলনা মৈত্রবাক অসিদা লল্লোল ইতিক অমদি সংসারগী থবক ইনথাংদা য়াম্না হৈশিংবা মী পংনা উদ্রে। জগোই শাও হৈগনি, ইশৈ শকউ হৈগনি, কবিতা অমতং থিয়ু হৈগনি, থাং হাইষ্মু হৈগনি, চেঙ্গোং চোংউ হৈগনি, কাংদ্রুম থোমবা হৈগনি; তৌইগুম্বস্মুং মানা থক্লিবা বিড়ি নত্রগা চুরুট অদু কদাইদা শাবনো হায়বতুদি খওলোই। অকে-অমৌ মুংঙাই-য়াইফবগী মতৌ অসিনা পুন্সিগী ফিদম ওইখিতুনা মৈতৈমচা অয়াম্বা ফকচিল্লে। থবক শুনিংদবা, তুমগনবা, ফকচিনবা, মাইথোং লাংশিনবা, ইন্দ্রিগী মুংঙাইবশিংগী মও মওবা, নেশা চাবা, ঝারেম শুবা, লেমজা চানিংবনচিংবা তমোগুণগী অমম্বা শরুক্না মৈতৈ ইচিল ইনাও পুম্নমক কুপশিনখ্রে। চেং তাংলবা কান্দতা অসিগুম্বা তমোগুণগী লৈচিন নোংফাই অসি খরা খরা হায়দোরকপগুম তৌই, নত্রবদি লৈচিন মরক অসিদা মমিৎ উইশিন্দুনা মতম লেল্লি।

থবক্কী মীগা থবককী মী নত্তবগা খেন্নরিবসি ঐথোয়না নোংচুপকী জাতিশিংগা ঐখোযগা চাংদমনরগা খওবা ওম্মি। ঐখোয়গী ইরক্তা চাকরী তৌবা, ঝাঙাংবা হৈবা, কবি, সাহিত্যিক, ইশৈ, জগোই অমম্মুং পুং হৈবা মী য়াম্না লৈ, তৌইগুম্বস্মুং

লল্লোল ইতিক্কী হীবম অসোমদা শিংথাবা য়াবা মীদি কয়া য়াওদে। হিংনবগী লানফম অসিদা তিংগে হায়রবদি লল্লোল ইতিক্কী মবম অসি য়েংশিনগদবনি। লল্লোল ইতিক্কা চাউখৎকে হায়রবদি করম করম্বা গুণ চংবগে হায়বত্থু তাঙকক অসিদা নৈনরি।

সংসারগী থবক ইনখাংদা মাইপাক্কে হায়রবদি থবক অসিগী-দমক্তা মতিকচানা মহৈ-মশিং তমত্থুনা শেম শাগদবনি। হীরম অসিদা চাউখৎকে হায়রবদি শাজৎ অমম্তং গুণ কয়ামুককী মপু ওইগদবনি মখোয়দুদি নোম্বকনবা, থাংবা কনবা, পথাপ নিয়ম নাইবা, মতম খঙবা, হিসাব শুবা অমম্তং তুংগী পোম্মিৎ উবা।

নিংশিংগদবা বা অমদি গুণ ময়ামশিংসিগী মম্তুংদা অমত্তং শোক্লগা তেক্তা য়ারনি হায়বগী বা লৈত্তে, মথক্কী গুণশিংসি চিংথদনা শাক্তেন তৌত্থুনা ইশাদা চুহনগদবনি। কনাগুমবা নিপা অমনা কারবার তৌরগা থা তককলোম কন্না নোমলম্লগা কাম্রত্রে হায়ত্থুনা তোবথোক্লবদি করিমত্তা ওইরোই। তাঞ্জা অসিদা থাংবা কনবগী গুণ চংই। তত্তবনা লাকচরকই, থাংবা কল্লগা ফমেন ফংই— *Keep thy shop and thy shop will keep you* হায়রিবশিংসিগী অর্থ মুম্না খঙগদবনি। অত্থুগা অমুক নোম্বা অমম্তং থাংবা ফনা কন্দুনগু থবক্কী মথং মনাও অমম্তং মতমগী মমল খঙনা চত্রবদি দম্লং মাংত্থুনা তোকই। অত্থুগা হায়রিবশিংসি ফনা য়াওত্থুনম্তু হিসাবকী বুদ্ধি অমম্তং

তুংগী পোম্মিৎ উশিনবা লৈত্রবদি কারবারদা নিংবা কাইগনি। মরম অসিনা মথক্কী গুণশিংসি অমত্তা চিথদনা তৌরুবা থবক ইনথাং পুম্নমক্তা শিজিন্নগনি। নোম্ব কনবা, থাংবা কনবা, মথং মনাও নাইবা, মতম নাইবনচিংবগী মরমদা হান্নবা থরা নৈনখ্রে। হৌজিক্কি হিসাবকী বৃদ্ধি অমস্যুং তুংগী পোম্মিৎ উবগী মরমদা থরা হায়গে।

করিগুম্বা থবক অমা তৌবদা মতম, মওং অমস্যুং পাংথোক্লবগী পাম্বে, অদুগা করিগুম্বা কারবার অমদা চাগা-চাদিংগী ফিরেপ য়েংবা, কারবার মাংদনবগীদমক মাইগৈ পুম্নমক য়েংথুনা কুপ্না বিচার তৌবনচিংববু হিসাবকী বৃদ্ধি কৌই। হিসাবকী বৃদ্ধি লৈতবা মীদি মথুক্তা পাইবা পৈশা পাম্মুবা লৈতে, মরম অসিনা থাজনিঙঙাই ওইদে। লুপা ১০০৲ পাইরগা ২০০ চংবা য়ুম শাগৎতুনা লোইবা ঙমদতুনা মীবু লোইহনলিবত্থু, অমদি লুপা ১০০৲ অমা পাইনা কারবার তৌবা অমনা কাং পাল্লীদা লুপা ৩০০৲ লোইথোক্লিবত্থু হিসাবকী বৃদ্ধি লৈতবগী অরংবা প্রমাল্লি। অওইবমক হিসাবকী বৃদ্ধি লৈবা মীবু হৌজিককী মৈতৈ সমাজদা হৌনখঙদবা, মীরক তিন্দবা, ঈচু খঙদবা হায়না লংনবদা করিমত্তা অঙকপা ওইরোই।

অদুগা অমনা তুংদা করিগুমবা কারবার অমদা করম করম্বা য়েথাই-থিঙ্গাইবা, থুহেল্লো-পল্লোবা লাকদগে, অমদি পুক্লিং চানা মহৈ য়ানগত্রা অমদি মাংবা য়ানা লৈরগা করম হায়না

মেনখৎকদগে, করি করি উপায় লৌগদগে অসিনচিংবা তুংগী পোরম বিচার তৌনবগী শক্তি অদুবু তুংগী পোমমিৎ উবা কোই।

তুংগী পোম্মিৎ উদবশিংনা তুংদা মহৈ য়ানগনি হায়বগী আশাদা মতমচুপ্পদা হরাওই। মহাক্তি থবক পুম্নমক্কী মহৈ চাগ'ন হায়বগী মুংঙাইবা রাগদা লুপতুনা লৈ। মহাকনা তুদা থোকলক্কদৌরিবা খুদোংথিবা অমাংবা অদুগী মরমদা চিংনরুবা লৈতে, মাগী মাখন্দা অমাংবগী চিন্তা লেশ অমতা লৈতে অদুগা অমাংবা অদুগী প্রতিকারগীদমক মা'ঙ্গোননা করিগুম্বা অমতা মাথল তৌহৌদে। অসিগুম্বা মী অসিনা স সাব অসিদা করিগুম্বা অচৌবা থবক অমতা পাংথোকপা ঙম্লোই। অদুগা মাংগানি তাগনি হায়বগী মাখন্দা মাশক হন্দোকলিবা, থবক তৌগৎলকপদা নিংহন্নরিবা নত্রগা অমুক অনিরক খুদি থিরগা নিংবা কাইরিবা অসিগুম্বা মী অসিনসু ক রগুম্বা অচৌবা থবক অমতা পা'থোকপা ঙম্লোই।

মরম অসিনা থবক্কী পুন্সিদা চাউখৎনবগীদমক্তা গুণ অনিগী তিন্নবা ফল পাম্মি। মথোয়গা'দ তু'গী ফলাফলগী মাখল, অদুগা মতু'দা থোরকপা য়াবা অমাং-অতাগী জ্ঞান, অদুম্নদি ঙহবগা নি'হন্নদনা মাশকচেৎপা। থাঙ্গৈশেংবদি সংসারগী অফবা থবক খুদিংদা, অচৌবা থবক খুদিংদা মেথাহ-থিঙ্গাইবা, খুম্লৌ-পল্লোবা য়াম্না লৈ—"শ্রেয়াংসি বহু বিঘ্নানি।" মরম অসিনা তুংদা ওইরকপা য়াবা মৈথাইবশিংসিগী মাখল লৈতবা মীদা প্রতিকারগী মাখলসু লৈরম্বা হৌনদে। মসিগী মরমদা ইংরেজ

খোর্জৈংশুবা অমনা হায়— সংসার অসিদা থবক পূমনমককী মহৈ য়ান্দনবগী মরম অমুক য়াম্না কুপনা লৈ মতুংদি মমিৎযৌবা তুংগী পোস্মিৎ উবশিংনা মখোয়না শারিবা পোরম অতু থোক্রবদি নত্রগা মখোযগী মনিং থুংদ্রবদি কবম তেগনি হায়না মপুক্লিংদা তিং তিং চোংনা চিন্তা তৌই। অসিগুম্বা চিনবা অসিদগী অকিবা পোক্কুনা চুম্নগী মীচমশিংনা আনৌবা থবক নিনবা ঙমদে। তেইগুম্বসু অনিং পরৈ চেংপা, বজ্রগুম্বা বাশকচেনবা নিপা মুপী শগী মফমদদি অসিগুম্বা ফত্তবা চিন্তাশিংসি মরু লুকতুনা হনখি।

> “চিনবগী লাংতরবনা নশাবু মাইথিহনগনু,
> অবাবগী বাখন্না নশাবু পথহনগনু।
> অকিবা থাদে কউ নশাগী শক্তি নশানা পাইয়ু,
> নশাবু নশানা জয় তৌ।” —রবীন্দ্রনাথ।

## মথৌ থঙবা অমসুং দায়ি থঙবা

ত্রেগী মঙলা পুন্সি অসি যাম্না ফজবোই নিংশিম্মি;
হৌগংলগা মসি শিন্থাফম ওইরম্মি।

জাতি অমগী মথৌ থঙবগী শাজৎ লিচৎ অসি ওন্থোকনা য়েংবদা ফজে; অতুগা মসিনা হিংতুনা লৈরিবমখৈ জাতি অমগী তুংগী ফিরেপকী মরমদা থোইনা চিন্নংঙাই লৈতে। তৌইগুম্বসুং মসিনা মাংখ্রবদা নত্রগা মুংথরক্লবদা নত্রগা ইন্দ্রিগী মুংঙাইনা নত্রগা মশা মতোমতা চাউনিংবা নত্রগা মাইপাক্লিংবন

ফুক্‌তোকখ্রবা মতম অতুদদি মহাক মহাক্কী জাৎ অতু দশা তারবনি, জাতি অতু মতম ওাইতুনা লৈরবনি।

—স্মাইলস।

পুন্সিগী অর্থদি থবক হায়বনি। থবক হায়বদা থৌদাংবু খঙনৈ। ইমুং মন্নুংদা, সমাজদা, দেশতা, তাইব' পুমবগী মীওইবগী সমাজদা ঐখোয় পুম্নমক্কী অরোইবা নাইদবা ইথৌ লৈ। অসিগুম্বা থৌদাং অসি অতুক্কী মতিক খঙলিবমখৈ অমুক্কী মতিক নিপা-কপী অতুগী লমচৎ চুম্নবনি। অসিগুম্বা থৌদাং খঙবগী জ্ঞান অসি নিংথিজনা তান্ত্রিবা নিপা মুপী অতুদা মীওইবগী শাজৎ-লিচৎ মপু' কানা ফোংত্রিবনি। মহাক অতু মওং মতৌদা মী মাল্লবসু মীন হায়বদা মতিক চাদে। মহাক্কী মহৈ মশিং অরেম্বনি, মহাক্কী পুন্সি অবেম্বনি। কবিনা মহৈ য়ানবা পুন্সি হায়বদি থৌদাং নিংথিজনা পাংথোকপা হায়বনি। মীওইবগী মপোকতি পুন্সিগী থৌদাং নিংথিনা পাংথোক্লগতা মহৈ য়াল্লে।

মী খুদিংমক্কা মাগী মাগী মথৌ তৌত্রবদি সমাজ লেপ্পা ওমদে, ঈশ্বরগী খুংছেম কুইবা যাদে। মীওইবগী হৌনবা থৌদাং তৌবতনা সমাজ হিংবগী মরওইবা মরমনি। মীওইবনা মথৌ তৌত্রবদি সমাজদা ধর্ম্ম, নীতি, মুংওাইবা, মরা তপ্পা, চাউখৎপা য়াইফবা, অরান খুভমনচিংবা করিমতা থোকউ য়ারোই, মফম খুদিংদা ওস্থোক্লা থিনা ইচাই চাইগনি, সমাজ অসি পাক চাউখ্রবা মোংফম অমগুম তমথিনি। মী খুদিংমক্কী তৌগদবা

মথৌ লৈরিবহুবু হিন্দুশিংনা স্বধর্ম্ম কৌই। স্বধর্ম্ম ভাকনা চৎপসিনা অথোইবা ধর্ম্মনি। মীওইবনা পুন্সিগী থৌদাং পাংথোক্লগতা মীওইবগী মপোক মহৈ য়াল্লি হায়না গীতাদা শ্রীভগবান্না তাকপির্রি। থৌদাং পাংথোকপসিনা খ্বাইদগী হেনবা ইড়াং-পূজানি। করিননো হায়ববু মসি সমাজ য়োকখৎনবগী অথোইবা মবমনি। সমাজ যোকখৎলিবা পোৎশক অতু খ্বাইদগী হেনবা ধম্মনি, করিনা ধর্ম্মগী অর্থদি য়োকখৎপা, শেমখিবা হায়বনি।

মী কযামুক্না জাতি অমা ওই। করিগুম্বা জাতি অমদা থৌদাং অতুক্কী মতিক খডনবিবা মথৈ অহুক্কী মতিক জাতি অতু চাউখৎলি। থৌদাং খণ্ডবগী জ্ঞান অসিনা হিংতুনা লৈরিবা মথৈ জাতি অতুনা লৈখা তারক্কনি হায়বগী চিংনিনিঙ্ভাই লৈতে। তৌইগুম্বস্নুং করিগুম্বা জাতি অমগী মশদা মীওইবগী হৌনবী থৌদাং লৈবক্তুবা মতমদদি জাতি অতু থুনমক ময়াই চাইথে। লৈবাক্কী ঈনাক থুনবশিংনা পৈশা হেন্না পামশিল্লকপা, থবকশুবা মীশিনা থবক লৈথোকনিংবা, লুচিংবশিংগী মরক্তা নাপমনা ময়াই কানবা অমস্নুং মাগী মাগী ফিভম শেমহৈনবগী তমখিবা পুকচেল চেনবা, অঙম অথৌশিংনা লমচৎ ফজদবা, লাইরিক হৈবশিংনা থবক্কী মহুত্তা য়েৎনবা অমস্নুং চালাকি পাম্লরকপা পুরিৎ-গুরুশিংনা ধর্ম্মগী মিংদা ওইজবা তান্নরক্লবা প্রজাশিংগী মরক্তা পুকচেল পিক্লরকপা অমস্নুং চৎনবী-রুহিগী ময়া চেৎনা তারবা অসিনচিংবা দোষশিং অসি ময়াই চাইণবগা লোইনরকই।

পুকচেল শেংবা, অচুম্বা পাম্বা, ধর্ম্ম লৈবা, থবকশুনি বনচিংবা গুণশিং সি মুথরকই, জাতি অতনা হকচাং খুদিংদা চাইথরকপগী মমী তম্মি. অতুগা অয়াম্বা মতমদা জাতি অতু মীখা পোনগল্লি।

হৌথিবা চাশিংদা ইউরোপতা প্রুসিয়াগী (জর্ম্মনী) মখুত্তা ফ্রান্স হন্না হন্না মাইথিবা ফংখি। মসিগী মরম হন্দুনা থিবদা উই মতুংদি মতম অতুগী যবাসীশিং অতু মথৌ খঙলমদে, অকে-অমৌ অমস্তুং ইরাংদা তাওরম্মি, থবক শুনিংলমদে। অতুগা অমরোমদ প্রুসিয়াশিংদি মথৌ খঙই, থবক কল্লি। অদুং অনি অসি চাংদমন্নুনা মতম অতুগী যরাসী থৌর্জৈশুবা অমনা য়াম্না শাংবা বারেং অমা ইরম্মি। মতুগী মতাং শরুক অমগী বা মচং থবা ঐথোয়না মখাদা পীরি।

মহাক্না ইরম্মি— জর্ম্মনীদা মুমিং থবক লৈবতদা জাতি অসিগী মরৈবাক নিংবা, থবকতা মাইওনশিনবা, নোম্বা কনবা অমস্তুং পাথং নহাগী অকিবা লৈতবা পোন্না মরেক লানা উবা ফংগনি। জর্ম্মনশিংনা থবক তৌবদা চোকথনা লৈতে, অমস্তুং পুন্নমক লিচিং অমতা ওইনা মচা থাইনা, অমস্তুং মথং মনাও নাইনা থবক তৌই। মখোযগী মশাদা মথৌদাং খঙনা চৎপগী ফজবা রাখল অমস্তুং মশাগী হৈজ্জং ঙাকপগী অঙকপা জ্ঞান লৈ। মফম অসিদা লিজ্বংলিবা সমাজগী অমস্তুং মায়েন থৌদাগী সভা সমিতি অমস্তুং মরূপ-ছেফমশিংসি অঙকপা ফংনা চাউখৎলি, তগৎ তগৎ তেকই অমস্তুং য়ামনা ফজনা চংখোল্লি। ফজবা, অচুম্বা অমস্তুং অচোবা পোৎ খুদিংমকতা

জর্মনশিংনা মরা চেৎনা খোইদাজৈ। অফবা থবক্তা থবাই হকচাং লুপ্পা অমস্তুং মাইওনশিনবা হায়বসি জাতি অসিগী খোইদোকপা লক্ষণানি।

অতুগা ফ্রান্সতা ক'রি কবি উবা ফংই? মফম খুদিংদা চোইজাইনব', মথং মনাও নাইদবা, খৎনচৈনবা, কাংবু-কাংবু মুরুবা অমস্তুং মীপুম খু'দিংমক ওইজ তানবদা মমিৎ তাংনবা ময়ামসি উবা ফংই। মফম অসিদা লাইরিক হৈবা মীশিংস্তু রাখল লৈবগী মতৌ তৌদে, নাগরিকশিংগী মশাদা মথৌদাং খঙনা চৎপগী ভাব লৈতে, শুপ্পগী ইরাং-ফারাং, অকে-অমৌ, হীরম খুদিংমক্তা নোক্রেন হাগ্রেম্নবা, করিগুম্বা হীরম অমতা চোকশিন্না, রাখলচংনা থনবা ওনদবা মতৌ উবা ফংই। মফম অসিদা মী খুদিংমক লৈবাক্তী খ্বাইদগী হেন্না চাউবা ফম পাইনিংই, তৌইগুম্বস্তুং অচৌবা দায়িত্বগী থবক পাংথোকপদা চংবা লিচৎ-চেৎপা, মরৈবাক স্নুংশিব', সংসারগী থবক খুদিংমক উশিন খঙজিনবা অমস্তুং পুক্নিং লাকশিন্নবগী শক্তিনচিংবা গুণশিংসি কনামতগী মফমদা লৈবা উদে। মফম অসিদা ঈনাক খুনবা-শিংনা সমাজদা কাতু-কারন থরা তৌরগা নত্রগা রাঙাংহৈবা, চিনফেন ফগা মীশিংনা মী ১০।২০ বু শুম্ফাত্তুনা চালাক তৌরগা ময়ামগী মমিত্তা উৎ-চাইশিন্দুনা লৈবাক্তী অচৌ অচৌবা ফম্নাইবা হাম্নবতু ওই। মথোয়শিংসি অয়াম্বনা মরমচৎ নাইদে, বিষয়-কর্মগী জ্ঞান লৈতে, শুপ্পগী পৈশাতমক পামই, ওইজবতা মথওই। মফম অসিদা ধর্ম্ম, লিচৎ, মরৈবাক স্নুংশিবা, জাতিগী

ইজং, ইমুং-মমুংগী অশেংবা পূম্নমক মরাই চাইথরবনি। ফ্রান্সনা অম্বুম্না তপ্না তপ্না লুপথরিবিঙসিদা অতৈ জাতিশিংনা চাউখৎপগী লম্বীদা খোংহাই থুনা চৎনরি। অসিগুম্বা মতৌ অসি খরা কুইনা লৈরবদি ফ্রান্সনা লৈখা তাবদি লৈবাক্তা থুত্নম্না শুবগুম্নি।

মরাইবক ফবনি, অসিগুম্বা অবাবা মতৌ অসি মতম কুইনা শাংথরমদে। জর্মনীগী মথুক্তা হন্না হন্না মাইথিবা ফংহনা মমৈথংদা মরৈবাক মুংশিবা লৈবাক্কী লুচিংবা খরনা অরা অনা খওদনা হোৎনহনা হৌজিক্কী ফ্রান্স মরা চেৎনা শেমগৎলম্মি।

ইংরেজনা লাক্লমদাই অতুবাইদা ভারতকী অবস্থাগুম মতম অতুগী ফ্রান্স লৈবাক্কা মান্নরম্মি হায়বদা থোইনা লাল্লোই। ঐখোয়না মীখা পোনখিবগী মরমগু ফ্রান্সকী মরমদা হায়খ্রিবা মম্নামশিংহনা এইরম্মি।

মফম অসিদা ইংরেজশিংগী মরমচৎকী দোষগুণ শন্দোক্না নৈনবা কান্নদে। অতবু জাতি অসিগী গুণ অমথকতি মফম অসিদা নৈবা দরকার ওই, করিনা ঐখোয়না হৌজিক তমগদবদি গুণ অসিমক্নি। ইংরেজ জাতি অসি মথৌ—খওই, দায়ি খওই, অমস্তুং জাতিগী মর্য্যাদা ঙাক্না চৎলি।

টাই টানিক জাহাজ লুপ্পগী বারী নখোয়গু তারম্নগনি হায়না নিংই। উনগী চীওদা থেংজিন্দুনা লুপকদৌরবা জাহাজ অতুগী কেপ্তেন্না মরৈবাক মচাশিং য়েংলহনা হায়রকই—ইচিন-ইনাওশা, ঐখোয় পূম্নমক শোইদম্না শিবা তারবনি, লাও

ঐখোয় পূম্নমক ইংবেজ মচাগুম্না শিসি। বা অসি তাবদা জাহাজ অহূদা তোং'লিবা কনাগুম্বা মী অমতনা মথরাইগীদমক লাংতক্লহুনা মথৌ কাওথোকপা তৌদে। জাহাজগী কর্মচারী, খালাসী, অমসুং মীনাই মীশন পূম্নমক অরোইবা মিৎকুপ ফাওবা মাগী মাগী মথৌদাং তৌরম্মি। মুপী অমসুং অস্তাংশিংবু হাক্কনহীদা থাগৎলম্লগা মখোয় মশানা নোক্লা নোক্লা অশিববু কোনশিনখি।

অতুগা অমুক ট্রাফালগরগী ঈশিংলান শোক্লরমদাইদা নেলসন্না মপাও শন্দোক্লম্মি—মীখুদিংনা মাগী মাগী মথৌ তৌগনি হায়না ইরৈবাক ইলণ্ডনা আশা তৌই। বাহৈ অসি তাবদা ইংরেজ লান্মী পূম্নমক্না শিংলিদা ঈ খোংনা চেল্লম্মি। জাতিগী ইজ্জৎ, জাতিগী মহৈ, জাতিগী ফিরেপ ওাক্লবগীদমক্তা কনথোরবা নেপোলিয়নগী লান্মীগী মাইয়োক্তা চোংশিন চোংশিন্দুনা মশিং লাকডমদনা থরাই থানখি। নেলসন মশামক ঈশিং লান-ফম অতুদা যাম্না শাথিনা শোকতুনা মমিৎ উই শল্লকপা মতমদা মচিন্দগী বাহৈ অসি থোকখি ইখৌ পাংথোকচবা ওম্বা অসিগী-দমক্তা ঈশ্বরবু থাগচরি। অশুম্না লালফমদা, বাযেলথৌদাদা, সমাজগী সেবাদা, লৈবাকনিংথোগী থবক্তা লৈবাক্কী লন চাউ-থৎনবা নোম্বদা, শিনশদা হীরম পূম্নমক্তা ইংরেজশিংগী মরৈবাক নিংবা অমসুং মথৌ খডনা চৎপা অসি তশেং তশেংনা উবা ফংই।

## দায়ি খওবা

দায়ি খওবা হায়বসি মথৌ খওবগী অতোপ্পা মমিংনি। করিগুম্বা থবক অমতং শিন্নরবদা থবক অদু ওম্বমখৈ হোৎনহুনা নিংথিজনা পাংথোকপগী থৌদাং অসিবু অতোপ্পা মিখৈদা দায়ি খওবা কৌই। অদুগুম্বা থবক অদু পাংথোকপদা যৈথাই-থিঙ্গাইবা লাথ অমা লাক্লুনস্ন কবি অমুক হায়নি মথৱাই মকফাও খুদোংথিরবদা বরিমতা অথুকপা লৈতনা বীরগী মতৌ গুম্না তৌগদবা মথৌ পাংথোকপা অসি দায়ি খওনা চৎপা মীগী মতৌনি।

১৯১৭ ইংগী নোংজুপান্থাগী নো-ন্নুংশিত্তা বেঙ্গল-নাগপুর রেলওয়েগী, অযাম্বা মফম তংলম্মি। ক'বগুম্বা মফম অমদা তুরেল অমগী মথক্তা রেলওয়ে অমস্নং টেলিগ্রাফ যোৎলি চৎলম্মি। অকনবা নোং-নুংশিত্তা টেলিগ্রাফকী থুঁটি ফুক-তোকখ্রে অমস্নং য়োৎলি মত্তৎ মত্তৎ তৎলে। থিন্দনা যোৎলী শমজিন্নদ্রবদি রেলগাড়ী চংথোক চৎশিনগী অমস্নং ঈ-পাও থাদোক-থাজিনগী অতোপ্পা উপায অমুক লেত্রে। মফম অদুগী টেলিগ্রাফ বিভাগকী এসিষ্টেন্ট স্নপরিন্টেনডেন্ট দি যতীন্দ্রনাথ বন্দ্যোপাধ্যায় কৌবা পাখং মচা অমন ওইবম্মি। পাও অসি তাবদা মহাক্না থিন্দনা মফম অদুদা চৎলে, অমস্নং মমিৎনা উরে—তুরেল মথক্তা যোৎলী তিংলি, য়োৎলি অদুদা নোং বা বা হৈথহুনা থুম্মৎলি। তুরেল লান্নবগী করিগুম্বা উপায় অমতা লৈতে। অদুবু নোৎলী পুন্নে ব না অসোনবা শমজিন্নদবা

য়াদে। উপায় অতৈ উদ্রহুনা মহাক্না টুপি, ফুরিৎনচিংবা লৌথোক্তুনা চোংথরে অমস্তুং ঈরোইহুনা অসোম বাংমা যৌনবা হোৎনরে। তৌইগুম্বস্তুং মহাক্কী হোৎনবসি অরেমবা ওইবে, ঈথক-ঈরৈনা মহাকপু চেন্নখ্রে। মমৈথংদদি মহাক পুমচোক চোকথরহুনা লুপথথবে, মাগী মশক অমুক উখিদ্রে। নিপা অসি কুবকী ইঞ্জিনিয়ারিং কলেজদগী মাইপাক্না পাশ তৌখিবা, মনা অমহুং তকমান য়াম্না ফংখিবা মীশক অমনি। মহাক্না টেলিগ্রাফ বিভাগতা অসিগুম্বা দায়ি চাউরবা থবক অসি পুহুনা থবক তৌই। শিবা মতমদা চহি ২১ তমক শুরম্মি।

অমাম্বা মতমদা কবিগুম্বা থবক অমগী দায়ি অহু তশেংনমক শিল্পদ্রবস্তু থোদাং খঙবগী জ্ঞান্না য়াম্না লুর লুববা দায়ি মশানা খঙনা লৌনরকই। দায়ি খঙবা হায়বা অসি মীওইবগী চাউখং-চাউগগা অসি য়ৌনা মবি লৈনৈ। মহুদি লিকপরেংগী লিক অমমম্তু লংম্বুংনা পূম্নমক ফাওনা চৎপগুম লিক পরেংগুমবা মীওইবগী সমাজ অসিবু তেক্ত-কাইদন' লেংশিল্লি। খন্দুনা য়েংসি হবাগাড়ী থোবা নিপা অমনা যু যাম্না থকচিললগা নেশানা ময়াই কাহুনা কৈথেন মরক্তা কম্না থৌজিল্লবদি করি থোক্কনি? মী য়াম্না থবাই মাংনগনি। অমুকস্তু য়েংউ ময়ম্না ঈশিং চানবিবা ভুরেল অহুদা ফও-তৌদি লংথরবদি মহুদগী লাইনা শন্দোরক্তুন' খুনপাক অমা তুনা শিবা য়াই। মরম অসিদগী ইংলগুনচিংবা চাউখৎপা লৈবাক্তা লমজাও সড়ক্তা নপাতিন শিৎনদে, কবগুনবা শিংনিংলবম্নু মশাগী কমালদা

শিৎ.,গা মশা মশাগী ফু বিৎখাওদা অতুম্মক হাপ চল্লি। দয়ি খওনা চৎপগী হীরম অসিদা যেংলুরবদি ঐখোয়দি ময়ামগী ওইবা স্কুল, কলেজ, বৈথেন, পার্ক, গাড়ী, সড়কনচিংবদা য়েকশিনবা, তৈশিনবা, থুগাইবা, মোৎচনবনচিংবা মথল মথা অয়াম্বা ফত্তবা থবক তৌই। য়ুমগী মুপীনা নত্রগা নিপ না দায়ি খওনা চত্রবদ যুম কাই। মনা-মপা ওইবনা দায়ি খওম্রগা মচা-মশু মাংই, অত্তুদগী জাতি অমা লৈগা তাই। মী পুম্নমক মশা মশাগী দাযি অত্থ তৌশিন্নবা নওনা তশেনা শওনা চৎলবদি মীওইবগী সমাজ অসি মরচেৎনা তপকদবনি।

ঈকাইবা হায়বা অসি অতৈ কবিস্থ নত্তে, অসিগুম্বা দায়ি অসিবু খওনা চত্রবা কান্দা মীওইবগী মশাদা হৈরিবা ল ই অতুনা মশা মশাদা ইঙ্গিৎ তৌরকপা অতুবুনি। অসিগুমবা ঈকাইবা পোক্লবা মীনা মশগী দায়ি খওনা চংলি। তৌইগুম্বস্নুং সমাজগী চৎনবী ৰহৈশিংসি অসযোনা মশা মরেং ফন্ন, মরৈ-মরা চাউখ্রে মতদি মপান্থোংদা দায়ি খওনা চৎপা মালহল্লগা মম্নুংদনা ঈকাইবা নাইদবনথৈ দাযি খওদবা অমদি থবাই হকচাংদি য়াওদনা মপান্থোংদা কিবদগী অতুক মালহনবনচিংবা য়াম্না উই। থাঙ্গৈশেনা দায় খওনা চৎকে হাযরবদি মী-মী অত্থ শিংবা তাই, মপুক যবা তাই, থোনা ফবা তাই, অযবা অমম্নং অচুম্বা মশক খৎবা তাই। নত্তুনা অন্ধবিশ্বাসকী মম্নবা লোকশু'দা চৎনবী রীতি খওনা দাযি পাংথোকলিবনি হায়বা অতুনদি থকওইবা য়াবোই। মীখা পেল্লিতৈ মতমদা

কিবদগী অথিংবা থবক থরা তৌদ্রবস্থু অতৈদদি দায়ি করিমত্তা লৈরমদে। হৌজিক ইনং ইথা তম্লবা মতম অসিদা ঐখোয়গী বাঙাং শাঙাংগী, থবক্কী, মিংযেং-নাযেংগী, শাজৎ-পিচৎকী দায়ি কয়াম চাউখ্রবনো ?

## শিল্পা-পুন্সিগী অবাংবা ফিদম

নংগী থবক পূন্নমক ঐঙোন্দা কথোকউ, থম্মোইদা আধ্যাত্মিক ভাব চেন্দুনা', অপাম্বা অমম্লং নাপন পূন্নমক থ'দোক্তুনা থবক তৌ। গীতাদা ভগবানগী পাওমেন (অরবিন্দ)।

শাস্ত্রনা হায়বি— মহৈগী অপাম্বা য়াউদবা শিল্পা অদুনা ধ্যানদগীস্থু হেল্লি। জগৎ ব্রহ্মাণ্ডবু শেমবিরিবা ইবুঙঙা মাঙোন্দা ঐখোযগী থবক পূন্নমক কথোক্তুনা ইবুঙঙা মাগী থবকত্তা ঐখোয়স্থু যাওবনি হায়বা খঙলবর্দি থবক পূন্নমক শেংগনি। ঐখোয়গী পূন্নমক "ঐ" হায়বা নাপন অসিগী অমম্বনা কুপ্পবা ওইসনু, থবক খুদিদা মপান নাইদবা ইবুঙঙো মাঙোনদা কথোকপগী শাজং অসি চেনবা ওইসনু, অচুবগী স্বরূপ ওইখিবা ইবুঙঙো মহাক্ন। ঐখোয়গী অবানব শরুক অদুদগী কনবিবা ওইসনু। —রবীন্দ্রনাথ।

"ইশাগী হোৎনবদা মীপাইগে হায়না,
কনাস্থু লাক্কে তাইবংপানসিদা,
পূন্নমক্কীদমক ঐখোয় পূন্নমক্কি
অসনা অমগীদমক্তনি।" —কামিনী রায়।

মীওইবগী পুন্সি অসি থবক্নি। পুন্সিগী অয়ুক্তা থবক হৌই, থবক তৌনা তৌনা পুন্সিগী য়াচংবদা মিৎ উইশিন্দুনা বিদায় লৌগদবনি। তৌইগুম্বস্মুং ইঞ্জিনগী মতৌগুম্না অহিং সুংথিল থাক্তনা মৈথু অমস্মুং তাঙ্গোই কামথেক্তুনা কর্ম্মচক্রদ লৈত্তুনা লৈবনা অশেংবা শান্তি অমস্মুং অপানবা হায়বদু ওইদে। শেংন-ইন্নবগীদমক, নত্রগা লন, মিংচং অমস্মুং মীগোই-মীহেন পাম্বগী তুমথিরবা লমজেন্দা ঙাওত্তুনা সংসার অসিদা মী কয়ানা মমৈ মকোক খওদনা লোম্লি। মতৌ অসিনা থবক্কী অরোইবা পম্থুংফম ওইববদি মসিনা মীওইবগী আত্মাগী খোবাংবা কোক্লনিংডাই ওইদে, মসিনা মীওইবগী থম্মোই শেনফু থন্নিংডাই ওইদে।

থবক অমগী সোইনশিন্দা অরাংবা পম্থুংফম নত্রগা ফিদম অমা লৈত্রবদি থবক অদুনা মী অদুবু চাউখৎহনবা অমস্মুং পেলহনবা ঙমদে। মশাগী অমস্মুং ইমুং মন্নুংগী চাকথুং-ফিথুংনবগী হোৎনবা অসিতনা থবক্কী পম্থুংফম ওইরবদি মীওইবনা লৈখা তাবগী ঙমথৈ লৈরম্লোইদবনি।

মীওইববু ওইজ তানবগী মুববা কালিনা হায়বা অমস্মুং ঈকাইবা নাইদবা, মোৎলবা কর্ম্মশিংদগী কনবিত্তুনা অরাংবা লম্বীদা চিংখৎপীরম্বা মী পৃথিবীগী মফম পূম্নমক্তা অমস্মুং মতম পূম্নমক্তা উবা ফংই। থাঙ্গেশেংবমক মখোয় অসিনা মীওইবগী সমাজদা খাংলবা সনা য়ুম্বীগুম্না ময়াম পূম্নংকী লম্বী তাকপগুম

লৈরি অতুগা মী কোটি কোটিনা মখোয়গী অরংবা মঙান অতুদা অন্তর-আত্মাগী লম্বেল থিনরি।

ভারতকী ফিদম্না কর্ম্মবু কৈদৌঙৈদস্তু মীরাইবা তৌদে, কর্ম্মবু য়াম্না রাংবা থাক্তা থাঙৎলম্মি। কর্ম্মজীবনগী অতুগুম্বা অরাংবা ফিদম অতুদগী খোংফম নাম্থোকলে হায়বদগী ভারতকী মচাশিংনা শোন্থরিবনি, মীখা পোল্লিবনি অমসুং ওইজতানবদা মমিং তাংলবা কৌজেং হারৌগুম তোল্লবনি।

থাইনগী ফিদমদি থবক্কী থোইনশন পীবিবা ইবুঙেঙা মহাকপু য়েংতুনা থবক পূমনমক তৌগনি হায়বসিনা কর্ম্মগী ফিদম ওইরমই। মরম অসিনা ভক্ত চেৎপা কর্ম্মীশিংগী পুন্সিগী মন্ত্রদি—"যং করোমি জগন্মাতস্তদেব তব পুজনম" "ইমা, ঐনা তৌজবা থবক পূম্নমক নংগী পূজাগীদমক্তনিকো" হায়বা অসিনা ওইরমই।

থাঙ্গৈশেংবমক লৈনাক অসিগী থাইনগী হিন্দুশিংনা মতম পূম্বদা ঈশ্বরবু মাংদা থমতুনা ইবুঙেঙা মহাক্কী নামবু নিংশিংতুনা অচৌ-পিশক খাইদনা পুন্সিগী থবক্তা পূম্নমক তৌরমই। ঈশ্বরবু মরুপ, চান্নবা, ইপুবোইবা অম্মুম হায়না ইমুং মন্নুংগী মরিদা নকশিন্ননা লোইনবা অসি মফম কদাইদস্তু উত্রি। মরম অসিদগী মখোয়না থবক তৌবতা নত্তে, কর্ম্ম যোগস্তু তৌই। মখোয় অতু কর্ম্মীদা নত্তনা কর্ম্ম যোগীসু ওইরমই।

নিষ্কাম কর্ম্মদা (অপাম্বা য়াওদবা থবক্তা) থৌইনশিন মৈনা য়াওদে, পম্থুংফম খঙদে হায়না অরাম্বনা হায়রৈ। মসি

অরানবনি, নিষ্কাম কর্ম্মগী মরম অনি লৈ— মসি যোগনি, সাধননি ( ৃলমচৎকী শাজেল্লি ), ঈশ্বরবু ঈড়াৎপনি। অপাম্বা য়াওদবা, ঈশ্বরদা বথোকচরে হায়না নিংনা তৌবা থবক মহৈ য়াল্লে -"স্বকর্ম্মনা তমভ্যর্চ্য সিদ্ধিং বিন্দতি মানবঃ" (গীতা)। অনিশুবদা নিষ্কাম কর্ম্মনা সৃষ্টি য়োকই। কর্ম্মদা সৃষ্টি লৈরিবনি কর্ম্মনা সৃষ্টিবু যোকই, ভাকশেল্লি। ৽রই পানবা জীবশিংগী মথোদি অত্থুগুম্বা কর্ম্ম অত্থুবু ভাগবত কর্ম্মদা ওনহনবনি। মসিবু কর্ম্মযোগ কৌই। জ্ঞান লৈবশিংনা কর্ম্মত্যাগ তৌববদি জগত্তা কনানা জ্ঞান প্রচার তৌবিগনি। নিষ্কাম কর্ম্মগী মগুণ কনানা তাক্কনি? কর্ম্মীনা মশাগী ওইজবদা তাল্লবদ জগৎকী অব'-অনা কনানা কোকপিগনি? কর্ম্মবু অম্মুম্মা অম্বাংবা থাক্তা থাঙ্গৎপা অসিনা কর্ম্মগী মহৈ য়ানবা হায়বত্থু ওচরিবনি। থবক পূম্নমক্কী থোইনশিন্দা অসিগুম্বা অম্বাংবা ফিদম অসি চংলকপদা কর্ম্ম পূম্নমক কর্ম্মযোগ ওই।

তাইবং পানগী চাউথৎপা, বাযেল কাংলোনগী চাউথৎপা, শেঙ্গং-থুমজংকী চাউথৎপা অসিনচিংবশিং অসি ধর্ম্মগী লম্বীগা ওন্ন তৈনবনি হয়না অয়াম্বনা হায়। মসি অরানবা মিৎয়েংগী চুমদবা রাখলনি। রাকম অসিদা পুকচেল চাউরবা রামমোহনগী রা নিংশিংলকই— " ধর্ম্মনা ঈশ্বরগী ওইরবদি রাজনীতিদি শয়তানগীরা?" থাঙ্গেশেংবদি পৃথিবীদা লৈরিবা পূম্নমক ইবুঙেঙো মহাত্মী মঙ্গলগী মশক ওইবা মথুৎনা শেম্বিরম্বনি মমিৎ, মনাকোং

পানবা জীবশিংনা ময়াম মরক্তগী মশাগী লম্বী খন্দুনা য়ৌনিংবা মফম য়ৌবা য়াই।

নিষ্কাম কর্ম্মগী মরুওইবা মচংদি স্বার্থত্যাগ অপাম্বা ওইজবা পুম্বা থাদোকপা অসিনি। অনাসক্ত হায়বদি অপাম্বা য়াওদবা কর্ম্মজীবনগী মরমদা থোইদোক হেন্দোক্লা প্রচার তৌরম্লিবা মীশক্তি স্বামী বিবেকানন্দনি। বিবেকানন্দ মশামক কর্ম্মযোগীনি। মরম অসিনা মহাককী মপুন্সিদি নোংলৈ মুংশিংকুম্মি। চহি মতম খরা পৃথিবী অসিদা লৈবম্বা মতমদা অকনবা নোংলৈ মুংশিংকুম্না থবক তৌবম্মি। মহাক্কুম্বা কর্ম্মীদি ভারত্তা তাংই। অসিগুম্বা বীর সন্ন্যাসী অসিবু "সাই কোনিক হিন্দু" নোংলৈ মুংশিংকী হিন্দু হায়না মিং থোল্লমলিবসি ওইদবা নত্তে। অসিগুম্বা মশানা মশাদা পেঙ্গবা কর্ম্মযোগী অসিগী হোৎনমন্দগী ওসি সহর খুদিংদা, খুঙ্গং খুদিংদা, লৈরক খুদিংদা রামকৃষ্ণ মিশন্না ল.ইর চুথবা, অর'-অনা তারবা মী লিশিং লিশিংগী মথন্নাই পেন্নবা তৌদুনা নারায়ণগী সেবা তৌরি।

মুনি অমনা মরৈবাকপু শেংনা মুংশিবা শ্রীঅরবিন্দনি। নোংমা অরবিন্দনা মমা লৈবাক্কী মীকোদা মশাগী ওইজবা মুংঙাইবা. অমদি মপা মপুগী কৈরাক অমম্বুং শাগৈ জাৎ অফবা থাদোক্কুনা চা'কবা ওইখি। অডুগা মহাক্না অন্তর দেবতাগী ইঙ্গিত ফংদুনা পণ্ডীচেরীগী আশ্রমদা তপস্যাদা লুপখি অমম্বুং মীওইববু লাইবৈরাক্কী মথোক্তা ওশহন্নবগী লম্বী উৎপিখি। হৌজিক্কী যুগগা দেশকী লুচিংবশিংগী মমুদা মহাত্মা গান্ধীগী

ক্ষজবা ফিদম কনাস্নু খঙদবা যাঙদে। হায়বিগা মযামশিংসিগী কর্ম্মজীবনগী মকুদি অপাম্বা য়াওনবা কর্ম্মনা মীওইবগী য়াইফনবা তৌবা অ'সনি। মহাত্মা গান্ধীদি মীওইবগীদমক্তা য়েন্নবগী মখুত্তা থবাই থাখি।

কর্ম্মজীবনগী খৌইনশিন্দা অসিগুম্বা অরাংবা ফিদম অসি লৈত্রবা মীগী পুন্সিদি লৈখোম লৈনাংনা মোংৎলি অমস্তুং লুপ্মি। হকচাংগী অপোম অতংদোনা মখোয় অ'সনা মীওইবা সমাজগী মাংনবতা তৌই। মীওইববু অস্নন তৌনা খোংথাং খুদিংগী ঈকাইবা পীহুনা তাইবংপান অসিদা হিংহুনা লৈকবগী কবিমতা কান্নবা লৈতে। পুন্সিগী থবক পূন্নমক অরাংবা স্নব অমদা শেমগদবনি। নহা ওইরবস্নু, অহল ওইরবস্নু, ছাত্র নত্রগা লল্লোল ইতিক তেবা মী ওইরবস্নু নখোয়্ন নখোয়্নগী নপুন্সি অত্থু অরাংবা থাক্তা চিখৎলু, পুন্সিগী থবক পূন্নমক অরাংবা ফিদম অত্থুগী মনম তাবদা অচৌবা থবক ওইগনি।

নিংশিংগদবদি স্বামী বিবেকানন্দ, শ্রীঅরবিন্দ নত্রগা মহাত্মা গান্ধীনচিংবা ভারতকী কর্ম্ম বীরশিংগী কর্ম্মজীবনদা সমাজ সেবা নত্রগা জীবগী কান্ননবা তৌবা অসিতনা অরাংবা ফিদম ওইদে, মসিদি মখোয়গী শিক্ষাগা লোইননা যল অমদি অরাংবা থাক্তা কাননবা কৈরাক ওইজরতনি। মখোয়গী শিক্ষাগী মক ওইবা রাদি ভগবতকী মপোক যবা অমস্তুং জীব পূন্নমকপু সম্বগুদ্ধ ওইহন্দুনা ভগবানগী চরণদা চিশিনবা অ'সনি।

অওইবমক থোৌদাং থওবা অমস্থুং থবক্তা মাই ওনশিনবা হায়রবশি ঐখোয় হৌজিক মরু ওইনা নোংচুপতগী তম্বা য়াই। করিনা ঐখোয়সি হৌজিক তমোগুণনা উম্মি, লেংডম শাওমত্রি, থবক্তা মাই ওনশিন্দ্রি। হৌজিক সমাজদা রজোগুণ ফোংবা পামই, অদুগা নোংচুপকী লৈবাকশিংদি রজোগুণগী ফিদম ওাক্লি। তোইগুম্বস্থুং নিংশিংগদবদি নোংচুপকী মীশিংনা কর্ম-তত্ত্বু আধিভৌতিকী হায়বদি মৈ-ঈশিং মুংশিৎনচিংবা শক্তি-শিংগী মিৎয়েংদদা য়েংই, অদুগা আত্মা, ঈশ্বর, অরান খুভম, মায়াগী অপুনবা অমস্থুং জ্ঞান-ভক্তিগা করনতা মরি থমদে। নোংচুপকী জর্ম্মন পণ্ডিত নিটসেনা জর্মনগী মগুণ হায়বদি শক্তিগী লাইনিং, লানগী লাল্লোং, মীওইবগী ফিদম্নফম্নচিংবা য়াম্না বাথল চংবা হীরম কয়া বিচার তৌদুনা ইরাম্ম। মতাং অসিদা মচাক্লা হায় মহুদি তরামাপনগুবা চাশিংদা ঈশ্বরদি নোঙাখিগদৌগুম তৌরে অদুগা মতুংদা লাক্কদৌরিবা মীওইবগী ফিদম্নফম ওইরবা সমাজদা খ্রীষ্টগী মফম লৈরোই।

গীতাদগু হৌবদগী লোইবা ফাওবা অসি থওক্কী থোইক্লিন ওাক্কনি, তোইগুম্বস্থুং শ্রীকৃষ্ণনা মতাং অসিদা কার তাকপিরি? "ঐঙোন্দা নপূক্লিং থিংজিল্লু, মহৈগী আশা থাদোকউ, নংগী থবক পুন্নবক ঐঙোন্দা কখোকউ, অপাম্বা য়াওদনা নংগী নথৌ পাংথোকউ (তস্মাদসক্তঃ সততং কার্য্যং কর্ম সমাচর)।

ঐখোয়গী পুন্সিশিন্থাগী ফিদমদি মসিনি। ফিদম অসি য়াম্না বাংই, য়াম্না ফজৈ, তোইগুম্বস্থুং বাংই-ফজৈ হায়দুনা

মসিবু মীয়াইহুনা ওইজ তানবগী থুরবা পুকচেন্না মহৈ-মহৈ য়ৈথাইনহুনা ময়াই কানবহুনদি ওইবা য়ারোই। মতৌ অসিদি ঐথোয়গী লোনচং, অমশুং সভ্যতাগা য়াম্না তৈনবনি।

কর্মবু কর্মযোগ হায়বদি শিশ্বায়াই ওইহল্লু। অপাম্বা অমসুং ওইজতানবগী মৈথু মরক্তা নিতগী নিল্লিবা অপিকপা থবক-শিংসিবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎল্লু। হিংহুনা লৈরিবা অহুক্কী মথৈ থবক তৌগদবনি, অহুনা মীওইবগী সেবাগুম্বা অচৌবা ফিদম অহু মা'দা থম্নগা মক্তবা পুন্সি মরেল লেল্লু।

---

## লোইরবা

